# নমথাক্কী মায়থুম হাংদোক্লকপদ!





মীতৈলোন্দ হন্দোকচব—থোনাওজম অশোক

নমথাক্কী মায়খুম হাংদোক্লকপদ !

অপং থাজবগী চংনবীশিংবু
থোমদংলিব লৈয়ে !

অহানব শরুক

মীতৈলোন্দ হন্দোকচব —থৌনাওজম অশোক

নমথাক্কী মায়থুম হাংদোক্লকপদ !





অহানব থুংনম— ১৯৯৬

অকোংব— পব্লিসর, স্প্রিং পব্লিকেসনস

কংকম— Student Ex. Book Center
Wahengbam Leikai, Imphal
795001

নম্ফম— ঙৈগুর্দ প্রেস
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

★ "কনাগুম্ব মী অমন মহাক্ক হান্ন থাজজব রাখল অমদ লুপখিবদগী ময়েক শেংন চুম্নব রাকমবুস্থু তায়োম্নন উরক্লবদি মহাকপু রাখল লায়না লৈরব মী অমনি হায়ন লোগনি। অসিগুম্ব অচুম্ববু তায়োম্নন উরব রাখল লায়না লৈরব মীন করিগুম্ব থুন্নাই অম লমজিংলবদি থুন্নাই অদুস্থু অনাব ওইরকই। অনাবরোমদ থুন্নাই অমন লিংজেল মান্নরবস্থু য়াইফনিঙাইদি ওইদে।"

★ "মহাক্কী মিরাকলবু ফজন য়েংগে হায়ব য়াত্রিব মীহু মপুকচেল শেংদব মীনি। Miracle অদুগী মরমদ থিজিন হুমজিনবগী থোনা লিংজেল লৈজদব মী অদু মীথীবোংনি অদুগ খঙনবস্থু হোৎনদন মীন হায়রগ পংথাদ থাজরিব মীহুন অপংবনি।"

★ "চহী ৫০ হেন্ন Supernatural গী ওইব মখল মখাগী থোদোক খুদিংমক্ত ঐহাক থিজিনহুন লাকচরি। অদুবু হৌজিক ফাওবদ Supernatural power ফংলব God-man নত্রগ সিদ্ধ ফংলব কনাগুম্ব অমত্ত পৃথিবীসিদ থেংনদ্রি লাইগী মতীক মঙাল ফংলে হায়হুন চোংথোক্লকপ মখোয়শিংহু ঐন মেৎতুন য়েংবদ খরন রাখল শোইনাইরব মী ওইরম্মী, খরন থোক মোক ললোনব মী ওইরম্মী।"

ডাঃ অব্রাহম কোভূর

# ৱাহৈ খৰদং

শাহিং ঙাহিং চাহুন লৈকুৎ লৈরাইদ পংহিং হিংলম্বদগী তপ্প তপ্প ৱাখল লৌশিংগী থাক ৱাংখৎলক্তুন চহী লাখ কয়াগী মতুংদ মীওইবন ঙসিগী চাওখৎলব ফিভমসিদ য়েৌব ঙম্রক্লীবনি হায়ন Theory of Evolution দ ঐখোয়ন থেংনৈ।

অতুগ ধর্ম্মগী লমাইদ ঐখোয়ন অমুক থেংনৈ, মতুদি- মী হায়বসি লাইগী চাদা নাওদানি, লাইন হেক শেম্বীরকখৈদগী মীওইবগী মশাদ অৱাৎপ লৈতন ৱাখল-লৌশিং, থকসি-খাসি, লমচৎ-শাজৎ অমদি লংলব মতীক মঙালনচিংব পুম্নমকসি শাগোম্নজরক্লে। হৌজিক্তি কজরব ময়ামতু তপ্প তপ্প মাংশিল্লক্লি ........। অম্মুন্ন।

ৱাকম অনীসি শাথীন তায়েৌন্নে। অনীসি পুন্ন য়েংব মতমদ ৱাহম্মোক পীকম খঙলোই মরমদি, অমন মীওইবসি চাওখত্তবরোমদগী হৌরকই হায়, অমন চাওখৎপরোমদগী হৌরকই হায়। অসিগুম্ব চয়েৎনব ৱাকম কয়া লাই লৈ, লৈতে হায়ন য়েৎনবদ থোক্লকই।

ডাঃ কোভুর, লাই থাজদবশিংগী মাইকৈদ লেপ্প সাইন্টিষ্টনি। মহাক্কী 'Begone Godmen' লাইরিকসি 1976 দ ফোংঙি। লাইরিক অসিদ miracle গী মরমদ চয়েৎনহুন লৈরিব ৱাকম কয়া য়ায় অরাইব মওংদ ৱাহম্মোক অমদি প্রমান পীহুন অশেংব মচাকশিংহু মী পুম্নমকন খঙমীন্নব য়াব মওংদ মচা তান পুখোক্লী। মশাগী চহী ৮০ শুরকপদ ডাঃ অব্রাহম কোভুর অরোইব য়াহিপ তানখ্রে। মশা লৈখিদ্রে অতুবু মীওইবগী ৱাখল লৌশিং য়াকাইহনব ঙম্ব মহাক্কী rationalism গী মৈরা অসিবুদি মতম কুইনগী ওইন মীয়ামগী থম্মোয়দ ঙান্দুন লৈহৌরগনি।

পম্ননিংব অমন লাইরিকসিগী মমিং মীতৈলোন্দ "নমথাক্কী মায়খুম হাংদোক্লকপদ!" হায়ন ওম্মোকচবসিদ পাবিরিবশিংন লান্ন লৌবীদনব নিংশিংজরি। মসুংগী মচাকশিংদি য়ারিবমথৈ হান্নগী ফিভম কায়দনব হোৎনজৈ। থুদোং চাদব খরদগী ভোলুম অনী থোকপগীম্মু মুংঙাইতব কোংদোকচরি। অশোয় অয়ান তাকপীয়কপ অমদি হেন্ন কগৎনবগী ৱাখলদ পীবিরকপ পাওতাক খুদিংমক থম্মোয় শেংন লৌশিল্লগনি।

—হন্দোকচব—

# য়াওরিবশিং

# ডাঃ কোভুর—মুক্তি থুগাইব লাম্মী

Rationalist (অচুম্বদ থনব মী) অমনি হায়ন মালেম পুম্বন শকখঙনরিব ডাঃ অব্রাহম টি কোভূর শিংথানরব সাইন্টিষ্টনি, মীয়াম্ম থাজনরিব সাইকিক, পেরা সাইকিক অমদি স্পিরিচুয়েলগী ওইব থৌদোকশিংগী মরমদ চহী য়াংখৈ হেন্না মহাক্ক থিজিল-হুমজিল্লব তুংদ মীয়াম্ম থাজনরিবশিংসি তশেংন চুমদবনি অমদি য়ুক্ষম য়াওদবনি হায়ন মহাক্ক মায়েপ তারি। সাইকিক্কী ওইব লমদ রিছার্স তৌহুন ডো-ক্তোরেট মনা ফংবসি মহাক্ক পৃথিবীগী মনুংদ ইহান হানবনি। U.S. কী ফিলোসোফি Institute Minnesota না মহাক্কী "সাইকিক এণ্ড পেরা সাইকিক ফেনোমেনা" হায়ব থেসিসতুদ ডোক্তোরেট মনাসি পিখিবনি। ডাঃ কোভূরন অস্মু হায়, "সাইকিক, পেরা সাইকিক অমদি Spiritual গী ওইব মঙাল অম কংলে হায়রিব মখোয় খুদিংমক তাৎ হৈব ঙাক্তনি নত্রগ cryptesthesia হায়ব লায়নাহুন নায়বনি। Spiritual গী ওইব মঙাল কংব কনামত্ত লৈতে। অসিগুম্বশিংসিদি ধর্ম্মগী লাইমিকশিং অমদি তহা তহাব পাও চে শিংদত্ত থেংনগনি।"

ওর্গানিক ইভোলুসনগী থবক থাক য়াংথৎহন্নব সমুদ্রে তোর্বান্দ লৈরিব লমশিংদ অমদি ইন্দিয়ান ওসিনদ থিজিন্নব U. S. কী Ernst Haeckel Ecology Centre ন মখোয়গী "Haeckel Expedition" য়াওবিনবগীদমক খার্তোন কংখিবদি এসিয়াগী লৈরিব সাইন্টিষ্টশিংগী মনুংদ ডাঃ কোভূর মতোমতনি। অদুবু মহাক্কী মুপীন মতম শাংন নায়কপ অমদি হেক হেক খাঙেনকম য়ৌবগী ফিভমদ লৈবহুদ খোঙচৎতুদ মহাক য়াওব ঙমখিদে।

ডাঃ কোভূর লম তু য়াম কোয়গনব মীনি, লৈবাক কয়ামকমদ চত্তুন য়া ডাংই অমদি World Convention কয়াদ শরুক য়াই। অয়াম্ব লৈবাক্কী চেক্কোং অমদি পাও চে কয়াদ পরিং নাইন মহাক্কী

য়ারী কয়া কোংদোকখ্রে। মলায়ালম, তামিল অমদি তেলেগুদ ফিল্ম কয়াম্মু পুথোকখ্রে। মহাক্কী য়ারীদ যুক্ষম ওইব "নামবিকাই" হায়ব তামিল ড্রামা অমুম্মু কয়ারক হয় উৎখ্রে সো থুদিংগী মীন থোই ওবগুম তিনখি।

অপং খাজবদ লুপ্তব, পুন্সিগী থেংনবকপ অপেংব লৌশিংন মীওইবমু তাকপী ভম্বীবদ মপুন্সি কৎথোক্লব লময়ানব ডাঃ কোভুর ইংশোক ১৮৯৮ এপ্রিলগী তাং ১০ দ কেরেলাগী তিরুভাল্লাদ, সাইরিয়ান চর্চকী ভিকার জেনেরেল রেভ কোভুরগী মচা ওইন পোকখি। পুন্সিগী অনাব মেংব মাইব অমগী শকম লাংহুন মশামক্ত কুম্লীব "PUNAR JANMAM" ফিল্মগী হাংদোকপ থৌরমদ মহাক্ন পোক্লকপগী মরমদ ডাঃ কোভুরন অসুম কোংদোকচখি, "চহী হুম্ফুত্তরামগাগী মমাঙদ নিংখিজরব কেরলাগী লমদম অমদ সাইরিয়ান খৃষ্টানগী পুরোহিত অমগী মচা ওইন ঐচাক পোকখি, মহু লমদম অমদি হকলোনগী ওইব থৌদোক্সি, মহুদ ঐগী অপাম পামদ থনব ওয়মদে অমদি কনট্রোল তৌনিঙাইমু ওইরমদে অমুবু ইশাগী চহী শারেপ কারক্লব মতমদদি চপ মান্নন নিংখিজরব লমদম শ্রীলঙ্কাবু ইরৈবাক ওইন অমুগ Rationalism বু ঐগী ফিলো-সোফি ওইন লৌশিঙরে, মসি ইশাগী পামজব মতুং ইন্না লেপচরিবনি।"

মখোয়গী থায়নগী যুমদ মপান লিংখৎলব, খৃষ্টান স্কুল অমদ, মহাক্কী মনাওমুপা ( Yale University U.S.A. অমদি United Nation গী) Dr. Behanan T. Kovoor গ লোয়নন লাইরিক তম্ব ছোই। অমুগ মথা তমথনবগীদমক কলকত্তাদ চৎলি। কলকত্তাগী বেঙ্গাবাসি কোলেজদ মহাক্ন বোটনি অমদি জুলোজিদ specialist তৌখি।

Kottayam C.M.S. কোলেজদ চহী অনী বোটানিগী Asst. লেকচরর ওইরব তুংদ Jaffna Central College কী প্রিনসিপাল Rev. P.T. Cash ন বার্তোন তৌরকপদগী ১৯২৮ দ কোভুর শ্রীলঙ্কাদ চৎলম্মী। Rev. Cash শঙ্কাইরব botanist অমদি Ooly দ Mountain flora খিমিন্নব চৎপদ মখোয়নি শক খঙনরকখিবনি।

অহানব চহীহুদ নহা ওইরিব কোভূরন J.C. College গী কাইনেল ইয়ার ছাত্রশিংদ Botany গ লোয়নন স্ক্রিপচর (ধর্ম্মগী লাই-রিক) তম্বীরম্মী। কেম্ব্রিডস ইউনিভরসিটিদগী রিজল্ট লাকপ মতমদ মহাক্কী ছাত্র অয়াম্ব মনা মথুমগ লোয়নন distinction দ পাস তৌরক্লে। অদুবু মথংগী চহীদদি কোভূরগী Time table দ scripture অমুক হল্ল লাক্লে, ভাইস প্রিনসিপাল Rev. ol. Gibbon দ শিন্নখ্রে। মদুগী মরম হংবদ Rev Cash ন নোক্ল নোক্ল খুম্নকখি, "অব্রাহম, ঐ খঙই নহাক্ল Scripture গী মহৈ কজন পুরকই, নহাক্কী ছাত্র পুম্নমক মায় পাক্লে, অদুবু মখোয় পুম্নমক্ল মশা মশাগী ধর্ম্মবুদি মাঙহনজরে।"

Rev Cash ন খবক্তগী পোখারদুন ১৯৪৩ দ শ্রীলঙ্কা থাদোক-খ্রবদ, জাফনা সেণ্ট্রেল কোলেজ থাদোক্লম্লগ ডাঃ কোভূরম্বু গলেগী বিছ মোল্ড college দ চংলম্মী, মতুংদ মোণ্ট লাভিনাগী সেণ্ট থোমাস কোলেজদ পুরম্মী। মতুংদ কোলোম্বোগী থরসতান কোলেজগী সাইন্সকী হেড ওফ ডিপার্টমেণ্ট ওইন ইংশোক ১৯৫৯ দ খবক্তগী পোখারম্মী।

মতম কুইনদগী হৌন থিজিল হুমজিন্দ্রন লাক্লব Spiritualism অমদি Psychic কী ওইব থৌদোকশিংগী মরমদ রা ভাংব অমদি ইব হৌরকখিবসি ডাঃ কোভূরন খবক্তগী পোখারব মতুংদতনি। মহাক্ল হায়খি, "অয়াম্ব অভাংশিংন তৌবগুম ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংন তৌরম্ব অপং থাজব ধর্ম্মগী থবকশিংহুদ ঐম্বু অরেম্বদ কোক শিজিন্নরম্মী অমদি লীক্লমহুদ অহুমক তাওথরকখি। ঐন চহী নৌরিঙৈ মতমদ অদুগুম্ব অপংবগী লাংহুদগী নাম্বোক্লব হোৎনখি, অদুবু মহু খুনাম য়াওদন অঙম্ব চীঙ কাবগুম থোকখি।" অসিগুম্ব অশোয়বশিংসি অমুক হল্ল থোক্তনব ধর্ম্মগী মিংদ চৎনহল্লিব মখোং হুত্তব রাখল্লোন ময়ামসি মহাক্কী অমত্ত পোকচব মচানিপা আইরিস কোভূরদ ঈথিল চংহল্লোই হায়ন মহাক্কন খনখি। প্রোফেসার আইরিস কোভূর হৌজিক হৌজিক ফ্রেন্স অমসুং কিউবা Govt. কী মখাদ Scientific research কী খুৎমাব

ওইরি। মহাক্কন্নু ধর্মগী থাজনবীশিংগী ইথিল অমত্ত চংহন্দন মচাম্মুপা অহুম য়োক্লি। মসিদ মহাক্কী হৈ শিংজবী মুপী প্রোঃ জাককুইলিন কোভূরনু চাওন থৌদাং লৌরি।

ডাঃ কোভূরগী নুপীন শিখিবগী মরমদ ইব রায়োল অহুন ১৯৭৪ গী নভেম্বরদ শ্রীলঙ্কাদ অচৌব রাথোক অমা ওইহনখি, মহু পার্লিয়ামেণ্ট কাওব য়োনখি। রায়োলদি "থাজগনব মীওইশিংদ অরাব ওইদনব, মমি নত্রগ থরাইনচিংব অমত্ত থম্লমদন Mrs. Acca Kovoor শিংব্রে। মহাক্ক পামজরম্ব মতুংইন্ন ওসি (ইরাই) অয়ুক্কী পুং ৮ ডাবদ Tiruvalla Pamankada Lane, Colombo-6 তগী শ্রীলঙ্কা ইউনিভরসিতিগী Medicine Faculty দ মহাক্কী হকচাং অসি পুরগনি। পোৎলোয়খিদে! লৈহুং চনখিদে! লৈ মনা অমকাওব চাইথবিখিদে।"

পাওজেল অহু লমহুগী চেকোং পুন্নমক্ত কোংনরকখি অহুবু শ্রীলঙ্কাগী Radio দদি লাওথোকখিদে। মসিগী মতাংদ পার্লিয়ামেণ্টত রাহং পোখাইনরকপ মতমদ ব্রোডকাসটিং মন্ত্রিন (মহাক Roman Catholic ওইরম্মী) হায়, "বুদ্ধ লম্বোইব অমগ রোমান কেথোলিক পুরোহিত অমগী পাওতাক মতুং ইন্ন রাকমহু কোংদোকখিদবনি।" "থরাই লৈতে" হায়ব বুদ্ধগী রাখল্লোন তুংইন্নিব বুদ্ধিষ্ট লম্বোইব অহুন মী অমগী অশেংব থম্মোয়দ "থরাই লৈ" হায়ব কেথোলিক পুরোহিত অহুগী থাজবদ শরুক য়াশিল্লুরিব অহুন হেন্ন ঙকহ্রে!

অকা কোভূরন হীংলিঙৈদ মপুরোইবগী থিজিন হুমজিনবগী থবক কয়ামরুমদ অকনব ডাক্রো ওইখি। শ্রীলঙ্কা Rationalist Association হেক হৌরকপদগী মহাক্ক Treasurer ওইরমখি অমদি Rationalist শিংগী world conference কয়াদ মপুরোইবগ লোয়নন শরুক য়াখি।

অপংবশিংগী রাখলদ লৈরিব ভূতনচিংবগী অকিব অমদি Miracle performer শিংন তৌরিব থয়োম লাকপ, পাঞ্জি য়েংব, খুবাক ময়ি য়েংব, Spiritualist, Numerologist, লাইপাও পীব অসিনচিংব

লাইগী অমদি মন্ত্র মন্ত্রশিংগী মাথোক কয়ামুক শেমজিন্দুনা মীয়ামবু লৌনশীনবিব অসিদগী কয়নব হুইকাপ তেনকাপকী মরমদ থিজিনব মীশক অম ওইনা ডাঃ কোভুরন কয় হোৎনখি। তম্লাইন শৌ শারে হায়ব য়ুমদ মহাক্ক অহৌং য়ারেকই অমদি মোংফমশিংদ ভূত থিবগীদমক কোয়চৎ চৎলি। য়াইকনিঙাই ওইরব (অহল ওইশিন্নরব) মতম অসিদ মহাক্ক মহাকী পুন্সিগী মরু ওইব থৌদাংশিংসি পাঙথোকপ হৌরকই। মিরাকুলাস পরায় কংলে হায়না লাওজরিব মথোয় পুম্নমক অহুম ওইদব মীনম্ব ডাক্তনি নত্রগ রাখল শোয়নাইরব ডাক্তনি হায়না মী পুম্নমকপু জ্ঞান তাহনবগীদমক মহাক্ক হোংব নাইত্রব মথাগী Challenge শিংসি পৃথিবী শীন থুংনা লাওথোকখি।

## চেলেঞ্জ লাওথোকচব

"ঐহাক অত্রাহম টি কোভুরনি লৈকম, তিরুবল্লা', পমনকদা লেম কোলোম্বো-৬, ঐহাক্ক থঙহন্জরি, মহুদি- মালেমসিদ লৈরিব কনাগুম্ব অমন নমথাক য়াহু মাওদন Super natural নত্রগ Miraculous গী ওইব power উৎপীব ঙমবদি ঐন মত্তোনদ শ্রীলঙ্কাগী শেলদ লুপা লাখ অম মনা ওইনা পীজগনি। চেলেঞ্জ অসি ঐন শিত্রেকাওব থমজরি।"

লাই ওইরব মী, সাধু, সন্ন্যাসি, সিদ্ধ কংলব গুরু, স্বামী অমদি অথাগী শাজেল তৌহুন নত্রগ লাইগী মর অমদগী হেন্দোক থোইদোকপ মতৌক ময়াই কংবিরে হায়রিব মথোয় পুম্নমক্ক করিগুম্ব মথাদ উৎলিব মিরাকলশিংগী মনুংদগী অমত্তং ঐগী মাওদ পাঙথোকপীরবদি মনা অসি লৌবিব য়াগনি। পাঙথোকদব মিরাকলশিংশুদি :—

১। উপু মনুংদ লৈব লুপাগী নম্বর চুম্না হায়ব ঙম্ব।
২। মিস্রিকা (লুপা ময়েক) পুথোকপ ঙম্ব।
৩। লাইগী থৌজাল নিহুন অচাকপ মৈতান মথক্ত মিনিট মথাই অমত্তং ঙকলেং লেপ্পন লেপ্প, (পোকথোকহন্দব)।
৪। করিগুম্ব পোৎশক অম মুংশিত্তগী হেক্ক পুথোকপ ঙম্ব।

৫। Psychokinetic power শীজিমহুন মপাং ওইব পোৎশক অম লেওহনব নঞ্জগ কোলহনব ওষ।

৬। তেজিপাথি শীজিমহুন অতোম্নন খল্লীব রাখলবু খওদোকপ ওষ।

৭। স্পিরিচুয়েল পন্নাব, লাওরদেশকী ঈশিং, গঙ্গাজল, স্নাইক-খোল, চাকথা পীব, হায়রিব মল্লামসি তৌহুন ককল্লব খোও নঞ্জগ খুৎ অমবু ঈনচি অমতং ওইরবস্থ শাংদোকহনব ওল্লব।

৮। যোগ শাস্ত্রহুন হুকচাংবু পুংশিৎত তাওখৎপ ওল্লব।

৯। যোগ শাস্ত্রহুন মিনিট মঙা খম্মোয়গী মীকন লেপহনব ওষ।

১০। ঈশিং মথক্কু খোঙন চৎপ ওষ।

১১। তোঙান তোঙানব মকম অনীদ হুকচাং অমশুন লৈব।

১২। যোগ শাস্ত্রহুন মিনিট কুন্থু পুংশাস্বোব ছোন্দব ওষ।

১৩। লাইপোক্কী ওইব নঞ্জগ করিওষ মখল অমগী মেডিতেসন-নচিংব পাঙখোক্কুন creative intelligence নঞ্জগ মঙাল ফংব ওষ।

১৪। মপোক অম নিংশিংলকপদগী নঞ্জগ Spirit অম চংখিবদগী শুকখও খওদব লোল অম হেক্ক হাওব ওষ।

১৫। ছুত নঞ্জগ খয়াইবু কোতো নষ ওষ।

১৬। কোতো নম্নব কিল্মদগী মমিরু অমুক মাওহনব ওষ।

১৭। শো লোনশিল্লব কাদগী মপান খোল্লকপ ওষ।

১৮। পোৎশক অমগী অরুপ হেনগৎহনব ওষ।

১৯। লোৎশিনখিব পোৎ অম পুখোকপ ওষ।

২০। ঈশিংন পেট্রোল নঞ্জগ য়ু ওলহনব ওষ।

২১ ছুন অমুক ঈ ওলহনব।

২২। মীওই ভরাগী (শিখিবস্থ য়াওবে, অঙীংবস্থ য়াওরি) নম-খোল্লব খুবাক মখি নঞ্জগ Astrological chart য়েংলগ, মখোয়গী পোককম, পোকপগী মতম অমদি Longitude Latitude নচিংব চুম্ন তাম্নব ( ৫% লায়কাওব য়াই ) মসিবু ওম্নবদি, পাঞ্জি অমদি খুবাক মখি

য়েংব অসি সাইন্টিফিক ওই হায়েন কয় য়েৎলিব পুম্নমক এরার্ড অসি লৌবিয়ব য়াগনি। চেলেঞ্জ অসি মথাগী অশুম্ব পাঙথোকচগনি :—

১। চেলেঞ্জ অসি তৌরিব মীওইহুন লুপা লিশিং অম মাংয়োনন ডিপোজিত তৌবিগদবনি। ডিপোজিত তৌরিবগী মরু ওইব পান্দমদি রাজাও ঙাঙলম্নগ তুমিন্ন তোকখিদনবনি, লোয়নন মতম, পৈশা অমদি ইনর্জি অরেম্বদ মাঙদনবনি। মহাক্ক ঙমগ্রবদি ডিপোজিৎকী পৈশাহু অমুক হন্দোক্কনি।

২। মশান য়ান deposit তৌরব মীহুতমক ঐখোয়ন শক-খঙগনি। ডিপোজিৎ তৌদব কনাগুম্বদ ঐখোয়ন Challenge তৌননবগী ঈ-পাও চৎনবগী থবক তৌরোই।

৩। Deposit তৌরব তুংদ মহাক্ক নুমিৎ অম লেপ্পরগ মীয়াম মাঙদ ঐখোয়গী মেম্বরশিংন অহানব চাংয়েং লৌগনি।

৪। করিগুম্ব অহানব চাংয়েংহুদ ঐখোয়ন ঙম্লবদি মহাক্কী deposit তু মাঙগনি।

৫। করিগুম্ব মহাক্ক ঙম্লবদি ফাইনেলগী চাংয়েংহু মীয়াম মাঙদ ইশামক্ক লৌজগনি।

৬। অরোইব চাংয়েংনবহুদস্থু মহাক্ক ঙমগ্রবদি থমখ্রিব deposit তু হন্দোকপগ লোয়নন ঐহাক্কী লুপা লাখ অমগী মনাহুস্থু পীজগনি।

৭। নমথাক তৌব ঙমদনব পাঙথোক্কদৌরিব থবক থুদিংমক ঐখোয়গী মীওইশিংন য়েংনিংব মওংদ চেকশিন্ন য়েংজগনি।"

লাইরিক অসি ফোংজ্রিবগী চহী ১৩ মমাং হায়বদি ১৯৬৩ দ ডাঃ কোভূরন চেলেঞ্জ অসি পৃথিবী শীন থংবন লাওথোকখি অদুবু কনা অমত্তন খুবৈ অমকাওব মাঙোন্দ হেক্তিনব ঙমদ্রে। "Divine Miracle Exposure Campaign" অম ১৯৭৫ দ ভারতকী কাচিন কোয়া শীন থংবন চৎখি মহু চৎজ্রিবদা মহাক্কী চেলেঞ্জ পাওজেলসি ভারতকী অকাওব Astrologer, palmist, লাইওইব অমদি লাইওইবী কয়াদ

থারম্মী। বেঙ্গালোরদগী পংতক তৌব ডাক্তর অমথক্তদি deposit তৌদুনা চেলেঞ্জ তৌনখি, মহুগী মহৈ ওইনা লুপা। লিশিং অম তোংজন ডাঃ কোভুরন শ্রীলঙ্কাদ হল্লকখি। ধর্ম্মগী ফিজেৎ লৈতেং থম্ব শেৎচিল্লগ চমজরবশিংবু নমথাক তৌরিব অমদি মীয়ামবু লোনশ্বৌরিব তীনবু লাই-বুবশিংসিন ডাঃ কোভূরবু শাথিন হৈনদে। অপং থাজবগী চৎনবিসি মালেম লৈমায়থকসিদগী মপুঙ ফান শিৎতোকখিনব অমদি মীওইবগী ওইব চৎনবী অম শেমগৎনব ডাঃ কোভূরন থল্লাই হকচাং য়াওন কল্ল হোৎনখি। শম্ম হায়রবদ, ২০শুব চহীচাসিদ অকব অচুম্ববু লমজিং লমতাকপীরিবশিংগী মমুংদ মহাকম্ভু অমনি।

লাইরিক অসিদ য়াওরিব মীওইবগী রাখল লোশিং য়াকাইহনব ওম্ব লাতমশিংসি ঐন মতম কুইনগী মমাঙদগী থোরাংজরক্লবনি। অথম্বব রারেংশিংসিন Super natural, Miracle অমদি Spiritual দ লুপ্তুনা থাজরিব মীশিংবু শোয়দন মমিৎ পাঙথোকহল্লগনি।

V.A. MENON

# হৌরকফম

পুকচেল লূব অমদি থম্মোয় শেংব মীশিংন অচুম্ব অকব থবক তৌহুন পুকচাক তাল্লি। অসুম্ম পুকচাক তাঙরিব মথোয়বু লৌনম্বীরগ থম্মোয় শেংদব থরন অমুক শেল তাল্লি। থাজগনব মীওইশিংগী লল-থৌম চুপথোকপীরিব মীওইশিংগী মনুংদ মাইব, মাইবী ধর্ম্ম শন্দোকপ মী, পুরোহিত, Mystic, সাধু, সিদ্ধ কংলব কাংবু হায়রিবশিংসি য়াওই। মথোয়সি Meditation তৌহুন মঙাল ফংজরে হায়না লাওরিব কাংবুনি যোগ শাম্নহুন নত্রগ লাই হকথেংনহুন মিরাকুলাস পরাব ফংলে হায়না অসিগুম্ব গুরু, ববা, আনন্দ, ঋষি, স্বামী অমদি যোগিশিংসিন হায়রে। মাইব, মাইবী, ভূত শান্নব, কিথৌম পুব, লাইপাও পীব, তুংদ থোক্লকদব হায়রব, অসিগুম্ব মথল পুম্নমক্কী মীওইশিংসিন মথোয়না থরান্নীচাকলোন, থুবাক মথী য়েংবগী কাংলোন, নিউমোরোলোজি, টেলিপাথি, Spirit কৌবনচিংব স্পিরিচুয়েল প্রাক্তিস তৌহুন স্পিসিয়েল পরাব ফংলবনি হায়না চাওথোকচৈ।

হন্দক চহী থরসিদ হিন্দুগী লৈরিব লাইয়ামসিগী শক্তম লাঙোন্দৌনা ওইদব মীন শাশিন্নব লাই শোক্লনৌ ময়াম অম ময়োন চোংথৎলক্লী! মরৌ লৈরবশিংসিন য়াম্ম হৈ-শিংন থজিক্কং হোৎনরগ লনথৌম য়াম্ম তানশিন্নরি। লৈবাক অসিগী মীয়াম্মন্ম থুংকী চলাক হৈব থর শিংব মী অমদ লাঙোললকপনি হায়না হেক্ক হায়জিন্নে। লাঙোল্লকপ মীতুগী মরমদ মঙগুম্ব রারী কয়া শেমজিন শাজিনহুন লাইরিক্ত অমদি চেক্কোংদ হেক্ক শন্দোক্লরকই। অসিগুম্ব লাই শাজিন্নরিব মী অহুন মীয়াম মাঙদ লেঙথোরকপ মতমদ মহাক্কী এজেন্টশিংন লৈ-শু কৎতুন শাংত্রোং শাংন থুরম্মী। অপংব মীওইশিংদ মীতৌ তম্বগী হৈনবী অম লৈবন মরম ওইহুন এজেন্টশিংন থুরুম্ব উবদ থাজগল্লব ভাবোক লিশিং কয়াহুন্নু লাইগী শক্তম লৌরিব হৌদোং লম্বোইবন্দ লুপা পৈশাগ লোয়নন শাংত্রোং শাংন থুরুম্ব হৌনরকই। অন্দুম্ম ময়াম চঙহুন কৎলম্ব লুপা

লাখ কয়াহ্নু যাহুগর অমদি এজেন্টশিংগী মরল ওইহৌই। লাই শাশিন্নরিব মীওইশিং অয়াম্বদি থাক রাংলব সাইন্টিষ্ট ডাক্তনি, তশেংনমক মসি য়াম্ন লাইবক থীবনি।

অসিগুম্ব লাই শাশিন্নবগী থবকসি পোৎলাকপ, কলাবজার তৌব পৈশা শৎপ অমদি হুয়ান চিন্থিগ চপ মান্নন তমথীরবস্থু সরকারন আইনগী থোংদ পুশিন্দে মরমদি লাই শাজিন্নবগী থবকসিদি ধর্মগী মনুং চল্লি। ডেমোক্রেসি চৎপ লৈবাক্ত অপংবশিংন মীশিং য়াম্লবদি হায়রিব থোক মোক তৌব কাংবুসিন মনীং তম্ন (মরাল লৈতবগুম) ইকোং কোংন মীপোৎ মীরল হুরাল্লি। মখোয়শিংসি করিগুম্ব চৈরাক পীবক থোক্লবদি য়ুবু যিশুগী ঈনি হায়হুন লাইমিং লৌব মতমদ নমথাক তৌবগীদমক মালেমসিদ লৈরিব খৃষ্টানগী পুরোহিতশিংসিদ শোয়দন অহানব চৈথাক্ম ওইগনি। কেমিকেল টেষ্ট তৌবদ মখোয়গী থোকতু অহুমক খঙগদব লৈরবনি।

মখোয়ন তৌরিবশিংহু অচুম্ব নত্তে খঙবদগী ঐন মীয়াম মাংদ চাংয়েংনসি হায়ন চেলেঞ্জ থমজরিবসিনি। মীয়াম্নস্থু মসি খঙবিগদবনি। চেলেঞ্জ অসিদ শেল মশীং য়াম্ন থম্বসিন মীয়াম্ন ঐবু শেঞ্জাও পায়বনি হায়ন লান্ন উবিরম্বস্থু য়াউ। অহুবু ঐদি থম্মোয়নুংদ অকি তুজুংনিঙাই ওইরব রাক্ষম অম থল্লি, মহুদি- করিগুম্ব মালেমসিদ সুপর নেচরেল নত্রগ পেরানোর্মেল ওইব মী অম চোংথোরকপ তারবদি শেলকম ময়ামসি পীনব হোৎনবদ ঐদি য়ুম-কৈ লৈত্রব, ইরল ইমান তাক্লব মীথক অম শোয়দন ওইরগদবনি। অহুবু চেলেঞ্জ অসিদ ঐহাক মায়থিরোই হায়ন থাজখি, হৌজিকস্থু থাজরি মরমদি মিরাকুলাস পরার হায়বহু কনামত্তন ফংব ঙমলোই, চেকোংদ অমদি লাইরিক্ত পংই ইরকপগী রাতনি। অহুননি Challenge অসি ঐন শিত্রিকাওব নত্রগ অঙম্ব অম চোংথোকপিরক্তি_কাওব মীয়ামদ থমজরিব।

সুপরনেচরেল পরার ফংলে হায়ব মীওইশিংহু ঐগী Scientific test কী চাংয়েং অসিদ অমত্ত থোক্লক্ত্রে। নুপা অমদি চেলেঞ্জ অসিগী-

দমক লুপা লিশিং ১ ডিপোজিৎ তৌরকখি, ওক্রিবদি চলাক কলাক হৈৰ মী নৎলমল্লে, ধর্ম্মদ লুপচব ইপং পংন সুপরনেচরেল অমদি Miraculous ত থাজব মীশক ওইরম্মী। মহাক বেঙ্গলোরগী মেডিকেল ডোক্তরনি, অন্ধ্রপ্রদেশত লৈব মহাক্কী গুরু স্বামী রঘবেন্দ্রাবু ডিভাইন পৱার কংলব মীনি হায়না মহাক্ক থাজক্কবদগী লুপা লিশিং অমহু deposit তৌরকপনি।

"ওম রঘবেন্দ্রা শরনম" হায়ব মন্ত্রসি হুংতিগী ১০০ রক শোল্লবদি ডিভাইন পৱার ফংগনি হায়নস্থ ডাঃ রাওন ইপঙ পঙন থাজরম্মী। মহাক অসুক্কী মতীক পঙন থাজগনব মী ওইরম্মী, মহুদি—মহীশুর ডিসত্রিক্কী খুঙ্গং অমদ চহী ৬ ত ঙাইরিব অঙাং অমগী মমিৎতগী লে, অশেংব উৎ অমদি খোইহীন লীক্লাগুম তপ তপ শিন্থরকই হায়ব রারী ফাওব থাজবম্মী।

ঐন তাকপ মতুং ইন্ন মহাক মশামক্ক অঙাংহু চাংয়েংলুরব তুংদদি মহাকন deposit তৌরকপ পৈশাহু হন্দোক্লো হায়ররে। অদুবু Challenge গী চৎনবী নিয়ম রাংমদ ওইখিবন ঐন রাকমহু য়াব ওমখিল্লে।

মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক Mr. V.A. Menon ন লাইরিক অসি কোংদোকপীবগীদমক ওমখৈ লৈতন নুংঙাইজে। মহাক্কী হোৎনমল্ল Supernatural অমদি Miraculous ত ইরাকনবিবশিংসি কনবিব অমদি চলাক তৌবশিংবু কোয়দৎপ ওমলগনি হায়বসি ঐগী অচেৎপ থাজ্জবনি।

Dr. Abraham T. Kovoor

## অহানব

# লাইগী ৱাখল্লোন

মীওইবগী ৱাখল্ লৌশিংগী ওমথৈ অসি অসুম অসুম পাকথোক চাওথোকপ হেনগৎলক্লীবমথৈ হেন্না হেন্না য়েৎনদিঙাই ওইরক্লিব লোয়নন লাই হায়বসি করিনো হায়ন হৌজিক হৌজিক কোং কোং শান নৈনরিব ৱাহং অমিদ ঐগীস্ু ৱাখল্লোন অমত্তং কোংদোকচনিংঙই।

শক্লাইরব Palaeontologist, Telhard de Chardin ন মহাক্কী লাইরিক "The Phenomenon of Man" দ অসুম্ন কোংদোকই, মতুদি- মালেমগী লৈমাইথক্ত মীওইবন মরু হুল্লক্লিবসি (emergence) য়াম্ন মতৌক মগুন লৈব, ৱাংলেন ৱাংব হৈশিংব অমগী খুজিল খোৱাংলনি, হায়রিব মীওইববু শেম্বীরকপ ৱাংলেন ৱাংব মহাক অদুবু লাইনি হায়নিংঙি।

অনৌব মতমসিগী শক্লাইরব theologian অম ওইরিব হান্নগী বিসোব ডাঃ রোবিনসনগী মোত্ত শক্তম নাইব লাইবু মহাক্ক য়ানিংদব কোংদোকই। "Honest to God" কৌব মহাক্ক ইব লাইরিক্ত-লাই হায়বসি মশক মওং লৈত্তব অমদি মহৌশাগী লৈরিব লেংলি পাল্লিব খুদিংমকপু মহাক্কী খুত্থমদ থম্ব ওন্নীব অদুগুম্ব হৈথোয় শিংথোয়রব মহাক অদুবুনি হায়ন কোংদোকই।

"সাইন্সন লাইগী মকম পীদবর?" হায়ব মেথোডিষ্ট চর্চকী চেজাই অমদ Rev Fred de Silva ন অসুম্ন হায়, 'সাইন্সকী তোঙান তোঙানব হীরম কয়ামুক্ত লাইগী মথল মথেল শক্লোন কয়ামুক কোঙদোকই। লাইগী থংগুমদব অথুপ্প কয়া ফিজিক্সত, কেমিষ্ট্রিদ, বোতানিদ, জুলোজিদ অমদি ফিজিওলোজিনচিংব সবজেক্ত কয়াদ মচেৎ মচেৎ ওইন কোংদোকই। ধর্ম্মন হায়রিব মওং পুম্নমকসি পুম্নপ তিনশিন্নহল্লি অদুগ স্পিরিচুয়েলগী মশক মচু শংজীল্লি, অকক্লব ওবিত

অমদ থাবু লৈহল্লিবসি, সুম্মিৎ, পৃথিবী অমদি থাগী মরক্ত মখোয় মশেল অমগ অমগ চিংশিন্নবগী শক্তি লৈবননি, মখোয়গী চিংশিন্নবগী লৈনরিব মরী অসিবু চাম্সনি হায়ন খনগদৌরিব্রা ? ব্রাকমসিদ ঐন কম্ন থাজ- জবদি অসিগুম্ব চিংশিন্নবগী থবক থোকহল্লিব অসিগী মক্সমদ শাৎলেন শাৎপ অম লৈ হায়বসিনি। হায়রিব ব্রাংলেন ব্রাংব, শাৎলেন শাৎপহুবু ঐন লাই হায়ন মীংথোল পীজনিংই।

শকনাইদব লৌশিং চঙথোনব (impersonal intelligence) হায়ন শারোয় ভারোইগী মীহুন গুব চীনকেল ফবশিংন তোয়ন পল্লিব ব্রাকমসি হৌজিক ঐথোয়ন লৌখৎতুন য়েংলসি। Brain tissue শিংন থবক তৌব নত্তুনদি ইন্টেলিজেন্ট হায়ব জ্ঞানগী ওইব ব্রাকম অসি লৈব য়ারোই। Bonics হায়ব অনৌব সাইন্স মখল অসিন পুক্লিং অমম্নং হকচাং কয়াৎকী মথৌশিংসি ইলেক্ট্রোনিক্সকী শক্লোন্দ উৎপ ঙমখ্রে। হকচাং কয়াৎ অমদি পুন্সি (Life) য়াওদন পুকনিং নত্রগ লৌশিং (intelligence) হায়বহু লৈব য়াদে অদুগ হকচাং য়াওদন অহীংব লৈবস্থু য়াদে। চাকনব মচাক য়াওদন মৈ থোকউ য়াদবগুম নুংশা- খোর হোন্নব হকচাং অম য়াওদন অহীংব (Life) হায়বহু ওইব য়াদে। অহুন হকচাং কয়াৎ য়াওদব হৈথোয় শিংথোইব অম লৈ হায়ব ব্রাকমসি পেং চোইরব চক্ষুৎকী ব্রাকমনি।

অহীংব পোৎশক অম হায়বসিগ ব্রাখল লৌশিংগ মান্নন লৌব য়াদে। অ'লু নত্রগ হকচাং য়াওদব heart অম অত্থমক হীংব ঙম্মী অত্থবু মখোয়দ ব্রাখল লৌশিংদি য়াওদে মরমদি মখোয়গী মশাদ brain tissue শিং য়াওদে। অত্থবু সিলভান হকচাং অমদি brain tissue শিং য়াওদব ব্রাখলদি খনব ঙম্ব থৱাইগী নম্বো অম কোকথোংনরিবহুন করিগীনো ? মসিগী থাজবী অসি অহীংব পোৎশক থুদিংমকী হকচাংদ শিব নাইত্রব থৱাই নত্রগ স্পিরিত অম লৈ হায়ব অৱানব Concep- tion অসিদগী লাক্লিবনি। শিব নাইত্রব থৱাইদ পুন্সি অমদি পুকনিং (Life and mind) অনীমক লৈ হায়ন স্পিরিচুয়েলিষ্টশিংন থাজনৈ।

মসি অপং থাজনব মথল অমনি ময়মদি লুংশাখোয় হোনব ওম্ব হকচাং অম লৈতন পুন্সি অমদি পুকনিংন হীংহুন লৈ হায়বসি ওইথোক্কবনি। অহুবু হকচাং য়াওদব স্পিরিতশিংহু নিংথীন ফিজেৎ লৈতেংই হায়ন য়াখল চোইরবশিংন অহুমক হায়নরি। হকচাং য়াওদব থরাই (spirit) অহুন থম্বোম্বী অমদি Vocal Cord (খোরি) য়াওদন করম্ন রা ওাঙপদোরিবনো নত্রগ তোংশাগী ওইব থবক ঙ-নোম্নব হকচাং অম য়াওদন তোংশাগী ওইব থবক করম্ন পাঙথোক্কদোরিবনো অমদি মখোয়ন ফিজেৎ লৈতেংনব কদায়দগী কি-য়োল কংগদগে? কি-য়োল হায়বসিদি তোংশাগী ওইব খুং-শান থবক গুরগ পুথোকপ ইন্দ্রিয়গী পোথোকনি। স্পিরিত হায়বসি করিনো গুকথঙ থঙদন পংথাদ থাজরিব মীশিংসি অরাবগী মশক্কনি।

করিগুম্ব অশিব মীন মখোয়ন শিব মক্কমতুদ তম্নবগীদমক স্পিরিত ওইহুন লৈরবদি থাগী লৈমাই অসি আ-নহাম্ন তম্নবুং অম ওইরম্লগনি মরমদি এস্ট্রোনোট নত্রগ কোসমোনোট অমত্তন মখোয়গী শিপ্রবশিংহুগ থেংনদনব হায়রহুন করিগুম্ব থোরাং অমত্ত তৌখিদ্রি। অসিগুম্ব খুদোংথীবসি লৈব তারবদি রুসিয়ান অমদি আমেরিকানশিংন শিলোন্দগী তীনবু লাইদুব থর থাগী লৈবাক্ক পুবিগদবনি। ময়মদি মখোয়ন খম্লোম চবান থাদোক্লগদি মতুং থা শাবশিংদ অম্রা অনা মায়োকনয়োই।

ইউনিভর্স অসিদ লৈম্নিব খুদিংমকসি মেতেরিয়েল ওাক্কনি হায়ব সাইন্টিফিক ওইব অচুম্ব য়াকমসি ঐখোয়ন লৌশিনগদবনি। থায়নঙৈগী য়াথলদ মেতর অমদি ইনর্জি, মেতর অমদি পুকনিং লোয়নন থরাই অমম্বুং হকচাং হায়রহুন তোঙান তোঙান থায়দোক্লম্বহু হৌজিক্কী অনৌব সাইন্সকী মঙাল অসিদ কুইন হীংহুন লৈব ঙমগ্রে। পোৎশক অম শেমগৎলিব অকুপ্প মরু ওইব মচাকশিংসি ইনর্জি নত্তন অতৈ করিম্বু ওইরমগ্রে। অহুন লোম্ব নাইব পোৎশক্কী হেম্ন মমল য়াম্ব লোয়াইনব পুকনিং হায়রহুন লৈরম্নীব য়াথল্লোন অসি হৌজিক্কি চৎনব য়াগ্রে। হৌরককম অমদি থবক্কী মওং মতৌদ য়েংবদ পুকনিং হায়বসি তশেংনমক পোৎশক ওইন থেংনৈ।

শকনাইয়র neurologist Walter Hess ন থরাইগী ওইব মমল নত্রগ থরাইগী মিংদ শীজিন্নরিব রাকমশিং হায়বদি মুংশিব, খোয়রাংব, শাওনিংব অসিনচিংব পুকনিংগী থবকশিংসি চাংয়েং তৌহুন পোৎশকী ওইব লমচৎত ( Material nature দ ) উৎপ ওমগে, মহুগীদমক মহাক নোভেল প্রাইজ কংথ্রবনি। মুংশিব, চানবীব, থৌজাল, পেন্থোকপ, পাম্ব, পামদব, তুকৎচব, কিব, য়েংথিব, শাওব, নাব, লাম্ব অসিনচিংব পুকনিংগী ঈথিলশিংসি মরি লৈনব ব্রেন সেণ্টরশিংদ ইলেক্ট্রিকেল ইম্পালস তৌহুন ওইহনব য়াই হায়বগী চাংয়েং মহাকন উৎখ্রে। অদুন স্পিরিচুয়েল ভেলুশিংনি হায়রিবশিংসি অতৈ করিস্থু ওইরমদ্রে। শিংলিশিংগী ওইব Electro Chemical গী থবক ওইরম্লে। অদুন হায়রিবশিংসি লাইগী থৌশিল নত্তে হায়বসি মরেক শেংলে।

ইউনিভর্স অসি মেতেরিয়েলনি অমদি মেতেরিয়েল হায়বসি মাওহনবস্থু য়াদে অদুগ শেমগৎপস্থু য়াদে হায়ব রাকমসি থওঙকৈদগীদি মী নত্রগ থরাইমিরেল শেম্বীরকপ অদুগী মরমদ অমুক থন্নিঙাই মরম লৈরক্তে। কেমিকেল খুদিংমক মাগী মাগী মশক মওং হোং হোংহুন চৎলিব অসিগুম মেতর মশামক্তগী থোক্লকপ living matter অসিগী কেমিকেল ইভোলুসন অসিস্থু মকম মতম অমদি চানব ফীভমগী মথা পোন্ন মরম্নাই ওইজরকখিবনি, Super intelligent ( হৈথোয়-শিংথোয়ব ) অমন ওইহল্লকখিব নত্তে।

অওন অওন চাব theologian ময়াম অসিগী পাওথুম পীনব হোৎনবসি তশেংন অরায়ব থবক অম নত্তে। মথোয়দ ওনশিনহুন হঙ্গৎন রাহং হংজিল্লবতদ পাওথুম ওইগদবনি। লাই হায়বসিবু কদায়দগী লাক্লিবনো ? Reason অমদি Logic ত য়ুমকম ওইরগ রাহংসিগী মরমদ ঐথোয় নৈনসি।

অহানবদ, ঐখোয়ন লৈরিব মালেমসিগী মরমদ হেংশি, মথংদ Solar System গী planet শিং অমস্থুং সেতেলাইটশিংগী মরমদ, অদুগ অহুমগুবদন galaxise অমস্থুং quasar শিংগী মরমদ য়েংশি। ইউনিভর্স

অসিগী অকোয়বদ য়েংব মতমদ এষ্ট্রোনোমরশিংন মপান নাইদব অতিয়াগী অরাপ্পসিদ ঙমখৈ নাইদন নুমিৎকুম্ন চাওর চাওরব থরাম্মী-চাকশিংন চাইথোক্তুন লৈরিবহু উরমগনি। থরাম্মীচাকশিংহু অহুকী মতীক মশিং য়াম্মী মহুদি বিলিয়ন-মিলিয়ন-লিশিং অমদগীন্সু হেল্লমগনি

থঙব ঙম্লব universe অসিগী light year বিলিয়ন অমগী radius লৈ। মসি মপুং ওইব universe অসিগী রাকমস্তু নত্তে মালেমগী খ্বাইদগী চাওব telescope ন য়েংবদ উব ফংলিব universe অহুখক্তগী রানি। উব ঙমজ্রব ইউনিভর্সকী শরুকশিংদ galaxies ময়াম অমস্তু লৈরিবনি। মখোয়ন থক্তোরকপ মঙালহু radio telescope কী মতেংন উবদগী মখোয় লৈ হায়বসি থঙবনি।

থঙব ঙম্লব ইউনিভর্স অসিগী মনুংদ galaxies মিলিয়ন চামদগী মথা তাদন লৈ হায়ন পানরি মখোয়শিংদুগী মনুংদ থরদি ঐখোয়গী milkey way galaxies অসিদগী হেন্ন চাওই। মখোয়শিংসিগ চাংদমনরুরবদি ঐখোয়গী Solar System অসিদি অপীকপ মৈরিক মচা অমগুম্বনি। হায়রিব galaxy শিং অসি অমন অমদগী লাপ-থোক্লবগী চাং অসিস্তু অস্তুম অস্তুম খোংজেল হেন্দগৎলক্লী।

Milkey way galaxy মতোমতদ য়ামজ্রবদ planetary System মিলিয়ন অমরোম লৈ হায়ন পানরি। হায়রিব System অসিগী মনুংদ লৈরিব planet শিংসি ঐখোয়গী মালেমসিগী মচাকশিংগ চপ মান্নৈ। করিগুম্ব মান্নব ফিভমসি লৈরবদি Chemico-electric ত য়ুক্ষম ওইরগ মালেমগী লৈমাইথক্ত অহীংব পোৎশকশিং (life) হৌরক-খিবগুম হায়রিব প্লানেট মিলিয়ন অমরোম অসিদস্তু মালেমদ লৈরিব জীবশিংসিগ মান্নরবস্তু মাংজ্রবস্তু জীব থরদি লৈরমকম থোকই। রাকমসিদ য়েংননিঙাই লৈতে।

চাওরব মতূম তাব পোৎশক (পৃথিবী) অসিগী মচাকশিংসি অরেম্ম লৈতন থুগাইব অমদি শেমগৎপগী থৌওং চথরি, অদুন universe

পুম্নমক অসিগী মচাকশিংসি পুথোকপ অমদি মওং শেমদোক শেমজিন তৌব অচৌব ইঞ্জিনিয়ার অম লৈত্রা হায়বসি ঐখোয়ন খঙনীংলকই। অদুবু পাওখুমদি লৈতে হায়বসিন ওইগনি।

অমুকন্সু হংব য়াই, মহৌশাগী করিগুম্ব পান্দম অম লৈব জাৎলা ? মহৌশাবু ঐখোয়ন কুপশিন্ন য়েংবদ মহাক্কী পান্দম অম লৈজে হায়বগী চপ চাব য়ুক্ষম অমত্ত ফংব ঙমদে। ঐখোয়ন পৃথিবী হায়ন খঙনরিব nature গী মরক্ত পীকপ্রব লৈতুম মচা অমগী শক্তম লৌরিব মতুম তাব পোৎশকসিগী মথক্ত ঐখোয়ন হীংলি অমদি পৃথিবীগী লৈমাইসিদ চাওর চাওরব উমং রামং কয়া অকীবগী মশক ফংন শন্দোকখ্রি। হায়রিব উমংশিংসি পীকপ্রব ইচম চম্ব algae দগী চহী-চা কয়া চংন মথং মথং লাঙোল্লক্তুন (evolved) ওইরকখিবনি।

Solar energy গী লৈহাও চুপতুন চহী কয়াগী মতুংদ হৌজিক্কী ওইরিব ক্ষিভমসি উপালশিংন ফংজরিবনি। হৌজিক অমুক য়েংলসি-মহৌশাগী য়েহৎ-নৈহৎপ তমথীব শাহুম হায়বদি অকনব নোংলৈ নুংশিৎ- মসিন্সু নুমিৎকী energy ন থোকহনবনি। মসিগী নোংলৈ নুংশিৎকী শাফু অসিন করিগুম্ব মতমদ ফজরব উমংগী হৈপাল উপাল পুম্নমক অমুক থুদেক্তুন মাংহল্লি। অমুকন্স, নোংলৈ নুংশিৎকী য়েহৎ নৈহৎপ তমথীব থোদোকতু করিগুম্ব থোশিন থোরাং অমগী মখাদ তৌহল্লিবর হায়ন ঐখোয়ন হংলসি। মতাংসিদস্সু তৌখিদে হায়ন খুম্ব তারি। ক্ষিভমশিংহু অস্নুম্ন থোকখিবনি মহুদি থোদোকশিং অদু লৈরিব ক্ষিভমশিংহুগী মতুং ইম্ন অদুমক ওইজরকপনি।

চহী মিলিয়ন অনীরোমগী মমাঙদ শা-ঙাগী ওইব পুন্সিগী থাক্তগী মীওইবন হৌরকখি, মতমহুদ মচীন তুম্ব খুৎলাই শীজিন্নহুন নত্রগ ময়াম চঙহুন শা হাৎলগ চারম্মী। রাখল লৌশিং চংখোনব জীব ওইবন মপা মপুন লাইনি হায়হুন ইরাৎনরম্নীব থা অসিফাওব মীওইবন য়ৌরুরে অমদি অতৈ ইরাৎনরম্ব থাগী য়ুমথংনব লাইশিং হায়বদি Mars, Jupiter, Satern নচিংবশিংস্তু শা-ঙাগী ফীভমদ পংহীং হীংলম্ব মীওইবন মনাক য়োব ঙমশিল্লক্রী।

সাইন্টিষ্টশিংন চহী বিলিয়ন ৩ শুরব মুং থেংনরকপদগীদি পৃথিবীগী চহী অসি বিলিয়ন ও হেল্লে হায়ন লৌনরি, তায়বদি চাওরাকন চহী বিলিয়ন ৪.৫ য়োম শুয়ে হায়ন পানৈ। অদুবু বাইবলদদি পৃথিবী শেমখিব অসি চহী ৫৯৭৫ খক্ত ওাইরি, অদুন রাকম অনীসি চাংদম্নবদ শাথিন খেন্নরে।

মহৌশাগী ফজব অওকপ পোৎশকশিং উবদ ঐখোয়ন নুংঙাইব পোকই। অদুবু ঐখোয়ন ঐখোয়গী অকোয়বদ লৈরিব পোৎশক পুম্নমক্ত মনুং থীৎন য়েংব মতমদ মহৌশাগী মন্নুংদ লৈরিব ফজব অমদি অথীব ময়ামসিন্ন উরক্কনি। করিগুম্ব লৈশেম্ব মপু অম লৈরবোইদি ফজব-অথীব, অফব-ফত্তব, পুম্নমক অসি মঙোন্দগী ওইরকফম থোকই। অদুগ করি মরমগীদমক্তনো থৌজালগী মশক ওইরব লাই অমন তমথীরব অমদি অকি তুজুংনিঙাই ওইরব পোৎশক ময়াম অমস্ত শেম্লীব? করিগুম্ব তাইবং মালংপানসিদ থোক্লিব থোদোক রাথোক পুম্নমক অসি লাইন মাঙয়োননন নোংদমখিব ওইরগদি হায়রিব অওকপ নোংদম্ব মহাকন- লাইর-অনং, মীহাৎ-মীপুন, মীন মীবু ওৎ নৈরিব, অকনবন অশোনববু হাৎতোকপীবগী লান, genocides, চাক তাংব, লাইচৎ, নমদুন নুপীবু ইজৎ মাঙহনব, হুরান-চিনথী অমদি ওক্তব শাজৎ পুম্নমক অসিগী responsible লৌগদবনি। অদুবু লৌদে, ধর্ম্মনদি ওৎলৈ পালৈ ঙাংদুন লৈ, অওন অওন চাহুন অতোংবদত লেপকদবগী হোৎনৈ। লাইদি পুমঙম ওম্বনি হায়ন কমজাও কোলহল্লি অদুবু থবক্তি মীওইব মশা মশান অদুমক তৌজে। অদুন মসি ঐখোয়ন য়াফম থোক্তে। মহাক্তি শাৎলেন শাৎপনি, পোকলেন পোকপনি, অদুন মহাক্কী থৌইশিন্ন ওইহনব ফত্তব থবকশিং গীদমক মঙোন্দ responsible লৌহনফম থোকই! মশামকন শেমজব মীওইবগী রাখলদ করিগীদমক মপু মহাকন ফত্তব ঈথিল পোকহল-লিবনো? পুম্নমকসি য়েংলুরগদি মহাকপু খুরুম্বগী মহুত্ত চৈয়াক ময়াম অম কংহনফম থোকই।

Airport ত থেংন থুংলুরন পোকখাইগদব এরোপ্লেন্দ তোংব নংহৌত্রব কনাগুম্ব নুপা অমগী মুপীনদি মহাক্কী মপুরোইব কনবিবগী-দমক লাইবু থাগৎলমগনি, অহাঙ-অথ্রুম কৎলমগনি। অসোমদন এরোপ্লেন পোখাইবত্তুদ শিগ্রব মীওইশিংত্তুগী নুপী অঙাং মমা মপাময়ামত্তুন মথম্মোয় শোক্ল লাইদ শাপ তৌরোইদ্র ? করিগুম্ব মীওইববু শেম্বীব লাই অম লৈব তারবদি মহাক মশামক্ল শেম্বীগ্রব বংলাদেশকী ম্রিকিউজি লিশিং কয়াবু কোলেরা নাহন্দুন হাংখিব অত্তু মহাক মশামক্ল হাৎপনি হায়বদ করিবু লাম্নিংঙাই লৈবগে ?

পোৎশক অমগী মমিবু লৌশিনব ঙম্নীব মীওইবগী মীৎ অসি অঙকপনি, মীৎন লৌশিল্লিব মমি অত্তু শিংলিন অমূক brain দ পুরকই মতমত্তুদ পোৎশক অত্তুগী অশেংব মশক্তু ঐখোয়ন উব ফংডি। অম্সুম্ন উব, তাব, মুংঙাইবনচিংব কংহল্লিব অসি মীওইবগী য়াইফনবগীদমক থরাই হকচাং ম্নাওন হোৎনবিখিব হৈথোয় শিংথোয়্বব মহাক্কী থবক্কী হায়্বন লৌরসি অত্তুবু ঐখোয়ন লিল খারৌগী হু চেল্লব তমথীরব ময়া অত্তুদমুক য়েংশি. ডাক্তরগী হায়পোডার্মিক য়েত্তুমগুম মশা শৃৎ নাল্লি, মখুল হোয় অমদি থৌই, উপাই লৈজ্রব পুন্সি অমদ হুহু কাপশিনব য়ানব তমথিরব ছুগী খাওগ লোয়্নব বল্লব শাদোং য়াওরি। অকনব নোংলৈ মুংশিৎ, তমথীব য়ুহার-হাব, মৈগী চীং পোকখাইরকপ অমদি অয়াকপ নুংশাগী মৈশানচিংবদ চহী থুদিংগী শিগ্রিব মী লিশিং লিশিংত্তুগী মরমদদি ! করিগুম্ব হায়রিবশিংসি লৈশেম্ব অমগী থবক ওইরবদি মহৌশাগী চৈফুদ মরাল লৈজত্রব নুপী অঙাং অমদি জীব কয়া কয়া শিগ্রিবসি মহাক্কী থৌইনশিন্ননি হায়বদ করিম্নু লাম্নিংঙাই লৈতে।

Evolution ওইরক্লীবসি হৈথোয় শিংথোইব লাইগী খুজিন থৌরাংননি হায়ন Teilhard de Chardin ন খল্লিবসি ছুমগদৌরিব্রা ? মহৌশাদ লৈরিব evolution খুদিংমকশিং অসিগ মান্নব মওংদ organic evolution অসিম্ন blind process নি (থোকউ থোকউব ফিভমনি)। মখল মথেলগী genetic অমদি environment কী কীভম

মতুং ইন্না অকনব অমদি অশোনব organism ময়াম অম থোরকই। হিংবগী লৈশাং-শিংগপ লাক্ছেংদ মতীক চাদবশিংন মাংখি অদুগ মতীক চাবশিংন পুক্লিন্দুন লৈহৌই। ঐখোয়গী মালেম লৈমাইগী ওইব কোসিজগী রারীদগী ঐখোয়ন খঙব ঙম্মী মদুদি- অহীংব organism গী শরুক্কী অশিব organism গী শরুক্ক মশীং য়াম্ব হেনগৎলকই। অদুন মসিমদি ময়েক শেংলে, মদুদি evolution হায়বসি trial and error (জ্ঞান তান, খঙন ত্তৌখিব নত্তব, মতা চাক্নবদগী ওইখিব) থৌওংনি, অদুগ trial and error দ ওইরকখিব থবক অমবু পুমখঙ খঙলব হৈ-খোয় শিংখোয়রব লাই অমগী থবক্কি হায়বদি য়ারোই। অদুন organic evolution অসি হৈখোয় শিংখোয়রব লোয়নন খঙ-ভমদব লাই অমগী থৌওনশিন্দগী ওইরক্লীবনি হায়বসি মপুং ফান লাক্লব রাকমনি।

লাইগী নোংমগী মতমগ, মীগী চহী মিলিয়ন কয়াগী মতমগ মায়ে হায়জিনদুন modern theory of evolution গ বাইবলগী লৈশেম-ঙৈগী রারীগ চাংদম্নব মতমসিগী liberal theologian খরন হোৎনরি। করিগুম্ব রাকমসিন চুম্ব তারবদি লাইরব আদামন মহাক্কী লোয়নবী Eve বু ঙাইবদ চহী মিলিয়ন কয়া চঙলম্ব তারে মরমদি রারীগী মতুং ইন্না আদাম শেমখিব হুক্তিং অদুদ Eve ফি শেমখিদে অসিগুম্ব রারী অসি কাপি মানগনি হায়বসি মখোয়দি নিংশিংহৌজ্রমায়ে। য়েলহৌঙৈদগী হৌন অয়ুক অমস্তুং হুমিদাংদি লেপ্তন লৈরক্লীবনি। ঐখোয়গী পৃথিবী অসিন অমুক্তং মপুং ফান উংবদ পুং ২৪ তমক চঙই; য়েলহৌঙৈগী মতমদ পৃথিবী অসিন অমুক্তং উংবদ চহী মিলিয়ন কয়া চঙগদৌরিবগী মরম করিনো?

লাইন থ্বাইদগী ইকোন কোয় শেমথিবদি ভাইবং মী ঐখোয়বুনি অমদি মী শেম্ব অসিন organic evolution গী অরোইব থাক্কী হায়ন Telhard de Chardin ন কোংদোকই। ইউনিভর্স অসিগী মরমদ মহাক্কী রাখল মীংয়েং অসি Theocentric ওইরবক্ত নত্তে geocentric অমস্তুং Homocentric সু ওই। মহাক শরাইরব palaeontologist

(মুৎপ্রব জীবশিংগী মরমদ নৈনব মীশক) অম ওইজরবসু পীশক পীক্লিডৈ-দগী হৌন মহাক্কী রাখলদ মউ লিংপ্রব কেথোলিক ধর্ম্মগী ওইব থাজবী অঙুবুদি থাদোকপ ঙম্মদে। মরম অসিন, লাইন মশামক্কী মমিদগী মী শেম্মী লোয়নন ইউনিভর্স অসিদ লৈরিব থুদিংমক অসিসু মহাক্কী অপাম্ব মতুং ইন্ন লাইন শেমখিবনি হায়ন মহাক্ক কোংদোকচরিব।

মালেম লৈকোয় অসিদ তাইবং মী অসিন করিগুম্ব খ্বাইদগী ইকোন কোয় শাব পোৎশক অম ওইরবদি মহৌশা (nature) অসিদ অওনব (evolution) হায়বসি অমুক হন্ন লৈরম্লোইদবনি। লৈশেম্লীব মশামক্কী মমিন মালেমথকসিদ মী ওইন পুথোকখিবগ লোয়নন ইউনি-ভর্স অসিগী evolution গীসু অরোইব পংথৈ য়োরে হায়ন হায়জিল্লিব অসি খঙব ৱাৎপদগীনি। লাই মহাকন য়াম্ন থৱাই য়াওন মশামক্কী মমিমক্ক শেমজরিব তাইবং মী অসিবু পৃথিবী অসিদ থম্মীরিবনিন পৃথিবী হায়ব পোৎশক অসিসু লাইগী অথম্বব ৱাখলগ লোয়নন য়াম্ন চেকশিন্ন শেমখিব পোৎশক অম ওইরমকম থোকই।

অঙুবু ঐখোয়গী পৃথিবী (earth) অসি ইউনিভর্স অসিগ চাংদম্নরুব মতমদদি পীকপ্রব উফুল মরীক অমগুম্বনি। ৱাকমসি মপাল নাইত্রব ইউনিভর্স অসিদ য়েংবদ কনাগুম্বনসু হেক্ত খঙব ঙমগনি। অহুন অমুক চাওব ঙমথৈ নাইদব অম শাব ঙম্নীব হৈ-শিংলব অওম্ব অহুন অমুক পীকপ্রব মালেম অসি শাবদ মহাক্কী হৈ-শিংব পুম্নমক শীজিন্নরমগনি হায়বসি থাজকম থোক্তে। হৌজিক কাওবদ মীওইবন universe অসিগী শরুক বিলিয়ন কয়া উব কংত্রি অহুগ করিগীদমক্তনো পুমখঙ খঙলব লাই মহাক্ক পাক চাওরব universe অসিবু মীওইবগী-দমক্ত শেম্মীরম্লিব ? ৱাকমসি খল্লুবদ চমম্নবন পীক থম্লী।

মীওইবন মেডিকেল সাইন্সকী লৌশিং হেনগৎকলপদগী নোংম নোংমগী লাইবু থওই-উশিত্তব হেনগৎলক্লী অমদি লাইবু মায়থীবসু পীরি। লাইন হাৎলগে হায়দুন চৈশীং থেকপদ য়াওপ্রব কয়া ঙসিদি

মীন লায়েংছুন কনখিরি কিভম কত্তব কয়া মীওইবগী খুৎশেমগী পাম্বে শী-জিন্নছুন মশেক মগুল খোক্ল হিংব ঙমলক্লী। মহৌশাগী খুদোং থীব কয়া মীওইবন লাকশিন্দ্রন চৎপ ঙম্লক্লী। Genetic engineering গী লৌশিং শীজিন্নছুন অকব চয়া শন্দোকুন মীওইবন শা উচেক অমদি উপাল য়াপালনচিংবস্থ হেন্ন কগৎহন্নব হোৎনরক্লী। খুৎশেমগী কম্বী কাপশিনব, test tube baby, cryogenic কী পাম্বৈন পুন্সি শাংদোকহনব, extra uterine conception অসিনচিংব কয়াসি লাইন থগুদব তেক্লিক ঙাক্লনি।

লুহোংছুন য়ুম্বাল্লীব মী পুম্নমক অঙাং পোকপ য়াগনি হায়বসিদি ভুং কোইন চৎনগদব মাল্লে। অঙাং পোকপ য়াই হায়বগী licence পায়ল্লবদি সরকারন অঙাং পোকপদ অথিংব থম্লক্লদৌব মাল্লি। মতীক চাদবশিংবুস্থ লুহোং খোংদোংছুন য়ুম্বানবগী নুংঙাইব কংহল্লবস্থ অঙাং পোকপগী মতাংদদি ministry of human breeding দগী Special licence শিং পায়বগী তঙাইফদব মতমদু ইকুই কুইদন লাক্লগনি। ধৰ্ম্মদ লুপচব কাংবুশিংন মসি য়ানিংগদ্র নত্রগ য়ানিংলোইদ্র মদুমদি থঙজল্লে অদুবু য়াফমসি পংকুই কুইরক্লদবদি মাল্লে।

লাই হায়বদুবু লৈব্রিবজাৎল? মকম অসিদদি লাই অম নত্রগ লাইনাও ময়াম অম লৈ হায়বগী থুদম পীব য়াব থৌদোক অমত্তস্থ থেংনদে।

### অনীশুব

## চেলেঞ্জ তৌরিবশিং

লাই শীন অমদি মিরাকুলস পল্লারগী মরমদ রাজাও ভাংলিব ময়ামসিগী মরমদ চহী য়াংথৈ হেন্না মিজিন হুমজিনল্লয়কপগী মহৈ ওইন, হৌজিক্কী মতমসিদ কয় চৎখ্রিব লুপং থাক্লবগী কোমহুং-সিদগী ঐহাক কাখৎচব ওমজরে। ধর্ম্ম খেন্নবগী মতুং ইন্না লৈরিব মথল মথাগী লাই কয়া, মাইবীশিংগী লাইপাও, শিব নাইত্রব থরাইনচিংবগী মরমদ মীওই কয়ান তোঙান তোঙান্না লাওরিব, অসিগুম্ব কয়াসি অচুম্ব ওইয়ব্রোই হায়ন চিংনবসি ঐন ইউনিভর-সিটিদ তম্লৌভেদগী হৌরক্লবনি।

লাই তোংব য়ুম অমদি ভুতকী থৌদোক কয়া কয়া খিজিন্নুব মতমদ থৌদোক অহুবু থোকহাল্লিব মী এজেণ্টশিংহু ঐন হেক্কমক কাব ওমখি। ফিজং মরুমদগী অসিগুম্ব অরানব থবক তৌরিব মীওইশিংহু অয়াম্বন রাখল শোয়নাইরবশিংনি। মখোয়খরন মীবু মাঙহন তাকহল্লগ ফুৈম্মে ওইন য়েংব হৈনজব কাংবুনি। ভূত চঙব মীওই কয়া ঐন লায়েংজল্লে, লৈম্মু লৈতব ভূত অহুবু ঐন মখোয়গী মশাদগী তাম্থোকখিব নত্তে চুম্নতগী মখোয়গী সব কনসিয়সত (থম্মুং রাখলদ) পকশিন্দুন লৈরিব অরানব রাখলহু হিপনোতিজমগী পাম্বৈন লোথোকপীবতনি। মাইব মাইবীশিংন থয়োম চবান অমদি ইরাৎ থৌনি তৌরগ করিগুম্ব মতমদ অনাব করিবহু, অনাথ মীহুগী রাখল ফিভম হোংলকপমনি হায়বসি ঐস্মু খঙই। অহুবু মাইব মাইবীশিংহুন খঙজদব মীয়ামদ মখোয়ন লাই তাইনহুন অনাবহু ফহনবীরকপনি হায়ন হেক্ক হায়জিল্লি।

মী অমন রাম্থুরিভৈদ (trance ত লৈরিভৈদ) মখোঞ্জেল কাওথ ওল্লীবহু মমাও মপোক্কী ঈথিল কাওরকপ নত্তে অমদি spirit তোংবম্মু নত্তে, মশাগী লৌনম চীরোলগী থম্মোয়হুন ওইদব মত্ত মত্তবদগীনি।

ঐহাক তয়ৈ হায়ব যুমশিংদ কয়ারক হয় অহাৎ য়ায়েকপ্রে। ঐগী সুপীগ ঐখোয় অনীন ভূত শিবক্টীদমক মথল মথাগী মোংকমশিংদ অহাৎ কয়ামুক চৎখি। সুমিদাংদ Kanatte সিমিট্রিদগী CBC দ ঐন ব্রোডকাষ্ট তৌখিব য়াওপ্রে। মতমত্তুদ কনাগুম্বন লুমহুন ঐখোয়বু কিহল্লক্রবদি মকম অত্তুদ ঐখোয়ন ভূত উজ্রবস্ত রাখলদদি শোয়দন অকীব পোক্লনি মরমদি ঐখোয়গী থম্মবব রাখল (conscious mind)দ ভূত লৈতে হায়ন লেপশ্রবস্থ Sub-conscious mind দ মত্তু পক-শিন্দুন লৈরম্লবদি কনান খঙব! অত্তবু (মহাক্ক পাজব লাইরিক অমদি পাও চেশিংদগী নত্তন) ভূতপ্রেত, লাই তীন অমদি শোয়-তান্নচিংবগী মরমদ শনিল অমত্ত ফংহন্দন য়োক্লকখিব ঐখোয়গী ইচাদদি মসি থোক্লমলোই খল্লি।

ময়াম থাজনরিব রাশি ফল হায়বদি পক্কব মতম, পক্কব মশীং, পক্কব মচু, মনি-মুক্তা (মুভ), পান্থোম চোংব, মীগু চঙব, হায়হৈদব রা, যন্ত্র, কুঠি, খুবাক ময়ি, লাইট রিডিং, কোরি চৎপ, দাউ য়েংব, হীংচাবী চঙব, ভূত তোংব, স্পিরিচুয়েলিজম, ইরাৎ থৌনিব, বলি কৎপ, লাইফম চৎপ, চাকথা পীব, হোলি-এস, লাইগী পুংফম, লাইন মীৎয়েং চঙব, তেলিপাথি, হুইন লাহি উরগ খোংব, মকুন নাহেব অসিনচিংবগী মরমদ ঙাংনরিবশিংসি নাতৈ চাদব রা ঙাক্তনি। থোক তৌব মীওই কাংলুপ খরন অসিগুম্ব শেয়ান্নন থাজনবীশিংসি রাখল লেপচব ঙমদ্রিব মীয়ামগী থম্মোয়দ মরু হুনজিনবিবনি মসিগী মরমদি মখোয়গী শেল তানফমদি, খম্মুদব অপং থাজগনব মীশিংগী লৌফমদগীনি। ইরাৎ থৌনি অমদি বলিনচিংব কৎতুন মখোয়ন মীয়ামবু কিহল্লী, হেন্দোক্ক রাখল লায়না ফাওব পোকহল্লী।

ঐহাক পাঞ্জি অমদি খুবাক মমি য়েংব চহী অনী তমলুরে অত্তবু মতুন মখোয়গী রারেম থৌরেমগী লংলা লংজিন চীংথোকপদহুম হেল্ল তেংবাংলরে। অসিগুম্ব থাজনবীশিংসি মরম শুকচা চাদে অত্তন ঐন ইশাগী মরু ওইব থবক থৌরম পুম্নমক ময়াম ফস্তে তৌহৈদে হায়নব সুমিৎতদ পাঙথোকই।

ময়াম্ন থাজনরিব য়ুম্বানলোনগী চৎনবীশিংদগী ঐন মায় ওম্থো-রকপসিদ চহী য়াম্নবী ইমাদি অয়াম্ব মতমদ কপতুনত লেনখি।

কপ্টেভ্তর অমদি য়ুমশাব মীশিংন য়াম্ন পামদব অমদি য়াইক-নিঙাই ওইদে হায়্রব পুংকমদ ঐন ঐগী 'টিক্লভন্না' বজলো অসি উরেপ উম্বুং তমখি। থবক্তগী পোথারব তুংদগী অসিগুম্ব খিজিন হুমজিনবগী থবকসি মীয়ামদ থঙহনব হোৎখি, ঐন মমাঙদ ভুমিয় লৈখিবগী ময়মদি অপং থাজবসিদ লুপতুন লৈব ধর্ম্মগী ইন্সটিটুউত-শিংদ থবক তৌরগ ঐহাক্তী পুকচাক তানখি অহুননি।

করি হায়রুনি ঐন হেক য়াকমশিংসি শন্দোকপ হৌরকপ মতমহুদ মাইব, মাইবী, ধর্ম্মগী গুরু, পাঞ্জি, থুবাক মগ্নি য়েংব, স্পিরিচুয়েলিষ্ট, লাইপাও তন্ত্র, হেলোয় শায়ব, হায়রিব মীওই ময়াম অসিগী য়াকৎ কয়ান সমুদ্র ঈরাওথোলগুম ঐঙোন্দ য়েংশিল্লকখি। মন্ত্র যন্ত্র থাজিন্দুন ঐবু হাৎতোক্লনি হায়ন মথোয় থয়ন ঐঙোন্দ কিহল্লকখি। Megic potion অম থক্লব তুংদ কি শেৎতন মোংকমদ মথোয়গ চৎমিন্নব ঙম্নবদি ঐঙোন্দ spirit উহনব ঙমগনি হায়নসু থরনমুক হায়রকখি।

অসিগুম্ব হৌদোং লম্বোইব ময়ামগী ওইদ পরেংশিংসি মীয়াম মাঙদ হকথেংনন শীংনব অমগ লোয়নন চীংথোকক্লবদি মুথৎপ ঙম্ন-য়োই খন্দুন ঐন চেলেঞ্জ অসি থমজরিবনি। চেলেঞ্জ অসিদ শেল য়াম্ন থম্বসিন মীয়াম্ন ঐবু শেঞ্জাও পায়বনি অহুন পংতৌ তৌরিবনি হায়ন লাম্ন উবিরম্বসু য়াই। অহুবু ঐদি অকি তুজুংনিঙাই ওইরব য়াকম অম থল্লি, মহুদি- করিগুম্ব মালেমসিদ সুপর নেচরেল নত্রগ পেরা নোর্মেল ওইব মী অম চোংথোরকপ তারবদি শেলকম ময়ামসি পীথোকপ্রব তুংদ ঐদি ইয়ুম ইকৈ লৈক্লব, ইরোল্ড ইয়াল তাক্লব মীশক অম শোয়দন ওইরগদবনি। অহুবু চেলেঞ্জ অসিদ ঐহাক য়ায়থীরোই হায়ন থাজখি, হৌজিকসু থাজরি ময়মদি মিয়াকুলাস পরার হায়বহু কনামত্তন কংব ঙম্লোই, চেকোং অমদি লাইরিক্ত পংই

ইরকপগী য়াতনি। অছুননি চেলেঞ্জ অসি ঐন শিত্রিকাওব নত্রগ কনাগুম্বা অঙম্ব অম চোংথোরক্তি্রকাওব মীয়ামদ থমজরিব!

অছুন, ১৯৬৩ গী জুন থাদ অহানব ওইন চেলেঞ্জ অসি ঐন লাওথোকখি। মহু লুপা লিশিং অমদগী লিশিং কুনমঙা কাওবগী মনুংদ অঙম অঙম লোনবীদনি। মহুদ লাইওইব কনামত্ত থোক্লক্তে্র। তেলিপাথিক পরায় কংলে হায়রিব মীওইশিং অছুগী চাংয়েংদদি মথাগী মওং অম্থুম পাঙথোকনি মহুদি- জর্জ অমদ লুপাগী নম্বর অম য়েংহনগনি, অছুদগী তেলিপাথিষ্ট অছুন অতোপ্প কাদগী জর্জ অছুগী য়াথলদ লৈরিব লুপাগী নম্বরহু কয়ানো হায়বহু অমুক হায়রক্কদবনি। অসিগুম্ব মথলগী চাংয়েং অসিগীদমক ডিউক ইউনিভরসিটিগী ডাঃ জেঃ বিঃ রিনবু অথম্নন বার্তোন তৌখি। মহাক E S P গী শক্লাইরব মীশক্নী। অথাপ্প লমদগী কনাগুম্বন চেলেঞ্জ অসিগীদমক এরোপ্লেন্দ কোলোম্বো তাম্ন লাক্লবস্থু শেন্দোং য়াম্ন কংজনব হায়ত্থুন ১৯৬৫ গী জনুয়ারিদ শেলকম অসি ঐন লুপা লিশিং ৭৫ দ হেনগৎহনখি।

ইনভেলপ মনুংদ য়াওব পৈশাগী নম্বর হায়বঙম্নে অছুবু চেলেঞ্জকী শেলকর্মসি য়াংমল্লি হায়ন ইংশোক ১৯৬৬ ত লৈবাক অসিগী যাদুগর থরন য়াকৎলকখি। মথোয়গীদমক য়েংলগ ঐন খ্বাইদগী পীক্লব শেলকম লুপা লিশিং অমত্থুদগী অমুক গুপ্পতংগী লুপা ৭৫ থক্তদ হম্থুরম্মী। কনাগুম্ব স্পিরিচুয়েলিষ্টশিংন ভুত নত্রগ তম্নলাইবু কোতো লোব ঙম্নবদি লুপা লিশিং মঙা পীগনি হায়নস্থু ঐন লাওথোক্লম্মী।

এষ্ট্রোলোজি হায়বসি লোটরিগুম্ব জুয়ার মথল অমনি হায়বগী প্রমান পীনবগীদমক ঐন হায়খি, "চপ চাব লোংগিচুত, লেটিচুতক লোয়নন মী তরাগী পোকক্কম, পোকখিব তুমিৎ, পুংকম মিনিটক কোম্নন পীগে। মীওই তরাত্থু লুপা লুপী থায়ন অমদি মথোয়গী শিবগী মতম চুম্ন পীব ঙম্নবদি (করিগুম্ব শিগ্রবস্থু) পাঞ্জি খুদিংমক্ত লুপা লিশিং অমমমগী মনা পীগনি (৫% লাম্লবস্থু য়াই)।" থুবাক মম্নি য়েংব মীশিংদস্থু হায়খি, মহুদি- "মী তরাথক্কী নমথোক্লব থুবাক

মখিশিং পীরগে মহু য়েংলগ মখোয়গী মপোক নুমিৎশিংছু পুথোকউ।"
মখোং মরম খঙদন হৌদোং লম্বোইবশিংছুন (charlantans) পাও-চেদ পংহায় হায়জিল্লকপত্থ তৌরক্তনবগীদমক ঐন লুপা ৭৫ দি হায় ডিপোজিত তৌরকদবনি হায়ন খঙহনখি (মহুসু অমুক হন্দোকদবনি)।

হীন্দুগী চৎনবী অম ওইন ভারত্ত লৈরিব মীশিংন মখোয়ন করিগুম্ব থবক অম তৌরমদাইদ পাঞ্জিশিংগ হেক হেক রা তায়ে। ভারতকী চেকোং অনীথক্কী মতেং লোরগ ঐন বিঃ ডিঃ রমন অমদি ভারত্ত লৈরিব পাঞ্জিগী প্রোফেসরশিংদসু ঐগী চেলেঞ্জ অসি য়োহনখি। অছুবু ওসি কাওবদ মখোয়ত্ত নত্তন পৃথিবীসিগী পাঞ্জিকা অমত্তন করিসু লৈতব লুপা ৭৫ অসি কাওব পুথোক্তুন ঐগী চেলেঞ্জ অসি অমুক্ত মায়রোং য়ারজ্রি।

লৈবাকসিগী হুইকাপ তেনকাপ হৈরব মাইবশিংদসু, ঐন পীরিব মতমসিগী মনুংদ মখোয়গী মন্ত্র যন্ত্র নত্রগ ভাস কভিস থাজিন্দ্রন ঐবু হাত্তোকচৌ হায়ছুন সিনহালিস, তামিল অমদি ইংলিসকী পাও-চেশিংদসু ঐন অহুমলক হয় ফোংথ্রবনি। অদুগুম্ব মতম অহুম্রক্তুদ পোষ্টত্ত মন্ত্র যন্ত্র ময়াম অম ঐবু হাৎননব থারকখি। তীনবু লাইবুবশিংন হৌজিক কাওবগী মনুংদ ঐডোন্দ মথল মথাগী যন্ত্র ৫০মুক কাপশিল্লকখ্রে খরন কোরি অমদি লুপাগীনি, খরন ওলা মনা অমদি চেগীনি। মাইব মাইবীশিংন ঐডোন্দ মন্ত্র যন্ত্র কয়া কাপশিল্লক্তুনসু ঐগী ইশাদ করিসু অনা অয়েক য়াওদে হকচাং ফন অদুমক লৈরি। অহুবু মীওইবগী ওইব হৌনবী করিগুম্ব ঐন শিব থোক্লবদি মাইব ফরকশিংসিন মখোয়গী মন্ত্র যন্ত্রগী এখন তপ্প তপ্প লৌখৎলক্লীবনি হায়রকপসু য়াই।

সেকেণ্ড কুন্থ্রা গুকপোক পোক্তন মৈথক্ত লেপ্প ওব মীহুদ লুপা লাখ অমগী মনা পীজগে হায়ছুন "Katarragama Devotees Association"গী প্রসিদেণ্টদ ইংশোক ১৯৭০ দ ঐন ইথি।

Peranormal power ফংলব মখোয় কনামত্তন শেলফম থজিফংসি ডিপোজিৎ তৌরগ্র চেলেঞ্জসিদ মায়রোং য়ারদে। মসি-



মক্তুদস্থ, Super natural power দি কংলবগি অচুব ডিপোজিৎ তৌনব পৈশাস্থ লৈতচুন তৌরিবনি হায়ব মীওইশিংগী অচুমক খোরবনি। মথংদদি থ্রিক (খুৎলোৎপী লাল্লোং) য়াওদন মথৌরগী পুরুমশিংস্থ মীয়াম মাঙদ উৎলরো হায়দুন বার্তোন তৌরুরে মস্থুদদি ডিপোজিৎ তৌবগী য়াকমস্থু খোয়দোকন কম্ম পল্লে, মস্থুদস্থু মখোয় অচুমক লাকখিদে। পংলি পংলি তৌব মীওই অনীখক্তংদি লাকখি।

অহানবগীস্থু "Times of Ceylon" দ তেলিপাথি পরার কংলে হায়ন ইরকখিব মিঃ নেভিল্লে ডি সিলভানি। শোক ১৯৬৭ কী আগষ্ট তাং ১৫ দ তাইমস ওফ সিলোনগী ওফিসত ইডিতর মশামক্ত লোয়নন হায়রিব চাংয়েংস্থু পাংথোক্লম্মী। চাংয়েংস্থুদ মিঃ নেভিল্লে ডি সিলভান খুম্ব পাওথুম তরেৎকী মনুংদ অচুম্ব অমথক কাওব য়াওখিদে।

অনীশুবগীস্থুন "প্রাইম মিনিষ্টৰ অমদি মিনিষ্টর কয়া, অসিদস্থু নত্তন পার্লিয়ামেন্টরিয়ান অমদি ভিঃ আইঃ পিঃ কয়াস্থু ঐঙোন্দ শেল হুল্লে, 'দাবাসা' ইডিতরগী উপুদ থম্ব করেন্সি নোট অমগী নম্বর পুম্নমক চুম্ন হায়ব ঙস্লে।" অস্থুম্ন মতোমত হায়জব যাস্থুগর মিঃ সিঃ ডিঃ ইস্থুসোরিয়ানি। চাংয়েংস্থু তৌনবগীদমক অকব নুমিৎ অম ঙাইবদ মতম কয়া অম হোৎখ্রে, কায়নথংদ নুমিৎতু কংস্থুন চাংয়েং তৌনরে; নুমিৎস্থুদ মহাক্ত হায়রকপ লুপাগী নম্বরশিংস্থু অমত্তস্থু চুমখিদে।

ভারত অমদি সিলোনগী অপংব মী অয়াম্বন খোক-মোক হৈব মী হায়বদি ভারতকী সত্য সাই বাবা, পান্দ্রিমলাই স্বামিগল, নীলাকান্দ স্বামিগল, ডাতাবল, দাদাজি অমদি আচার্য্য রাজনীজ, অসিনচিংব মীওইশিংসিবু লাইগী শায়োন্নি খনস্থুন খুরুম্মী। মসিগী মরমদি হায়রিব মীওইশিংসিন দিভাইন পরারগী মতেংন হোলি এস (উৎ) অমদি লিঙ্গমগুম্ব পোৎশক থর করিগুম্ব মকম অমদগী হেক্ত পুথোকপ ঙম্মী হায়ন এজেন্ট খরন মীয়ামদ লায় থাজহনবদগীনি। মখোয়ন শুমগ্রব মীওই কয়ান মিরাকুলাস পরারগী মরমদ মথল মথা য়ারেং কয়া ইব হোনরকখি। মস্থু থিনেবগীদমক ঐন মখোয়গী

হকচাং চেক তৌগে, মহুগী তুংদ হোলি এস নক্রগ লিঙ্গমনচিংবহু পুথোকপ ঙমগনব্র হায়ন হংখি। করিগুম্ব মখোয়গী অশেংব হকচাংহুদ ঐগুম্ব মীন শোকপ য়াদে হায়রবস্তু ঐগী খুত্ত পায়ব লুপা মৱেক (Replica) অম মখোয়ন অমুক হন্ন পুথোকপ ঙম্নব, মহুস্থ য়াই। ভারতকী পাও-চে কয়াদগী মখোয়গী মনাকোংদ ঐগী চেলেঞ্জহু য়েৌরব্রগনি অহুদস্থ নত্তন রেজিষ্টার তৌহুন অতম্নন মখোয়দ চিঠি কয়াস্থ থাগ্রবনি অহুবু ভগবান্নিক হায়রিবশিংহুন হৌজিক কাঙবদ পাওখুম অমত্ত পীরক্রি।

কম্ন য়েৎনরিব রাকমশিংগী মনুংদ, মীওইবন হঞ্জিন হঞ্জিন পোকপগী খুদম লৈ হায়বসিস্থ অমনি। মখোয়ন Hypnotic regression তৌহুন মমাঙ মপোক্কী রারী রাখোঙ নিংশিংব ঙম্ব মীওই কয়ামুক্কী রাকম পুশিল্লকই। Hypnotic regression তৌবদ পুক্লিং অমদি হকচাংগী কীভম পুন্নমক পুমহোং হোংই হায়ন প্রোফেসর কেঃ এনঃ জয়াতিল্লেকেগুম্ব মীওইশিংন কম্ন হেক্ক হায়জিনগ্রে।

মথক্কী অসিগুম্ব ওইথোক্লোইদব অরানবশিংসি মুথৎনবগীদমক ঐন হিপনোতিষ্টশিংদ লুপা ৭৫ দগীন লুপা লিশিং ৭৫ ফাওবগী মমুংদ অঙম অঙম লৌনশি হায়হুন মখাগী চেলেঞ্জ অসি তৌখি মহুদি- কাইবোক পোকপ মীওই অনীথক তোঙান তোঙানব কাদ হিপনোতাইস তৌরগ মখোয়নি মমাঙগী মপোক নিংশিংহল্ল্। মমাঙগী মপোক্ত মখোয় অনী হকচাং অমত্ত ওইন লৈরম্মী হায়বগী খুদম পীব ওইন মতমহুদ থোকখিব থৌদোকশিংগী পাও চপমান্নন তমহল্ল্।

মমাঙগী থৌদোক নীংশিংবদ মশাগী শাওং শাদ পুন্নমক খৌদোক্ত্ুগ মরী লৈনন মপুং ফান হোংই, হায়রিব মীওইশিংহুদস্থ ঐন চেলেঞ্জসি তৌখি মহুদি মীরোল্লবী মুপী অম হিপনোতাইস তৌরগ মহাক্ক মীরোল্রিডৈ মতমহু নীংশিংহল্ল্, মহুগী মহৈন মহাক্কী অঙাংখাওদ য়াওরিব অঙাংহু মাঙহনব ঙম্মর য়েংবীয়ু।

## থোক মোক্কী মাইব (Charlantans) খর :—

Rev. Walagedara Indusumana Thero কৌব বুদ্ধিসত লম্বোইব অমন সিনহলি পাও চে অমদ, ভূতপু কোতো নষঙ্কুন পুখোক্কে হায়ন ঐঙোন্দ চেলেঞ্জ তৌরকখি। ঐনস্তু চাং য়েংনরসি হায়জুন পাও-চে অহুমক্তুদ ইখি অহুবু মতুংদদি অমুক ইরকখিত্রে।

পানাডুরাদগী মিঃ নাম্ব্রিস ডে সিলভা কৌব মিত্রং হৈব নিপা অমন ঐগী খুবাক ময়াইদ ভূত লেপহনগনি অমদি মিংশেলদ শোয়তান থোকহনগনি হায়রকখি। অসিদসু নত্তন ঐন কম্লীব চৌক্রিহুদ ঐবু নপশিনহনগনি, ভূত-প্রেৎ থারক্তুনা ঐগী বংলোগী পোৎ-চৈ পুম্নমক চাইখাইত্রনগনি হায়নসু ধমকা তৌরকখি। মহাক্কী পরারশিংহু য়েংনবগীদমক সিলুমীনাগী ইডিতরগ ইবানিন নুমিৎ কয়ানিমুক মহাকপু খৌরাংন ঙাইখি অহুবু মহাক শুক্লাক লাকখিদে।

মশামক স্পিরিচুয়েলিষ্টনি হায়জব রাতালাগী Dr. H.M.M. Nazeem ন ইংশোক ১৯৬৯ দ মথাগী চিঠিসি ঐঙোন্দ ইরকখি, "স্পিরিতকী থোদোক মরী লৈনব পুজাগী নুমিৎশিং নত্তন অতৈ অতোপ্প করিনো নুমিৎ অমদ স্পিরিতশিংবু ঐন নখোয়দ শোয়দন উৎকনি। মসি নখোয়গী রেসোনেলিষ্ট এসোসিএসনগী মেম্বরশিংদতনি, অতোপ্প মীয়ামদদি উৎলোই। কা অমগী মৈ পুম্নমক মুথৎলব তুংদ নখোয়গী মী অমন কাহুদ চঙলগ কেন্দল নত্রগ থাওমৈ অম চুথৎলম্লগ মপাল থোরক্তুনা কাহু শো চেৎন লোনশিল্লমগদবনি। ঐখোয় পুম্নমক কাহুগী মপান্দ লৈমীন্নগদবনি, মিনিট মঙাগী মম্নুংদ শো লোনশিল্লিব থোংহু মতোমত হাংদোকচরক্কনি লোয়ন লোয়নন থাল্লমীব মৈহুসু মুৎখিগনি। মিনিট তরামুক্কী তুংদ মৈহু অমুক হন্ন মতোমত চাকথৎলক্কনি অহুগ থোঙহু মতোমত অমুক শো লোন-শিনজ্বখিগনি। করিগুম্ব সিলিংদগী য়াম্থবী মমল য়াম্ব ইলেক্ট্রিক লেম্পনচিংব লৈরবস্থ অহাংব কাহুদ মতোমত থাদহুন থুগাইবসু ঙমগনি। হায়ব্রিবশিংসি করিগুম্ব অদোম্ন য়েংবীনিংলবদি চয়োল্ল অহুম মাঙয়োনন ঐঙোন্দ খঙহনবিরকউ।"

মহাক্কী পরারশিংহু উৎপীররো হায়হুন ঐন ডাঃ নাজিমদ রেজিষ্টর চিঠি অম ১৯৬৯ গী নভেম্বর তাং ২২ দ থাখি। মহাক্নসু চিঠিহু ফংখি।

হায়নখিব নুমিত্তুদ মহাক লাকখিদে ; মরম অহুন, "মিঃ কোভুরন য়ায় লায়ন জয় তৌরে" হায়ন মীংথোল্লহুন তাইমস ওফ সিলোন্দ মখাগী অস্তুয় ইখি "মহাক লাকখিদে মরমহুন কনানসু মাবু শক খঙদে অহুন সিলোনগী অমত্ত ঙাইরব রেসোনেলিষ্ট অব্রাহম টি কোভুরন য়েৎপীনব লৈতন মায় পাক্লে।"

খ্বাইগী ইকোন কোয় স্পিরিত লৈ হায়হুন ঐগী চেলেঞ্জবু মায়রোং য়ারব মীশক্তুদি য়াতায়ালাদগী ডাক্তর অমনি। মতম চঙন পাও থাদোক থাজিন তৌনরব তুংদ মহাক্ল ঐগী য়ুমদ থাংজগী নুমিদাং পুং ৭ তগীন ৯ কাওবগী মনুংদ শোয়দন উৎকনি হায়ন থাজব পীরকখি। মহুগী ডেমোন্সট্রেসন অহু য়েংনবগীদমক খোঁরাংন ঙাইখিব মীশিংহুদি, মেথোডিষ্টকী মিনিষ্টর অম, ইউনিভরসিটিগী ওঝা অনী অমদি জরনেলিষ্ট অনীনি। অহুবু মহাক লাকখিদে।

১৯৬৯ জনুয়ারিদ তাইমস রিকেন্দগী হেক মমাঙ থংব চেনাদ মশক মমিং পন্দব মীওই অমন ঐঙোন্দ চেলেঞ্জ তৌরকখি, য়ারোলদি "মহাক্ল করিগুম্ব কেলামিয়া বুদ্ধিষ্ট লাইশংদ লাক্লবদি লাইগী মতীক মঙাল অমদি খঙঙমদব পরারশিংহু ঐন উহনগনি।" ঐন পাওখুমদ হায়খি, "মহাক্কী নশক নমীং তাক্লকউ, ঐদি চেলেঞ্জকীদমক শেম শাহুন লৈরে।"

মহাক্কী মরী মথোঙ তাক্লকখিদে মসিদসু নত্তন মহাক্ল লাইশং ওথোরিত্তিদগী অয়াবসু লৌদন "তাইমস রিকেন্দ" দ অসুয় ইরকখি মহুদি- "কেলানিয়া তেম্পলগী মাকারাথোরানাদ মার্চকী তাং ৩ অয়ুক্কী পুং ৮ দ ঐহাক লাইগী শক্লোন্দ খোক্লকনি।"

মশক উদব লাই অমদি স্পিরিতকী পরারশিংহু মহাক্ল লাইগী শক্লোল লৌহুন লাক্লগ উৎকনি হায়বহু য়েংনিংবদগী মীওই চা কয়ান তেম্পল অহু কুক কুক ইল্লখি। অহুবু মহাক খোয়কখিদে।

কোন্না থিগৎলুবদ হায়রিব মশক মমিং তাথোক্লন চেলেঞ্জ তৌরকপ নীপাহু ইউরোপিয়ান Skin diver নি হায়ব খঙথি মতুংদ ফিল্ম প্রোডিউসর অমদি ডাইরেক্টরশু ওইরম্মী। মতুংদদি narcotic drug য়াম্না শীজিন্নবদগী মহাক সাইকোপাথ হায়ব লায়নাহু নাবব মীশক অম ওইরকখি।

কেগালেগী শ্রী কেমপিসিয়া, বোয়ালাস গমুৱাগী Gamage অম অমদি কেলানিয়াগী S. P. Vancuylenberg, হায়রিব এঙ্গ্লো-লোঞ্জরশিংসিন Thurstan College হোলদ ঐগ চেলেঞ্জ তৌরগনি হায়ন মুমিৎ লেপ্লখি অদুবু হায়নখিব মুমিত্তুদ মখোয় লাকখিদে।

Ranawaka কৌব মুপা অমন Silumina চেকোংদ মথাগী অস্লুম্ন ইরকখি মদুদি- মহাক্কী য়ুমদ অঙাং অম লৈ হায়রিব অঙাংদুগী কোতো লোব থুদিংমক্ত লিন অমগ থাংশাং অমগগী মমিস্লু হেক্তমক য়াওরকই। পাওদু তাবদ অঙাংদু কোতো নমজগে কোলোম্বোদ অমুক্তং পুবিরকউ হায়ন হায়রিব পাও চে অদুমক্কী মতেং লৌরগ Ranawaka দ হায়জখি। অঙাংদু কোলোম্বো য়ৌন পুরকপদ চঙগদব চাদিং পুম্নমক ঐন তৌজগে হায়রকাওবদ মাঙোন্দগী পাওথুম অমত্ত ফাওব ফংখিদে। মরম অদুন সিলোন রেসোনেলিষ্ট এসোসিএসনগী মেম্বর অনীথক কেমেরাগ লোয়নন অঙকপ অঙাংদুগী কোতোগ্রাফ লৌনন্নব অঙাং লৈফম (Abekolowewa) দ থারুই। অদুবু মফম অদু য়ৌরগদি মখোয়ন অঙাং অদু য়েংব ফাওব য়েংহল্লক্তে। য়ুমথংনরিব অদুন ঐথোয়গী পাওমীশিংদুদ অস্লুম্ন রাবী শারকখি, মদুদি- "মী ময়াম অমন অথেনপোৎক লোয়নন মহাক্কী ময়ুমদ লাক্লবগীদমক Ranawaka ন পংহায়দ হায়জিনবনি।"

ইলেক্ট্রিকেল ইনজিনিয়ার মিঃ থিরুনাভুকারাসু কৌব নীপা অমন হায়জরকপগী মতুং ইন্ন ১৯৭০ গী জুলাই তাং ১১ দ সিলোন রেসোনে-লিষ্ট এসোসিএসনগী অথন্নব মীকম অম কমখি। মীকমদুদ মহাক্ত হায়খি মদুদি মিরাকল পন্নার উৎপ ওন্ব সাই বাবাগী ভক্ত অম লৈ, মহাক

লোয়নন কোলোম্বোদ লাকখিয়রগ ময়ামগী মমাঙদ মহাক্কী পরায়শিংহু উংহনগনি। মতুংগীদমক নুমিৎস্থু লেপ্পরম্মী। অদুবু কোলোম্বোদ লাক্কদব মমাঙগী অহৌংদ হায়রিব স্বামী অদু মহাক্কী ভক্ত মুপী অমগ লোয়নন বন্দারানায়া হায়ব মকমচুদগী ছরান্দুন চেনখি।

নুমিৎ অদুদ হৌদোং লম্বোইব অতুন মীথীৎ চা কয়াগী খোয়দৌ শাঙগৎহল্লবস্থু ঐখোয়গী মেম্বর মিঃ চন্দ্র সেনান সাই বাবাগী চলাক ময়াম অম উত্তুন মীয়ামবু শুমহৎখি। মিঃ চন্দ্র সেনা সিলোন মেজিক সার্কলগী মেম্বর ওইরিব হৈ-শিংলব মেজিকসিয়ান অমনি। সাই বাবান মীয়াম মাঙদ পুথোকখিব হোলি এস অদুদগীদি মিঃ চন্দ্র সেনান পুথোক্লিব হোলি এস অদুন হেন্ন মওং তাই হায়ন মমাংঙৈদ সাই বাবাগী ভক্ত ওইরম্ব নীপা অমন মেজিক য়েংলব তুংদ হায়রকখি।

সিলোন বেস্কত ক্লার্ক ওইব গনেম্বোয়া কৌব নীপা অমন মন্ত্র শাম্নদুন ঐগী খুদোম্বী অসি পুমথহল্লগনি হায়ন তেলিফোন্দ ঐঙোন্দ কিহল্লকখি। এসোসিএসনগী মীতিন অমদ হায়রিব থবক্তু পাঙথোক্লসি হায়ন ঐন মাঙোন্দ বার্তোন তৌখি। মহাক লাক্কে হায়রকখি অদুবু লাকখিদে।

কোলোম্বোগী TW & OP ওফিসত থবক তৌব গুনেসিলান কৌব নীপা অমন উপু মনুংদ থম্ব করেন্সি নোটকী নম্বর চুম্ন হায়ব ঙম্মী হায়দুন সিলোন ডেলি নিউসত ফোংলকখি। মতম লেপ্পরগ মহাকস্থু লাকখিদে। জ্ঞানানাসিসি থেরো কৌব বুদ্ধিষ্ট লম্বোইব অমস্থু লুপাগী নম্বর হায়র ঙম্মী হায়দুন "Rivirasa" পাও-চেদ রাজাও ঙাংলকখি। হন্ন হন্ন বার্তোন কয়ানি মাঙোন্দ তৌখিব অদুবু মহাক লাকখিদে। বিলিয়াথা হায়ব লমদুদগী জিলাদাসা কৌব ভূৎ লোয়নব মাইব অমস্থু উপু মন্নুংদ লৈব লুপাগী নম্বর হায়ব ঙম্মী হায়দুন চোংথোকচরকপ অকাওব অমনি অদুবু কাইনথংদদি মহাকস্থ মমৈ থুপ্লগ চেনখি।

কেলানিয়াগী মোহোত্তি অমদি মহাবুলানকুলামাগী Gamage Limel মখোয় অনীন পাও-চেগী মতেং লোন্থুন, মৈ মথক্ত সেকেণ্ড কুহ্ন। শুকপোক পোক্কন লেপ্প ঙম্মী হায়দুন ঐঙোন্দ চেলেঞ্জ তৌরকখি। মখোয়গী মরিংজেলহ য়েংনিংদুন ঐন লুপা লিশিং অম ডিপোজিৎ তৌজো

অদুগ চেলেঞ্জ তৌনরসি হায়খি। মদুগী তুংদ মখোয় তুমিন্ন লৈগ্রে। কাউনথংদ শেল লৈতে হায়রকখি, মদুদসু ঐন শেল য়াওজ্রবসু Thrustan college গ্রাউণ্ডদ চাং য়েংনরসি হায়খি। মদুদসু যাহু হৈবশিংদু অদুমক লাকখিদে।

হায় ইনলেন্দ রিভিনিউ কম্মিসনর ওইরম্ব মিঃ সিতম পালমন থবক্তগী পোথারব তুংদ পাঞ্জি য়েংবগী থবক কয় চথরকখি। অতৈ অতৈ লগী লমজাওদ লাও খোংজিবশিংসিগ মায়দব মওংদ মীয়ামদ মহাকন উৎ চাইরম্মী। মিঃ সিতম পালমন পোলিতিকেলগী ওইরক্কদব রাকম হায়বদসু হেন্দোক খোয়দোকপ অম ওইন উহল্লম্মী।

লৈবাক্কী মরমদ মিঃ সিতম পালমন হায়খিব রাকমশিংদু Sunday মেগাজিন্দ কোংলকখি, মদুদ ঐন পেন্দদুন মীয়াম মমাঙদ মহাক্কী তৌ-ওম্বশিংদু ঐহাক অমূক্তং চাংয়েং তৌগে হায়ন ঐন ওপন চেলেঞ্জ তৌখি।

মীওই কয়ামুক্ত মাঙোন্দ য়ানিংব উৎতুন ঐবু য়ৈথখি অদুম ওইনমক মিঃ সিতম পালম ঐগী চেলেঞ্জ অদু মায়রোং য়াব ওমখিদে। "Thinakaran Varananjari" কৌব তামিল চেকোং অমদ তামিল নাদুগী 'ভগবান' নীলকান্দা বাবাজিগী মরমদ অমুকথক ইরকখি। মীয়াম্ন হায়রিব মীশকসি লাইন শায়োল্লকপ অবতার অমনি লৌনরম্মী। মহাকসু ভগবান সাই বাবাগুম মিরাকল কয়া পাঙথোকপ ঙম্মী হায়নরিবনি। লাতমদুদ য়াওরকপ মতেক অম মথাদ লৌথৎচরি।

"ভগবানগী মীংচৎ অমদি মতীক মগুনবু তাজরদুন ভগবানগী থোজাল নীব লাকখিব মীওই কয়ামুক্কী মনুংদ প্রাইম মিনিষ্টর ইন্দিরা গান্ধী, হায়গী প্রেসিডেন্ট ডাঃ রাধাকৃষ্ণন অমদি মহীশুরগী নিংথৌনচিংবনি। ভগবান্ন মখোয়দ থোজানবীব মতমদ শুক্রংদগী মহাক্কী খুত্তা লিঙ্গাইগী 'শিব লিঙ্গম' পুথোকখি অমদি অখয়ব মীওইশিংসিদ মদু (লিঙ্গম) পীবিখি। মদুগী মহৈন মখোয়ন মায় পাকপগ লোয়নন মিংচৎ কংব ওম্নীবনি।"

হায়রিব থাজনিঙাই ওইজ্রব রারীসি থিজিন্নিংদুন ঐন প্রাইম মিনিষ্টর ইন্দিরা গান্ধি অমসুং ডাঃ রাধাকৃষ্ণনদ চিঠি ইখি। মখোয়গী

প্রাইভেৎ সেক্রেতরিদগী মথাগী পাওখুম অসি ফংবদ ঐডোন্দ থোয়দোক্ল গুরু থোকখিদে। পাওখুমদুদি "গুরুরংদগী লিঙ্গম পুথোকপ ডন্থ নীলা-কান্দ বাবাজিদু প্রাইম মিনিষ্টরগ উন্নখি হায়বদু অচুম্ব ৱারী নত্তে।"

অসিগুম্ব অৱানব ৱারীশিং অসি থাজরুবদগীনি অয়াম্ব মীওইশিংন সাধু, স্বামী, গুরু, ঋষি, যোগি, মাইবী, ভগবান অমদি সিদ্ধ কংলব হায়রিবশিংসিগী হেনদোক থোয়দোকপ মতীক মগুন লৈ হায়ন মথোয়গী ৱাখলদ তন্তন খল্লিব।

কোভুর অসি অচুম্ব খিনবগীদমক লাইন শায়োনদুন মালেমসিদ পোকপীররবনি হায়ন হীমালয় ঋষিকেশত লৈব স্বামী অমন ভজনগী মীতিন অমদ মীয়ামদ কোংদোকখি। অমুক্তু হন্ন মহাকন প্রেস কন-ফরেন্স অমদ ৱাকমসি পনখি। মহুগী মরৌ লৈব লখোইবদুন নাতৈ হুক্তব ৱাকমসি পল্লিবগী মরমদি ওইদব নাতৈ চাদব ধর্ম্মদ য়ুম্ফম ওইব থাজবদগী থাদোক্তুন অচুম চুমদগী ৱাখল্লোমদ হেন্ন খুমাং চাওশিল্লক্লীব হৌজিক্কী লৈবাকসিগী হোৗগৎলক্লিব নহারোলশিংবু থেমজিন্নবগীদমক্তনি।

লাই তোংলব মী হায়দুন মিংথোল কংজরিব মহাকন নত্ত-ওইদব ৱাকমদু হায়জিল্লুবদুদগীদি অপং শঙ্ক অম ঐডোন্দগী থৌজাল নিজ-হৌনিকা হায়দুন ঐবু দর্শন তৌব লাকনখি। মরৈহৎ স্বামী সাণ্টানন্দন তৌরিব অচৌব নমথাকতু থুগাইনবগীদমক ঐন পাও চেগী মতেং লৌদুন মীয়ামদ শেংদোকখি। ঐন করিগুম্বদ সাই বাবা, নীলাকান্দা বাবাজি নত্রগ পান্দ্রিমলাই স্বামীগলগুম্ব লৌনম তৌদুন শেল তানব পাম্ব মীওই ওইরক্লবদি, মতাং অদুদ থাজগনব অপংব মীওই লিশিং লিশিংদুবু উৎ চাইদুন শেল থাওজাও থাওজাও তানশিলহৌব ম্নারবনি। তশেংনমক মদু ইকোম কোয় শেল তানবগী য়ায় খুদোংচারব তানজা অমনি।

মতাং অনীথক্ত ঐন কোলোম্বো অমদি কালুতরাগী পব্লিক মীতিংদ মেজিক, মিয়াকল অমসুং মন্ত্র যন্ত্রগী মরমদ ৱা ঙাংব লোইরব তুংদ, ভগবানশিংন গুরুরংদগী পোৎশক অম হেক্ত পুথোক্লীবদু থিরুংনি হায়ব খঙহন্নীংদুন সাই বাবান তৌবগুম্ন ঐন নুংশিত্ত খুৎ অসি শৎ তিংথোক্তুন্ন ঙাইহাক নোম্নী নোম্নী হাইরুরগ "হোলি এস" পুথোক্লম্মী। নোঙাল্লগ

ঐন তৌখিব মিরাকলশিংদুগী মরমদ পাও-চেদ মথং মথং ইনরকখি মদুদ সাই বাবাগী ভক্ত অমন শাওরদুন সিলোন ডেলি অমদ অম্মুম্ন ইরকখি। "মিঃ কোভুরন থৌওইন মথৌ অম ওইন সাধু অমদি স্বামীশিংন পুথোক্লীব হোলি এস অদুবু মিরাকল নত্তে, মেজিকনী হায়রিব রাকমসি মহাকপু শৌগৎলিব অপংবশিংতন য়াজগদবনি।" মহাক্কী লাতমদু অম্মুম্ন লোইশিল্লি, "অচুম্বমকনি সাধু অমন পুথোক্লীব হোলি এস অদু মিত্রং নত্তে, অশেংব মিরাকলনি, মরমদি, শকথঙলব স্পিরিচুয়েল গুরু অম ওইবগী তাঙলব তানজাদু মহাক্ক কয় হোৎনদুন কংগ্রবনি, মদুমকন মহাক্ক থুৎ খজিক্কুং হায়বদ পোৎশক অম হেক্ত পুথোকপ ঙম্লীবনি, মসি লাই থাজদে হায়রিব সাইন্টিষ্টশিংগী মমাঙদম্ম অদুমক তৌরিবনি "

রাকমসিগী পাওখুম পীব ওইন ঐন মাঙোন্দ অমদি ভগবানশিংগী ভক্ত পুম্নমক্ক মথাগী চেলেঞ্জ অসি তৌখি, মদুদি- "করিগুম্ব পোৎশক অম খুৎলোৎপী লাল্লোং শান্নদন হায়বদি fraud proof condition দ ঐগী মাঙদ পুথোকপীয়ু। করিগুম্বদ থোক মোক অমত্ত য়াওদন মখোয়ন মদু পাঙথোকপ ঙম্লবদি লুপা লিশিং অমদগীন লুপা লাখ অমগী মনুংদ অঙম অঙম লোনবীগী শেল খুথানদ অপাম্ব মওংদ শেল থাবিরকপ য়াগনি।" মসিগী মতুংদদি মখোয় কনামত্ত মরোল থোক্লরকখিদ্রে।

ঐন মখল মথাগী চেলেঞ্জ কয়ামরুম লাওথোকপসিদ কনামত্তন মায়রোং য়াবরক্তরে অদুবু চেলেঞ্জশিংসি ঐগী পুন্সিন অরোয়ব য়াহীপ তান্দ্রিকাওব থম্লগে মরমদি মসিন ইউনিভর্স অসিদ স্নুপরনেচরেল ওইব অমত্ত লৈতে হায়বগী খুদম পীব ওইরসমু ! মসি থনবদ ঐহাক মুংঙাইজে, মহৌশাগী তম্পাক্ত থোক্লিব পুম্নমক মহৌশাগী ওইব থবকনি। লাইগী খুজিন থৌরাং হায়ন থাজরিবদু ঐখোয়ন খঙজ্রিব অরোনবশিংদুবুনি। মমাংঙৈগী ইপা ইপুশিংন খঙদদুন লাইনি হায়জিল্লম্ব কয়া ঙসিদি ঐখোয়ন খঙলে। ঙসিগী খঙদদুন লৈরিব কয়াসি হয়েংগী সাইন্টিষ্টশিংনদি খঙলক্লগনি, খর থেংলকপস্মু য়াই। মতম অদু য়ৌদ্রিকাওবদি রাখলন পাক হেক লাম্ব কংদব ঙকচান্নব করিগুম্ব অমদ "লাইগী খুজিন থৌরাংনি" হায়ন হেক্ত হায়জিনবসিদি ঐখোয় তৌদনব হোৎনরসি !

অহুমশুব

# ভারতকী লাই শাশিন্নব মীওইশিং

ইউনিভর্সং অসিদ লৈরিব পোৎশকশিংসি শাবদ লাই অমত্তন থৌদাং লৌখিদে অহুবু পৃথিবীগী গ্রহদ লৈরিব মী হায়ব জীবসিন মথল মথাগী লাই ময়াম অম শাবদ মমাংঙৈদগী হৌন মথৌ চিল্লক্নি, মতুংদস্থ অহুমক চিনখিগদৌব মাল্লী।

ভারতন নীং তমজ্রিঙৈ মতমদ God-man শিংন উৎ তৈশিল্লগ স্নোৎপী মথক্ত, হীপ্প, খোংগ্রাই চন্দুন কম্ব, মন য়ুংহুন হীরি কোনব নত্রগ কদর শান্নহুন মিরাকল খর উৎলগ মরৈবাক ভারতমক্তদগী শেল তাল্লম্মী। অহুগ ভারতন নীং তম্রব মতুংদ মরেক মহাও থোকপ শনজাবুং থিবদ মখোয়ন নোংচুপ লৈপাকশিং য়ৌখি। মকমহুদ ভারতন ওইদব Spiritual গী ওইব মীংচৎ অম কংজখি। ভারত্তগী লৈঙাং ফিজোল শেৎপ অমত্তং থুংলবদ ইউরোপ অমদি আমেরিকা মচাশিংনদি spiritual গী শক্তম অম ওইন লৌব হৌখি।

অশেংব মীশিং ( ***Holy man*** ) গী ফিজোল—লাইত্তোংব মীওইশিংন নোংচুপ লৈবাকশিংদ হেক হেক চৎলি অহুগ হল্লকপ মতমদ ইউরোপিয়ান অমদি আমেরিকান ভক্ত খর করিগুম্বদ লোয়নরকই। মসিন থোক হৈনব মীওইশিংদ লৈঙাং ফিজোল শেৎচিল্লগ গুরু, স্বামী, মহাত্মা, আনন্দ, ভগবান, ঋৃষি, মহাঋৃষি, যোগি, মহারাজ অসিনচিংব মিংনচিংব থোনজিনহুন মপাল্লমদ চৎনিংবগী ঈহুল অম কয় পোকহল্লি।

মখোয়ন মঙগী মতৌগুম অঙকপীদ শেল তানশিল্লি অমদি ইনাক খুনব ভক্ত ময়াম অম খোমজিল্লি। মসি হৌজিক্তি অস্থকী মতীক শেন্দোং কংনিঙাই লম্বী অম ওইরে, মহুদি- ভারত সরকারন ফাওব Godman শিংসিদগী foreign exchange কজন তাল্লি। লমকোয়ব মী অমন চৎথোক চৎশিনগী passport লোনব হোৎনবদি য়াম্ন রাই অহুবু Godman শিংসিন চৎনিংব মকমদ চৎপদদি থোয়দোক্ল অথিংব লৈত্তে। God-man গী শিনকমসি Secular India গী থৌওইন স্নোকথৎলব করবার অমগুম চৎথরি।

***GODMAN*** **অম ওইবগী কালিফিকেসন—** মহাঋষি মহেস যোগিবু মীয়াম্না শেগাক কায়না শকখঙনখিবগী মরমদি মিলিওনরি পোপ মিউজিকসিয়ান বিটলবু মহাক্কী ভক্ত ওইনা ফংজখিবনি। মহাক্কী মরম্নাই এরোপ্লেন কাওব লৈব ঙমখি। অদুবু মিয়া ফাবো কৌবী মুপী অমবু পাদোংনব হোৎনরুবদগী বিটলন মহাকপু থাদোক্লমমহন চৎখি। মহুদ মহাক্কী লাইগী করবারদু মরাই চাইথরকখি। অদুবু Smuggler গুরু মহারাজাজিন তৌ খিবগুম্ন মহাকসু লাইগী ওইব করবারদু অদুমক চৎথরি।

মতীক চাব Godman অম ওইবদ চঙব মচাকশিংদুদি অহানবদ— ইশাবু নীংতম্ব, ইশাবু শকখঙব, শেংদোকপ, অয়োইব লম্বী, Cosmic force, Cosmic intelligence, Cosmic soul, Cosmic mind, কর্ম্মগী ফল, descarnet life, Extra cerebral mind, Nirvanic consciousness, লাইগী শক্তি, লাইগী মঙাল, Extrasensory perception, কুন্দলিনি অসিনচিংবশিংগী মরমদ মমল য়াঙদব চোইরোলশিং য়াম্না ফজন ঙাংব হৈবনি।

অনীশুবদ— খুৎলোৎপী লাল্লোং শাম্নদুন Miracle খর উৎপ।

যাদুগী মহৈ— অদুমশুব অমদি খ্বাইদগী মরু ওইব পোৎচঙদি Godman শিংগী মরমদ শেমজিন শাজিনদুন মখল মথেল লাইরিক ইব, পাও-চেদ কোংদোকপ, ফিল্ম, রেডিও, TV. নচিংবদ শন্দোকনব এজেণ্ট খর থম্ব অসিনচিংব।

মরেক থোক্ল পাও শন্দোক্লবদি অপুম্বদ হয়িংনা য়োম্লবগুম God-man শিংগী অকোয়বদ ভক্ত ময়াম অম পাইশিল্লকনি।

ইংশোক ১৯৭২ দ Psychiatric case শিংদ য়ুম্ফম ওইব "পুনারজনমম" অমসুং "মাক পিরাভি" হায়ব ঐগী ফিল্ম অনীসি নম্লবগী-দমক ভারত্ত চৎলুই। খোঙচৎ অদুদ মাদ্রাজ, বঙ্গালোর, কলিকট, ত্রিচুর, ইরনাকুলাম, কোটায়াম, কুইলোন অমদি ত্রিবানদ্রমনচিংব মফমশিংদ মীওই কয়ামরুমগ উনরকখি অমদি প্রেস কনফরেন্স কয়াম্মু য়াওরকখি। প্রেস কনফরেন্সত ঐন হায়খি, মহুদি মালেমসিদ স্নুপরনেচরেল

ওইব নক্রগ সর্গ হায়বহ্ন কংলব কনামত্ত লৈখিত্রি। Godman গী মিরাকলনি হায়ন তৌরিবশিংহ্ন থিজিনবগী থৌনা লৈজদব রাখল য়াওদব মী খরগী মাংদত্ত উৎপ চলাক্লি।

রাকমহ্ন থাজনবগীদমক ঐন অমুকন্সু হায়খি মহুদি কনাগুম্ব গোড-মেন অমন অরোনব পাম্বৈ য়াওদন ঐগী মাঙদ miracle উৎপ ঙম্নবদি লুপা লাখ ১গী মনা পীজগনি।

ঐগী চেলেঞ্জ অসিন ভারত শিন থ্বংন শন্দোরকপদ গোডমেনশিংগী ঙকশমদ থোরি কোন্দোয় ছকপগুম থোকখি অমদি লাইনিংলোয় লিশিং কয়া নুংশা মপী হোয়খি। মতম অহুদগী হৌন মখল মখাগী ধর্ম্ম চৎপ মীওইশিং অমদি গোডমেন কয়ান Supernatural power লৈ হায়বসি উৎপ ঙমগনি হায়ন ঐঙোন্দ মনম মনম চিঠি ইনরকখি।

ডাঃ ভাডলামুদি কৌব অমন "Decan Herald" দ C. St. Teerthankar ন "The Hindu" অমদি "The times of Cey-lon" দ ইরকখি। R.P. Tiwari ন "Indian Express" অমদি "Bharat Jyoti" দ ইরকখি। অসিদন্সু নত্তন মশক মমীং পন্দব কয়া-মরুমন ঐগ চেলেঞ্জ তৌনরগনি হায়হুন "Amrita Bazar Patrika" খবরদ ইরকখি।

পাও-চে অমদি চিঠিদ ইনরকপ রাকৎ ময়ামসিগী পাওখুম পীবগ লোয়নন ঐন মখোয়দ "বোম্বে অমদি বিহারদ লৈরিব ঐখোয়গী মীহুৎ অমগী খুৎথাংদ লুপা ১০০ মাংয়োনন ডিপোজিত তৌবিরকউ।" হায়ন হায়খি। কনাগুম্ব গোডমেন অমন ডিপোজিৎ তৌরক্লবদি অহানবগী ওইন মখাগী চাংয়েং অনীসি পাংথোক্কনি।

১। লুপা চৎপী অম য়েংলব তুংদ হায়রিব লুপাহুগ চপ মান্নব (Replica) অম মহাক্ক অমুক পুথোকপ।

২। ইনভেলব মনুংদ থম্ব লুপাগী নম্বর মথং মনাও নাইন হায়ব। (চাংয়েংসি ঐখোয়গী মীহুৎশিংন তৌগনি)। করিগুম্ব God-man অহুন চাংয়েং অনীসিগী মনুংদ অমত্তং ঙম্নবদি মহাক্কী ডিপোজিৎ অহু হন্দোক্কনি।

মথংদদি ইশামক্ত ভারত্ত লাক্লগ মীয়াম মমাঙদ অনীশুব চাংয়েংহ্ন পাংথোক্লনি মহুদস্নু করিগুম্ব মহাক্ত গুমগ্রবদি ঐন হায়খিব লুপা লাখ ১গী মনাহ্ন পীজগনি।

Charlantan (মাইব গুমজিৎ) শিংন নমথাক লৌনমগী রাকৎ ময়ামসি তৌরক্তনব হায়হুন মিংতগী ওইব হায়বদি হন্দোক্লদব লুপা ১০০ তং ডিপোজিৎ তৌবিয়ু অহুগ অহানবগী চাংয়েং তৌনসি হায়হুন ঐন মখোয়দ থৌওইন তকশিনখি।

কনাময় চোংথোরক্তব— অসুম ভারত অমদি শ্রীলঙ্কাগী পাও-চেশিংদ ঐন ইবদগী ওইদব রাজাও ডাংবগী লমাইছু থ়পচিন্নখি। হৌজিকসু ঐদি চেলেঞ্জ অসিগীদমক শেম শাহুন লৈরি।

করিগুম্ব K.K. Shah গুম্ব গবর্নর নত্রগ ডাঃ ভগবথমগুম্ব সাইন্টিষ্টন খজিক্ত ফাওব থিজিন খোৎচিনব তৌদন মীগী চলাক থরদ হেক্ত থাজব নৎলমত্রবদি সত্য সাই বাবা, নীলকান্দ বাবা, পান্দ্রিমালাই স্বামীগল, অচার্য্য রাজানিস, ভাডলামুদি, টিরথাকর, তিরারি, ডাতাবল, গুরুদেব মুখথানন্দ, নিরমালা দেবী, ত্রিপ্রায়ার যোগিনি, পুজা দাদাজি, স্বামী চিনমায়ান্দা, আনন্দ মুর্থি, গুরু মহারাজজি অমদি অতোপ্প মীওইশিংন ইরায় লায়ন miraculous ওইরক্লম্লোইদবনি।

কনাগুম্ব সাইন্টিষ্ট অমন অচুম চুমদ য়েংদন হেক্ত থাজরবদি মহাক সাইন্টিষ্ট অহায়নি। অশেংব সাইনটিষ্টশিংন পোৎশক নত্রগ মীশক অমবু কিবদগী থিজিন হুমজীনব তোক্তুন তুমিন লৈথোক্লোইদবনি।

অপংব অমদি মীথিবোং— পল্লিক মীতিং অয়াম্বদ ঐন মুংশিত্ত খুৎ তিংথোক্লগ লাইগী উৎ (holy ash) পুথোকখি। মীয়ামদ মহু য়েংহোকই, মুপী অয়াম্বদি মথম্মোয়দ কোনজখি অমদি মখোয়গী হেন্দ বেগ মমুংদ হাপচিনখি মহু উবদ ঐহাক য়াম্ন নুঙাইখিদে। ডাঃ ভগবথম অমদি কেঃ কেঃ সাহগুম্ন, পুথোক্লিব holy ash অহু ঐগী divine power ননি হায়ন মখোয়ন লাম থনজিনখি। মহু কোক্লবগীদমক ঐন ষ্টেজদ কাখৎলগ হায়খি- "ঐন ময়ামদ পীজরিব ash ( উৎ ) অহু ঐগী মুপীন শক্তি অকংব মৈ থারগ শেম্লকপনি। লাইগী লৈবাক্লিন অসিগুম্ব

খরসি উত্তর য়ায়োই হায়ব মাংয়োনন খণ্ডবদগী ঐন শ্রীলঙ্কাদগী থোরাং তৌহুন পুজয়কপনি। করিগুম্ব নখোয়ন মাংয়োনন ঐত্তোন্দ চেক তৌ-য়য়বদি মহু শোয়দন কাব য়ারম্বনি। সত্য সাই বাবান কৈদোম্বুংদ মহাক্কী হকচাং চেক তৌগে য়ায়োই ময়মদি মহাক্কী হৌদোংহু মীয়াম মাঙদ চেষ্টোক্লকনি।”

মহাক্কী মিরাকলবু কজন য়েংগে হায়ব য়াত্রিব মীহু মপুকচেল শেপ্প মীনি। Miracle অহুবু থিজিন হুমজীনবগী থোন লিংজেল লৈজদব মী অহু মীথীবোংনি অহুগ খণ্ডনবস্থ হোৎনদন হেক্ক থাজয়িব মীহু অপংবনি !

ভগবানশিং অসিম্মু ঐখোয়গুম্ব মীওইবনি হায়বসি লাইনিংবশিং (ময়াম) অসিন খণ্ডব ওমজত্রব জাৎলা ? ঐখোয়ন তৌয়িব অম্মম গোড মেনশিংম্মু অরাম খোরাংব লৈ, অনা অয়েক য়াওই, অহল ওইশিল্লকই অমদি শিথি।

সত্য সাই বাবান appendicitis ( থীরিনগী লায়না ) নাহুন Surgical Operation তৌখিবগী ময়মদ লাম্ন ইশিল্লকখিব খর ঐন থেংনখি। ভগবান সাই বাবামক্কী appendix surgical operation তৌথিব অহু ভগবানগী নত্তে ভক্ত অমগী অনাব appendix অমবু ভগ-বাম্ন মশামক্কী হকচাংদ লোশিল্লগ মহাক্কী অকবহুন ভক্তহুদ পীবিখিবনি অহুন ভগবানগী হকচাংদগী লোথোক্লিব পুমথরব appendix অহু ভক্ত-হুগীনি সাই বাবাগী নক্তে হায়ন ভক্ত ডাক্তর অমন মখোয়গী মীতিং অমদ মহাক্কী ইকাই খণ্ডব অমদি অপং থাজবগী থৌনা অহু ফুদেক্তুন মীয়ামদ পাও তমখি।

এরোপ্লেন মন্নুংদ শাফোওলকপ— “ভগবান অমন পেট্রোল য়াওদন কার থোখি। হায়য়িব ভগবানসি Palmyrah উহৈ মন্নুংদ য়াওরম্ব ফুত ৬ রাংব লিঙ্গম অম উরুবদগী Godman ওইরক্লীবনি।” নীপা অমন হায়। “আমেরিকাগী ভক্ত অম এরোপ্লেনগী কোকপীত মন্নুংদ মৈ হৌরক্লবদ ভগবান অম লোংথোক্লকুন মৈহু কনবিখি” হায়বগী রারীম্মু লৈ। সাইনটিষ্টশিংগী মরক্তম্মু মীথীবোং অপংব য়াওরকতুন অসিগুম্ব মখলগী রারীশিংসি হেক হেক থোক্লকই মসি লাইবক থীবনি।

ভগবান অমন কায় থোৗহুন তুরেল লানব তায়বদ তুরেলগী ঈশিংহু অনী থোক্ক চিংখাইখি হায়বগী য়ায়ীস্থু লৈ। বাবাগী Holy ash শীজিন্নবদগী খোয়রিন পোম্ব কপ্রে হায়ব ভক্তস্থু থোরকই। ভগবান্ন খুৎলাই অমত্ত য়াওদন ভক্ত অমগী খোয়রিন পোমখোকপহু ওপরেসন তৌহুন লোৗথোকই হায়ব য়ারিস্থু লৈ। অস্থুম্ন Godman শিংগী miracle গী ওইব য়ায়ী কয়া কয়ানি।

তীনবু লাইপুবশিংগী শাথেক্ত (Culture) মীচমশিংসিন করিগী-দমক্ত ইলাই লাইন বলিগী শা ওইক্করিবনো ? য়াহং অসিগী পাওখুমদি পাক্করুন পংথখিবদগীনি হায়ব তাই। মীওই খরন Godman গী মমাঙদ খুরু খুদক কুন্দুন নত্রগ শংগ্রোং শাংন হেক খুরুম্বদ অতোম্ন য়েংলিব ময়ামনস্থু মখোয়গী তুং ইন্দুন হেকত খুরুম্নে। হায়রিব মতৌ তম্ব মীশিংসি মশাগী ওইব নীং-তম্ন য়াখল খনব অমদি অচুম চুমদ লেপ্ন ঙমদব ঙাকতনি। করিগুম্ব মতমদ কনাগুম্বন "হায়ো হায়া" "হাল্লে লূয়া" নত্রগ "সাধু সাধু" হায়ন লাওবদ মখোয়স্থু অস্থুম্ন হেক্ত লাওগনি।

Jehovah, অল্লা, ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব অসিনচিংব য়াখলন শাজিনব লাইশিংসিদি তশেংন হিংহুন লৈতে, Godman শিংদি হিংহুন লৈ। অহুন অপংবশিংদ মিপাই থপাইহল্লিবসি লাইন নত্তে লাই শাজিন্নব মীশিংহুননি।

মরিশুব

# হিংলব মীপী থৱাইন তমব

থৌদোকসি পৃথিবীগী অনীশুব লাঙ্গাও মতমদ থোকখিবনি। লিলা-বতি, গলে ডিষ্ট্রিক্টকী আকমিমান কৌব খুঙ্গং অমদ লৈব খুঙ্গংগী ইচম চমজবী মুপীমচানি কিয়োল অহুন মরল্লাই পৈশা খর খরম্ভু থোকচৈ।

মীরা লেবী কৌব ললোনব নীপা অম য়ুমশকৈশা মুমিৎ খুদিংগী খুঙ্গংচুদ পোৎ হাব লাকই। মহাক্ত পুরকপ খুজি নাচোম অমদি মথল মথাগী কিয়োলনচিংব লিলাবতিন ইত্তৎ তত্তন লৈ। লেবীন চয়োল অমগী মঙ্গুংদ অমূকমুক লাকপসিদ য়ুমলোন্নবদ লৈব মৌ অমদি লৈশাবী শিংম্ভু লিলাবতিগীদ পুন্নৈ। মখোয়ন লাক্লীবহুদি চুমতগী লেবীগী মুবাইল সো বোঅত য়াওরিব অরং-অরাক ময়ায়মহু য়েংনীংবদগীনি। মখোয়ন লৈব ওমদ্রবম্ভু লৈতেংশিংহু লিলাবতিগীদমক খন্দোক খঞ্জিন তৌবিবদ মখোয় নুংঙাইব পোকচৈ। লেবী-ন লাকপদ মহাকী তেংবাংব পাখং শরৎম্ভু মরক মরক্ত য়াওরকই।

লিলাবতিগী অপোকপ মপা অপুহামী গলে বজারগী চেং-হরাই য়োনব ছুকান অমদ থবক তৌই। নুংতিগী অয়ুক ওস্তান চৎখি অহুগ মুমিদাং পুং ৯ দ হল্লকই। লিলাবতি চহী ২৪ শুরে মচননুপী শিরিয়া বতিন চহী ১০ শুরে। লিলাবতিগী মমা লৈখিত্রবদ অপুহামীন নুপী অমমুক থিরুই অহুবু মহাকম্ভু শিরিয়াবতি পোক্লব মতুং খরনি লৈরগ অহুমক লৈখিত্রে। অহুন অঙাং য়োকপ অমদি ইমুং পুবগী থবক খুদিংমক লিলাবতিন তৌই।

লুহোংব — সোমাপালা খুঙ্গংহুমক্কী পাখংনি। অপুহামীগী ছুকান্দুদ জুনিয়র ক্লার্ক ওইন থবক তৌই। মমান্নব খরগ লোয়নন সোমাপালা আর্মিদ মিং চন্নব ইণ্টরভিয়ুনচিংব য়াওরুরে। চৈরকসিদ সোমাপালাগ লিলাবতিগ লুহোংলে। লুহোংলব তুংদ লিলাবতিগ লোয়নন সোমাপালাহু অপুহামিগী য়ুমদ লৈরে। মখোয়ন লুহোংব মুমিৎ নিফুনি হেক শুবদ কোলোম্বো আর্মি হেড কাটরদগী সোমাপালাবু

কৌরক্লে। মথংগী নুংখিলদ মচম্ন্পী মপা অমদি লিলাবতি মখোয় ময়াম্ন গলে ষ্টেসন ফাওব সোমাপালাবু খিন্দোরকখি। লিলাবতি কপ্ন কপ্ন নৌরিব মপুরোইবগ কান্নরে। থা মরি ডিয়াপ্তালাবা কেম্পত অকনব ট্রেমীং তৌরব তুংদ সিল্লোন লাম্মী ৫০ পুন্থন সোমাপালা লানকমদ চংখ্রে।

**কুইন কায়নব**—লিলাবতি, কাম্ননগী অন্না মৈচাক পুরম্মী। অন্থবু সোমাপালান চিঠি অমদি পৈশা চাং নাইন থারক্লুন অরাব থরদি কোকহল্লি। সোমাপালান থারকপ লাম্মীগী ফিজোলদ নম্ব মহাক্কী কোতোন্থ লিলাবতিন লৈকাইগী মীওইশিংদ উৎতুন চাওথোকচরম্মী লেবী অমদি সরস্তুম্নু কোতোন্থু মরি মঙারক হল্লিন হল্লিন য়েংহনখি।

অতোপ্প নুপীমচাশিংগুম্ন লিলাবতিদি রারেম ঙাংহ্নন মতম মাঙহন্দে শিরিয়াবতিবু স্কুলদ চৎহনগ্রব তুংদ ইমুংগী কোল্লিক রাইরম লোইশিল্লগ মহাক ফি শাই। মন্থ লেবিদ য়োম্নোক্লগ মরম্নাই শেল তানশিঙ্গে। অপুহামিন য়ুমদ লৈত্রিবৈঙে মতমদ লাকপ নীপা হায়ববু লেবি অমদি শরৎ মখোয়নিতনি।

সোমাপালান থারকপ চিঠিন্থ মহাক্ক তপ্ন তপ্ন শাজিন্দুন পাববুদি ঙম্মী অন্থবু মহাক ইবদি হৈতে। শরৎকী মতেং লৌন্থন অনীরক্লুংদি সোমাপালাদ চিঠি হনখি। মখোয়নি চিঠি চৎনবসি রান রে ত্রাফিকুম্বনি। অন্থবু হন্দক্কি সোমাপালান্থ তোয়ন চিঠি থারক্কে মমৈথংদদি পুমলেপ লেপখ্রে। অন্থবু পৈশাদি থাগী কায়দন অন্থমক থারকই।

**নুংশুক নুংজানব**— লিলাবতিগী নুঙাইরব নুমিৎশিংন্থ লাপ্ন চৎগ্রবগুম তৌরক্লে। সোমাপালাগী চিঠি লাক্কবদগীদি মহাক শাথীন রারে। লেবিম্নু লিলাবতিগী মনাক্ত লাকপন্থ শেন্দোং কম্না ফংখ্রে। মঙোন্দগী পোৎ চৈ লৈবগী মহুক্ত লিলাবতিন মহাক্কী অন্না অনাগী রারি লৌন্থন লৈরে। মহাক্ক শরৎ নেক্লুন য়ামত্রবদ চিঠি অমতং ওইরবম্নু থাবিরকউ হায়ন সোমাপালাদ হাংজখি মন্থম্নু পাওথুম লাক্লে। মহাক্কী পোৎচৈ লৈবিত্রবন্থদদি মীরা লেবিম্নু লিলাবতিগীদ চয়োলগী লাক্নম্বন্থ তোকখ্রে। লেবিগী করবারগী মরী তৎলকপ মতমসিদদি শরৎকি লম্নাই মরী ফগৎপ হৌখ্রে। শরৎন লেবিগীদ থবক তৌরিবসি অয়ুক্কী পুং ৮ দগীন নুংখিল পুং ৫ ফাওবনি।

শরৎন মিন্নুংশি উৎপ শারদুন লিলাবতিগীদ য়াম্ন তোয়ন লাকপ হৌরে, করিগুম্ব নুমিৎতম্মু মতম কয়া অম চঙন মাবু থেমজিনবিরম্মী। লমচৎ কজ্জব নীপা অমন কাওব লাম্মী ওইগ্রব তুংদ করম্ন লমচৎ হোংখির, লাম্মীশিংন লম্বীদ উন্নব নুপী নহাদ করম্ন শেল শীজিন্নথোকপ অমদি লংকৈদ নুপী হেক্ত খিজিনবনচিংবগী রারি জাৎ জাৎ শাজিল্লম্মী। লিলাবতিন মথরাই পুব ঙমদন মমিৎত মপী চতুম চতুম শিন্থরদুন রারিদু তাই। করিগুম্ব সোমাপালান তোলোপ য়ামজ্জবস্থ হান্নগী থবক্তু অম্মুম তৌরম্নবদি কয়াত নুঙাইরমগদবনো হায়ন মহাক্ক শরৎত রারি শাই।

**থুদোং থীব**—লিলাবতিগীদ শরৎন লাকপসি য়াম্ন তোইশিল্লক্লে। লেবিগ চৎমিন্নরুরব তুংদ ইরুজথোক্লগ অহনব কি হোংদোক্তুন নুমিদাং-রাইরম লিলাবতিগীদ হম্নিংখোই মাইয়োন তম্নকপসি শরৎকি শোয়-কজ্জব মথৌ অম ওইরক্লে। অয়াম্ব মতমদ নুমিদাংগী পুং ৮ গী হুরাইদ হনখি। শরৎন তোয়ন লাকপদুদ লিলাবতিগী থম্মোয় খর খর তে-খলক্লে। মতমন সুম সুম হৌথিবগ লোয়নন লিলাবতিগী থম্মোয়দ সো-মাপালাগী রাখল মমি শামথরক্লে অমদি শরৎকি অনৌব য়েন্নিংগ লোয়ন্ন মহাক্কী চনীঙ কংব হৌরক্লে। কিভমসি য়োম্নকপদ শরৎ হান্নগীগ মান্নত্রে তোয়নম্মু লাক্ত্রে মরমদি মখোয়নিগী মরিদু খুদোংখিনিঙাই ওইরক-পদগীনি। মমৈথংদদি আকমিমান খুঙ্গং থাদোক্তুন মহাক চেনত্রে।

অপুহামিদি ঙম্ন চৎপ অদুগ থেংন হল্লকপন মরম ওইদুন ময়ুমদ করি থোক্লীবগে হায়বদু করিস্থ খঙলমদে। হেন্দোক্ক, লিলাবতিন লৈশারিঙৈদ থৌদোক রাথোক অমত্ত থোকখিদবন লুহোংলব মতুংসিদদি মহাক্কী মরমদ থোইনবু খলহৌত্রে। অশেংব থৌওংশিংদু কোম্ন খঙলক্লব তুংদদি মহাক মমিৎ উইশিদুন খাঙব তাখি।

**ওইহন্নিংদব থৌদোক**—১৯৪৬ কী আগষ্ট থাদ লিলাবতি নুপা মচা অম পোক্লে। অপুহামিন লৈকাইগী পাঞ্জি অমদ কুঠি ইহল্লুরে। কুঠিদুদ অম্মুম্ন ইরকই "অঙাংসি লাইরিক লাইগু য়াম্ন হৈগনি, ইনা কৈরা খুনগনি, সমুদ্র রাংম লানগনি, মীথোয় মীহেনগনি, মরুপ মপাং চাওগনি, ইনা খুনবী নুপী লোগনি। য়াম্ন কব অঙাংনি মহাক্কী

কক্তব মতম হায়ববু অহানব চহী মঙাসিত্তনি, সনিন মীয়েং চংএ" লিলা-বতিন মমা অমগী লৈজবি মুংশিব পুম্নমক পুথোক্ত্ুন মচাবু য়োকই। অঙাংহু কংবদগী অপুহামিস্নু থোয়দোক্ল অকাই অতোই য়াওত্রি। অঙাং-হু চহী মঙা শুস্রিকাওব চেকশিন্ন য়োক্লব মহাক্ল মচানুপীদ পাওমেল্লম্মী।

ভুত চঙব— ১৯৪৬ নবেম্বর তাং ১১ দ লিলাবতিন আর্মি হেড কাত্তরদগী তেলিগ্রাম অম কংখি অস্মুন্ন ইরকখি "কাপ্নবদ সোমাপালা লৈখিত্রে!" লিলাবতি অঙকপ কংন কপখি। কৈরোই লৈকাইগী মন্নাম চঙহুন থেস্মী, কান্নখিদে। লিলাবতি কিভম শোকচিন্নে অহুন মথংগী মুমিৎতুমদি অপুহামি থবক চৎত্রে। নক্লব মরী মতা অমদি লৈকাইগী মীওই কয়ামকুমস্নু মখোয়গী য়ুমদ লৈরি হায়রিব মতমসিদ লিলাবতি মথুৎ তিংথোক্লগ লেপখৎলক্লম্মী মশাহু চপ তিংথ্রে মমিৎস্নু ভোরোং ভোরোং ওনথৎত্রে। খঙচিং খঙচিং চিংহুন মশাহু নীকপ হোরক্লম্মী। অহুগ নীপাগী খোম্লেলদ লাওব হোরক্লে "ঐন নঙোন্দ পরা অম তম্বীগনি, নঙন ঐগী মুপীবু লোনম্বীরে। নহাক হাৎকনি নচাস্নু হাৎকনি ঐ মীওইবগী ঈথেং উরবনি। ঐন মী কয়াস্নু কাপখাইগ্রবনি। শরৎক মচাগ হাৎলগ ঐ হনখিগনি।" অস্মুন্ন লাওরন্নগ লিলাবতি রাম্বহুন লৈমাইদ হায়থগ্রে। মীনিট ১৫ রোম লেঙ লাক্কে। সোমা-পালাগী স্পিরিত্তু লিলাবতিদ চঙলে হায়ন মকমহুদ লৈরম্ব মী পুম্নমক্ল ভাংনখি। মহাক্লী মখোঙেল অমদি রাঙাং শঙাং অহু সোমাপালাগ চপ মান্নৈ। মচাহু মন্নাম চঙহুন শেন্নৈ নত্রবদি মহাক্ল মুংশিৎ কাংলকপ মতমদ মচাহু হাৎকদবগী হেক্ত হোৎনৈ। অপুহামিন মচেগী য়ুমদ অঙাং-হু থৈদোক্লব তোক্লই অহুবু লিলাবতিন য়াদে। লিলাবতিন মচাহু য়াম্ন লুন তৌজে। সোমাপালাগী স্পিরিত তোংলগতনি অঙাং হাৎকে তৌরিব তোংত্রবদি কৈস্নু তৌদে। মুমিৎতুদগী হৌন মুমিদাংগী চাক হেক তোকপগ লিলাবতিদ স্পিরিত হেক হেক তোংঙি। স্পিরিত্ত হেক তোংবগ মহাক্ল য়ুমগী অকোয়বদ লাম্মীগী খোঙচক্ল "লেফট-রাইট, লেফট রাইট" হায়হুন লাও লাওহুন চৎলি করিগুম্ব মতমদ শরৎপু হাৎপ-তুপ্নগী মওংদস্নু হেক হেক লাওই। অয়ুক মুংখিলদদি

লিলাবতি করিস্ন তৌদে অগাং নিংথিন লোয়নৈ অহুন অপুহামিস্ন থবক চৎলি। মুমিদাংদদি অঙাংহু অপুহামিগ তুন্মীনৈ।

পূজা তৌব— ইরাৎ থৌনি তৌহুন য়ুমদ চঙলিব সোমাপালাগী স্পিরিততু তাম্থোকনব অপুহামিন 'জিনতোতা'দগী মাইব অম কৌরকে চাওন পুজা তৌরে। নোংম্বাই কাওব মাইব মাইবী তরুকন ত্রুম ঝান খীঙহুন জগোই শাবহুদ লিলাবাতিস্ন মাঙ্গী স্পিরিতু তোংখৎলক্লে অহুগ মথোয় ময়াম মরক্ত জগোই শাব য়াওগ্রে। য়ৈব, থীনব পুম্নমক অম্নুক্তদ থঙলেপ লেপখি। মাইব মকোক্তুন চৈ মচা অম পায়রগ লিলাবতিগী লাইবক্ত শোক্লগ রাহং কয়ামরুম হংঙি। লিলাবতিন মতৎ মতৎ ওইন মখাগী পাওথুমশিংসি পীরকখি। "ঐহাক সোমাপালানি। জহাজ তোংহুন গলে য়োরকই। ঐগী নুপী উন্নব লাকপনি। শরৎন ঐগী নুপীবু লোনস্বীগ্রে। অঙাং অসি ঐগী নুপীদ য়োকহনব পামদে। ঐন শরৎ অমদি অঙাংসিবু হাৎকনি। জীব অনী কৎলবদি চৎখিগনি, ঐহাক থৈবোং পাম্বী মথক্ত লৈগনি। ঐন তোংলবদি থৈবোং মশাহু নীক্লকনি।" অস্নুম্ন পাওথুম পীরম্নগ লিলাবতিহু অমুক রাম্বগ্রে। সোমাপালাগী স্পিরিত পেন্নবগ্নীদমক য়েনবা অনী হাৎলে। লিলাবতিন লৈমাইদ তুহুন লৈরি- ভৈদ মাংব মকোক্তুন থৈবোং পাম্বী মথোংদ চঙগ্রে। মীয়ামস্ন মহাক্কী মতুং ইল্লি। মহাক্ক উথক্ত য়েংখৎলগ ভুক্তুদ উশা নীক্লকউ হায়হুন লাওখি। উশা নীকপ কনামত্তন উহোদে অহুবু মহাকনদি নীকগ্রে হায়। মতমহু অহীংগী পুং ১ রোম তারে। সোমাপালাগী অশিব হকচাংহু ফুম্ব মতমত নীংথিন ঈরাৎ থৌনি তৌবিদবদগী অয়েৎপসি থোক্লীবনি হায়ন মাইবহুন মীয়ামদ কোঙদোক্লম্মী।

পুজাহু তৌবদগীদি চয়োল অনীমুক লিলাবতি করিস্ন তৌব্রে। অহুবু নোংম মথোয়ন উশিন তৌখিব থৈবোং পাম্বীহুদ পানব থৈবোং থজিক্তং চাকবদগীদি মহাক্কী মুংশিতু অমুক হোৌরক্লে।

গ্নাসোলালিয়া— মতম অসিদ ঐহাক গলেগী Richmond College ত লৈরি। অপুহামি অমদি পিয়াদাশান নোংম ঐগী নাক্ত

লাকুন রারী পুম্নমক শুগাইন তম্নখি, ঐন ইশিল্লী। রারী পুম্নমক তারব তুংদ ঐ চক্রবস্নু য়ারগনি হায়ন মখোয়দ হায়খি। মসিমস্নু হায়খি মতুদি– লিলাবতিদ য়েৎলিবতু সোমাপালাগী স্পিরিতন নত্তে, স্পিরিত তোংবস্নু নত্তে, সোমাপালাগী মতৌ তম্বনি। মহাক্ক অপং থাজব অমদি অরানব অম তৌরুবতুগী কিব অমদি থুক্কৎপদগী ওইখিবনি। সাইন্টিফি-কী ওইব মীৎয়েংদ অশিব মীগী থরাই (ভূৎ) হিংঙী হায়বসি মরম লৈতে অমদি হিংলিব মীদ মতুন তোংলনিঙাইগী মরমস্নু লৈতে। গ্লাসোলালিয়া হায়ব রাখল শোইনাইবগী লায়না-ন নারব মীওই থরন শিগ্রব মী নক্রগ শিগ্রে হায়ন থাজনরব মীওইশিংগী রাঙাং শাঙাং, খোঙ্গেল অমদি থোদো-লাকতৌনচিংব পুম্নমক চপ চান মতৌ তম্মী। অসিগুম্ব রাখল শোইনাইরব মীওইশিংসিদ স্পিরিত তোংলে, মমাঙগী মপোক নিংশিং-লক্লে, শায়োল্লকপ মীনি, শাপ শংব মীনি নক্রগ পোৎশেম চঙলেনচিংব অম নক্রগ অম হেক্ত হায়জিনবি। অসিগুম্ব গ্লাসোলালিয়ান নারব রাখল শোইনাইব মীশিংসি parathyroid বেরা লৈবন অয়াহনি, মখোয়ন মখোঙ্গেল ওস্থোকন ঙাংব শকপ তৌবতুদ মাইব মাইবীন divine power কংলে হায়ন পাও শন্দোকতুন ঈরাৎ থৌনি হেক্ত তৌশিনব ইশামক য়াম্ন থেংনরে। খঙদবন মরম ওইতুন অসিগুম্ব মখলগী অঙাও অকৈ থোদোকশিংসিদ মাইব মাইবী অমদি পুরোহীত থরন ভূৎ চঙলে হায়ন থাজে। Gintota গী মাইবতুন সোমাপালাগী স্পিরিততু থৈবোং পাম্বীদ তোংহনগ্রে হায়ন মথম্মোয়দ থাজজরম্ব য়াই অতুবু ভূৎন থৈবোং মশা নোম্লকপ উই হায়বতুদি মীনম্বনি মরমদি অমম্ব অহীং নোংয়াইতুদ কনামত্তন উশা নোম্লকপতু উব কংলোই।

মরম— "লিলাবতিন অঙাওবী ওইরিবসিন করিগীনো?" পিয়া-দাশান হংলকখি। ঐন খুম্মী, "লিলাবতি অসি পীশক পীক্লীডৈদগী হৌন ভূত ১দি হীংচাবিনচিংবগী ফুঙ্গা রারীন য়োমতুন হৌরকপনি। মতুগীস্নু মথক্ত মহাকন শরৎক লোঙ্গা লোনথ্রতুন পোকপ অঙাংতুগীস্নু মপুকনিংদ অকীব লৈরীবনি। অহীংব সোমাপালাদগীদি মহাক্কী

থরাইন ঙনব ভূত অহুন হেন্ন লিলাবতিন কীজৈ ময়মদি ভূত ওইগ্রব তুংদদি অয়োন অথুপ পুন্নমক খঙব উব ঙম্মী হায়ন মহাকন থাজৈ। সোমাপালাগী স্পিরিতকী ময়মদ কিরিবতু মহাক্কী রাথলন ওইহল্লবনি ১দি মহাক্কী সবকনসিন্নস য়োন অকীবতু পর্কাশনথিবদগী মহাক্কী ফিভমতু য়োরকখিবনি। নখোয়ন করিগুম্ব মঙোন্দ ভূত হায়বসি শুকলৈ লৈতে হায়ন থাজহনব ঙম্নবদি মহাক ফরকনি। য়ারিবমখৈ লিলাবতি অহু মতোমত লৈহনবীয়ু। মকোক শোইনাইরবশিংন মী ময়াম ওমশিল্লবদি থৌওইন উৎনিংবগী ফিভম অমম্মু লাকই।

ঐন হায়বশিংহু কয়া ফম্নদি থাজব ঙমদ ঙমদ মখোয়নি চৎগ্রে। চয়োল অহুমগী তুংদ পিয়াদাশাগ ইবানি অপুহামিগীদ চৎলুই। লিলা-বতিহু নাব ফয়য়ে।

অমুক হন্ন হিংগৎলকপ— ১৯৪৭ কী জন্নুরারীদ ঐহাক Rich-mond College থাদোকতুন Mount Lavinia গী St. Thomas College দ অমুক চৎলে। চহীহুগী মার্চ থাদ পিয়াদাশাদগী চিঠি অম ফংঙী অম্নুম্ন ইরকখি "সোমাপালাহু য়ুমদ হল্লক্লে। মহাক লান্ন য়েকনবন ফাজিনহুন থমলুবনি। লান লোইরব তুংদ মহাক থাদোক্লক-পনি মহাক্ক ময়ুমদ হল্লকপসিদ মমাম্নব লানফা অনীথকম্মু লোয়নরকই। থা মঙাগী মমাঙদ লিলাবতিন ফংখিব পাওহু তংদাংব থঙদ্রিঙৈদ তৌরক্কপ তেলিগ্রাম ওইরয়ে। য়েকনব লান্মীগ মায়োকনন কাপ থাইনব অমদ সোমাপালা থীব ফংখিদবনি মহুদ মখোয়ন শিগ্রে হায়ন থল্লবনি।"

চিঠিহুগী পাওখুম ইব লোইশিল্লকপদ ঐন পিয়াদাশাদ ফাগি ওইন অম্নুম্ন হায়খি "হৌজিকতি শিম্মু শিদ্রিব মীগী থরাইন কাওব ভূত ওন্দুন মী ঙাওহল্লেদন !"

## খূংলো পাঞ্জি য়েংব

Astronomy গী মরমদ কুপশিন্ন খণ্ডিন্রিবঙৈ আ-খায়নগী মতমদগী হৌঙ্গুন astrology হায়ব শিনক্মসি মীওইবন শীজিন্নদ্রুন লাক্লী। অঙাং অম পোকপ মতমদ অভিয়াদ লৈরিব নুমিৎ থা অমস্তুং গ্রহশিংগী ফিভমদু য়েংলগ astrologer শিংন অঙাংদুগী তুংগী পুন্সিদ থোক্লকদব থোদোক রাথোক পুন্নমক মাংয়োননন হায়দোকই (কুথী ইনৈ)। পুরারিগী চেনা-শিংদগী ঐথোয়ন খণ্ডি মদুদি- মীওইবন universe অসিগী মরমদ শুকখণ্ড খণ্ডিন্রিবঙৈ অমদি থিজিন হুমজিনন্রিবঙৈ চহী লিশিং মঙাগী মথক্তগী হৌন astrology গী লমদ অহৈ-অপা শাহুন লাক্লী।

মীওইবগী লাইবক অমদি হেভেনলী বোডিগী থোঙচৎ অসি থোই-রেন থোইরব লাই অমন শীল্লিবনি হায়ব অপং থাজনবগী কাংখুল অসিদগী astrology গী উপাল অসি ময়োল চোংলকই। থোইরেন থোইব মপু ( Supreme being ) মহাকন controll তৌহুন থমলিব heavenly body শিং অসিগী মরমদ খঙব ওয়বদি মপু মহাক্কী অপাম্বদু করিনো হায়বদুস্ু খঙব ওমমী হায়ব রাকম অসিদ চেৎন থাজরদুন য়েলহৌবঙৈগী মীশিংন astrology ভয়রম্মী।

মীওই অয়াম্বন মহৌশাগী খুদোংথীব থোদোকশিং হায়বদি অকনব নোংলৈ নুংশিৎ শিৎলকপ, ব্রজ তাব, সমুদ্রগী অকনব ঈথক-ঈপোম, য়ুহার-হাব, নোংথক্তগী থরানমীচাক মথী কেল্লকপ অসিনচিংবশিংসি পৃথিবীগী রাংমদগী লাকপ চৈথেংনি হায়ন থল্লী। মতৌ অসুম্ন মীওইবগী লাইবকস্তু মালেমগী রাংমদ লৈরিব নুমিৎ, থা, থরানমীচাক অমদি প্লা-নেটশিংগ মরী লৈনৈ অমদি মথোয়ন হীমাই চুম্বী হায়ন অরানব রাখল-লোন অমদ মথোয়ন থাজখি। নুমিৎকী ফিভম মতুং ইন্ন অহৈং-অশা হোংলিব অমদি নুমিৎক থাগ লৈনরিব ফিভমগী মতুং ইন্ন ঈশিং নুংশিৎ অমদি জুরা কাবগী চাং খেন্নহল্লিব অসিনচিংব থোদোকশিংবু প্রমান ওইন লৌরগ অরানব রাখল্লোনসি হেন্ন মরা চেৎশিলহনখি।

থাইনতৈগী observer শিংন নিংথৌগী অমদি লৈপাক্কী থৌদোক অমতং থোকপদ লেংদন লৈরিব থরানমীচাকশিংগী zodiacal constelation শিংগ নুমিৎ, থা অমসুং মীৎন উবিব অতৈ planet শিংগ করম্ব ফিভমদ লৈনরিবগে হায়বহু য়াম্ন থৌরাংন record তৌশিন্নে। মতুংদ অসিগুম্ব থরানমীচাকশিংগী ফিভমশিংসি করিগুম্ব অতিয়াদ উব থোক্লবদি হায়গী থৌদোকশিংহু অমুক হন্ন থোক্লগনি হায়ন মথোয়ন মীয়ামদ লাইকাও পীথোকই। খুদম ওইন- চুমথাং খনব, গ্রহন লাকপ নত্রগ অতিয়াদ কোমেত থোকপ মতমদ লানকমদ লৈবাক্কী নিংথৌ অমন করিগুম্ব মায়থীব থোক্লবদি হায়রিব কোমেত নত্রগ চুমথাংনাচিংবহু মতুংদ অতিয়াদ উরকপদ মায়থীব নংবগী খুদম পীরক্লীবনি হায়ন মথোয়ন লৌনৈ। অসুম্ন লৈপাক্কী অরা-অনা থোক্লীতৈ মতমদ অতিয়াদ উব খুদম অহুবু অরাবগী খুদম্নি হায়ন লৌনখি অহুগ নুংঙাইব মতমদ উব অতিয়াগী খুদম অহুবুন নুংঙাইবগী খুদম ওইন খঙনখি। অসুম্ন নুমিৎ, থা অমদি Planet শিংসি অফ-ফত্তগী খুদম খঙনব পোৎশক ওইরকখি। কৈ নত্রগ কত্তে হায়বহুদি অহানব উবদ থোকপ থৌদোক্তুগী মতুং ইন্ন লেপ্লখি।

মমাংতৈদদি খুৎলৌ পাঞ্জি য়েংব অসি নিংথৌগী ওইব থবক্তদ য়েংনরম্মী। মতমহুদদি মীয়ামগী য়াইফব হায়বসি মথোয়গী নিংথৌগী অরাব নত্রগ নুংঙাইবগী মখা পোন্ন লৈরম্মী।

মেসাপোতামিয়া, বেবিলোন, চালডিয়া, চিনা অমসুং ভারতনচিংব লৈবাকশিংদ খৃঃ মমাং চহী ৩০০০ লোমগী মমাঙদগী astrologyগী (খুৎলৌ পাঞ্জি য়েংবগী) থবক অসি চাওখৎপ হৌরে। Astrology অসি বেবিলোনদগী এসিয়া, গ্রীস অমসুং ইজিপ্তত অহুগ রোমদগী নোংচুপ লৈবাকশিংদ অমদি ইণ্ডিয়াদগী সিলোন্নচিংব য়ুমথংনব লৈবাকশিংদ মথং মথং শন্দোক্লকখি। Astrology গী খ্বাইদগী লিরব লাইরিক "Tetrabiblious" হায়বসি ইজিপ্তকী Claudeus ptalomeus ন ইরম্বনি। ভারতকী ওইন সংস্কৃত লোন্দ ইব "হোয়া সাস্ত্রা" কৌব লাইরিকসিগীদি অইবগী মিং অমদি ইরম্বগী মতম খঙব ঙম্মদ্রে।

খৃষ্টান মতমগী মমাঙদদি পাঞ্জি অমসুং রাশি কলনচিংব য়েংবগী থবকসি পুরোহীতশিংন মনীং মথা তৌরম্মী খুৎলৌ পাঞ্জি য়েংবগী থবক অসিন অতৈ শিনকম পুম্নমক্কগী মকোক থোংন লৈরম্মী। অহুবু থরনি তুংদ চিনা, ইসলামিক অমসুং নোংচুপলোমগী খৃষ্টানিতি চৎপ লৈবাক-শিংদ astrology অসি ধর্ম্মদগী তোথাইন থাইদোকনরকখি। মসিগী মরু ওইব মরমদি কোনফুসিয়স, প্রোফেৎ মহম্মদ অমসুং যিশু খৃষ্টন তম্বী-বদগীনি। হীন্দু ধর্ম্মদগী astrology থাইদোক্কব গৌতম বুদ্ধন হোৎনখিব অদু ভারত্তদি মায় পাকপ ঙম্লখিদে। ব্রহ্মা থাজব ময়াম থিনগাইবদগী ভারত্ত বুদ্ধ ধর্ম্ম কুইন মরা তাব ঙমখিদে। সিলোন্দ বুদ্ধিজমন মরু ওইব ধর্ম্ম অম ওইবরুক্কাওবদসু হীন্দুগী শাফুদগী astrology অসি বুদ্ধিষ্টশিংগী মরক্ত হিংতুন লৈরি। সিলোনগী university অমদ astrology গী কম অম থোওইন থাক্কুন লৈ, মসিগীদমক্তদি সিলোন অসি পৃথিবীগী মনুংদ পুমতোপ তোপ্প লৈবাক অমনি হায়বফাও য়াই।

ভারত্ত astrologyগ ধর্ম্মগ মরী শুকতৎ তৎনদন চহী ৫০০০ রোমসি লৈরক্লি, মসিগী মরুওইব মরমদি হীন্দু ধর্ম্মগী ওইব থৌরম পুম্নমক পাঞ্জিগী পাওতাক্ত খুম্ফম ওই অহুগ মখোয়ন কৈ হায়ব নুমিত্তুদত পাঙথোকই।

কেমিষ্ট্রিগী লংলা লংজিন পুথোকপদি আলকেমিনি অহুগ মেডিকেল সাইন্সকিন witchcraft নি হায়ন ময়াম হায়নরিব অসিগুম হৌজিক্কী astronomy অসিগী লংলা লংজিন পুথোকপীবদি astrology অসিননি হায়ন থাজব মীওইসু থোরক্লী। খৃঃ মমাঙ চহী ৩০০০ রোমগী মমাং-দগী হৌন astrologer শিংন পাঞ্জি য়েংবদ হৈ-শিংব তাম্নবসি অহুমক হৌরক্লে, মতমহুদ অতিয়াগী ফিভম য়েংবসি তেলিস্কোপকী মতেং য়াওদে, ইচম চম্ন মীৎ খক্তন য়েংবনি থায়নগী astrologist astronomer শিংন থরাম্মীচাকশিংগী chart শেম্নম্বগী historical evidence শিং লৈ। হায়রিব চার্ট অসিদ গ্রহশিংগী থোদোকশিং (planetary incidence) অসি চহী ১৮ থা ১১ অমদি নুমিৎ ১৩ নিদ অমুক অমুক হঞ্জিন্ন থোকই হায়ন ইরম্মী বেবিলোনিয়ানশিংন হায়রিব থোঙচং মতম অসিবু SAROS cycle কৌই। SAROS cycle অসিদ খুম্ফম ওইরগ astrologist-astronomer শিংন পাঞ্জি য়েংনরম্মী।

Saros cycle মতুংদ comet অসি য়াওদবন astrologer শিংন comet করম্ব মতমদ থোক্লকনি হায়বসি খঙব ঙমদে অদুবু comet থোক্লকপ উরগদি করি করিনো হেক্ত হায়জিল্লি। ঙসি কাওবদসু astrologer শিংন comet থোক্লক্লবদি অচৌব অমাং অতা থোক্লগনি হায়বগী খুদম পীরিবনি থাজনরি। অদুবু নাকল অমরোমদ astronomer শিংন comet কী time cycle কয়া ময়েক শেংন পুথোকপ্রে।

কেমিষ্ট্রি অমদি medicine গী মরমদ ভমজুবদগী সাইন্টিষ্টশিংন alchemy অমসুং মন্ত্র যাদু লংথোক্লখিব অদুগুম্ব astronomy ভমলুব সাইন্টিষ্টশিংন astrology অসি মরু মথোং শেংদব science নি হায়বসি খঙলকই অমদি মসিবু লংথোক্লরকখি। ১৬ শুব চহীচা মমাংদ লৈরম্ব অয়াম্ব astronomer শিংসি astrology থাজনরম্মী। মতম অদু কাওবদ মালেম অসি ইউনিভর্স পুম্নমক্কী ময়োলনি হায়ব টোলেমিগী রাখল্লোন অদু চেৎন থাজনরম্মী। কোপার্নিকাসন ১৬ শুব চহী চাদ অহানব ওইন Solar System গী heliocentric nature পুথোকখি মতুন astrolgy দ মৌখ্বাং তেকপমখৈ চৈথেং পীখি। ১৭ শুব চহী চাদ নিউতনগী gravitational theory য়ানরকপদগীদি astronomerশিং-গী মরক্ত astrology গী থাজবসি শিথরকখি। অদুবু হৌদোংগী মপুন্সি ৯ লক লৈ হায়নবদু অপং থাজব মীশিংদদি ৯৯লক ওইদুন লৈরক্লী।

হৌজিক মতমগী astrologer শিংন ক্লেপ্লার, গেলিলিও অমদি নিউতনচিংব থায়নগী astronomer শিংসু লাই-তীন থাজরম্মী হায়ব রাকমসি তোয়ন পল্লদুন astrology বু য়োকখৎলি। অশেংবনি জোহানেস কেপ্লারন astronomy নৈনবদ মখা চত্থরম্বগী মহুত্ত astrology বু লেপ্তন হোৎনরল্লবদি মহাক শেল পাইদব মী অম ওইন শিরম্লোই। গেলিলিওন ডিউক কার্ডিনান্দগী পাঞ্জি য়েংব মতমদ কার্ডিনান্দগী মপুন্সি মায় শাংভি হায়ন কাওখি। অদুবু নীপাদু মহাক্ত হায়ব খরনিভংগী মতুংদ শিখি। নিউটনগী ওইনদি মাগী লাইরিক নত্রগ করিগুম্ব মতাং অমদ ওইরবসু মহাকন astrology দ হেনজিন্ন থরাই

য়াওশিনবগী খুদম অমত্ত থেংনদে। মতাংসিদ ঐন voltaire গী রাকম পুশিন্নিংঙি মরমদি astrologer অনী চওত্নুন মহাকপু চহী ৩২ হেক শুবদ শোয়দন শিরগনি হায়খিবনি। অহুবু মহাক চহী ৮৪ পুল্লিথি।

নুমিৎকী অকোয়বদ প্লানেটশিংন কোয়ন চৎলি হায়ব কেপ্লার অমদি নিউটনগী লো অসি পুথোরক্লব মতুংদগীদি কনাগুম্ব শকনাইরব astronomer অমত্তন astrology গী অপংব রাখলশিংহু শোঁগৎনরে। ক্লেম্বেরিয়ান গুম্ব অকাওব astronomer ন য়াম্ন থৌনা কন অস্নুম হায়খি মহুদি- "থরাম্নীচাক অমস্নুং প্লানেটশিংগ ঐথোয় মীওইবগী লাইবক মরী লৈনৈ হায়বসি ওবজারবেসন তৌবদ খুদম শুককং কংদে।"

এষ্ট্রোলোজরশিংন prediction তৌবদ শীজিন্নরিব ডাতাশিংসি অরানব ডাকুনি, সাইন্টফিক ওইদে। অরানব ডাতাদ য়ুমকম ওইরগ শাগৎপ রাকম অমদ সাইন্টিফিক ভেলু হাপচিনব হায়বসি মরম চাদে। Astrologer শিংন Calculation তৌরিবসিদি আ-থায়নগী মল্লব লৈশেমলোনগী মঙং (geocentric conception) অহুদনি। মথোয়গী মকমদদি নুমিৎ অমস্নুং থা অসি হৌজিকসু planet ওইরি। রাশিগী য়ুম্ফম ১২ হায়বসি তশেংন অতিয়াদ থরাম্নীচাক ওইন লৈত্তে হায়বসি মথোয়ন খঙত্রি। রাশিগী থরাম্নীচাক চবুল অসিদি অতিয়াগী তাঙ্গা মেনজা মতুং ইন্ন হেক্ত থমজিনবনি। থরাম্নীচাক মপৈশিং অমদি মরী লৈনব প্লানেটশিংগী ফিভম ময়াম অম ঐখোয়ন উরিবসি ইচম চম্ব মপানথোংগী শক্তমনি অশেংব ফিভমহু নত্তে মীৎতদ উজবগী রানি, মসি য়েংলিব মীহুন লৈরিব ফিভমহুগী মথা পোল্লি, রাকমসি space craft তোংহুন অতিয়াদ পাইব মতমদ কনাগুম্বনসু হেক্ত খঙগনি। করিগুম্ব astronaut নুপী অমন space craft ত চৎলিঙৈদ হায়বদি space ত অঙাং পোকপ থোক্লবদি এষ্ট্রোলোজর অমন অঙাংহুগী কুঠি করম্ন ইগনি, ঙমকম থোক্তে।

বৃষ নক্ষত্র মেষ রাশি হায়ন খঙনরিব থরানমীচাকশিং অসি তশেংন অতিয়াদ লৈব থরানমীচাক নত্তে। নেপচুন, ইউরানস অমদি প্লুটোনচিংব প্লানেটশিংসি astrologer শিংন পুথোকপ চার্টত য়াওদে।

Astrology গী লমজিং পুরেনশিংছুন হায়রিব প্লানেটশিংসি মশক খঙ-লমদে। অদুগ নাকল অমরোমদ রাখলন শাজিল্লগ রাহু অমসুং কেতু হায়ব প্লানেট অনীথক মখোয়গী চার্টত থমজিল্লি। য়েলহৌঙৈগী রাখল লোনদি অসিনি, মতুংদ- রাহু অমসুং কেতু হায়বসি সর্গগী ওইব লীন অনীথক্কী মখোয়ন অকরুব নুমিৎ থয়দ নুমিৎ অমসুং থাবু উম্নব হোৎনৈ মতুদ উমগ্রবদি নুমিৎ নত্রগ থাদ গ্রহন লাকপ হায়বছু থোকহল্লি। কাইনথংদ মসি অচুম্ব রাকম নত্তে হায়বসি মখোয় মশান খঙজরক্লম্মী। মতুংদন রাহু অমসুং কেতু হায়বসি মীন উব ঙমদব প্লানেটশিংনি হায়ন অমুক থৈদোকখি অদুবু astrologer মখোয় মশামকসু মীওইবনি অদুগ মীওইবন উব ফংদে হায়ব পোৎশকুগী মরমদদি অমুকসু অখঙব শাহুন ঙাংঙি। তশেংনমকতা গ্রহন লাকপ হায়বাস অতিয়াদ লৈব মমিনি পোৎশক ওইন লৈব নত্তে নুমিৎ অমসুং থাগী খোংচৎত ককশিন্নব মমিছু পৃথিবীদ লৈব মীশিংন উবনি। মতাং অসিদ নীংশিংব য়াবদি রাহু অমসুং কেতু অসি তশেংন লৈব পোৎশক অম নত্রবনিন মীওইবগী লাইবকপু মখোয়ন নোংদমবী হায়ন astrologer শিংন হায়রিবসি মশান লাল্লব রাকম ওইজরে।

নুমিৎ অসি থাদগী মাইল মিলিয়ন কয়া কয়া লাপ্ন লৈবন থাগী orbit কী রাংমদ লৈব astronaut অমগী মকমদ রাহু অমসুং কেতু হায়বছু থিব ফংলোই মরমদি মহাকন লৈরিব মকম অদুদ থাগ নুমিৎক intersect (ককনিঙাই) তৌনিঙাইগী মকম লৈতে থুদম ওইন শ্রীলঙ্কাগী গলে রোডত চেনব বস অমগী মথক্ত জমবু জেৎ অমন নোংথক লাম্ন পাইব মতমদ অতিয়াদ করি করম্ব মমি তাব ঙমগদগে ?

Astronomer শিংন light-time relativity দ চপ চান চুম্ব ঙমদবগুম হায়বদি হোংদোক হোংজিন তৌবগুম পাঞ্জি য়েংবদসু সেকেণ্ড থুদিংগী অহোংব থয় লৈগনি হায়ন astrologer শিংনসু য়েৎলি।

থাইনগী লৈরম্ব এষ্ট্রোলোজিগী অইবশিংন নুমিৎ অসি থম্মান্মীচাক্কী প্লানেট নত্তে হায়বসি কাওব খঙলমদে হেভেনলী বোডিশিংদগী থক্তোরকপ

ইনর্জিন অতিয়া কাওতুন লাকপদ মতম চংডি হায়বসিস্থ খঙলমদে। থা অসি প্লানেট নত্তে হায়বসিস্থ মখোয়ন খঙলমদে।

এষ্ট্রোলোজিগী calculation তৌরিব Zodiacal constellation ১২ অসিদ থরানমীচাক অম কাওব লৈতে, রাকমসিস্থ মখোয় খঙদে, অত্থুবু লৈস্থ লৈতব থরান্মীচাকশিং অসিদগী থক্তোরকপ ইনর্জিন পৃথিবী য়ৌরকপদ চহী মরিমথাই চঙই হায়তুন মখোয়ন অঙ্ক হোৎলি। Zodiacal Sign ওইন লৌরিব থরান্মীচাকশিং অত্থুদি পৃথিবীদগী লাইট ইয়ার বিলিয়ন কয়ারোম থাপ্প লৈরিবনি হায়বসিস্থ মখোয়ন খঙদে। Zodiac কী থরানমীচাক অমন করিগুম্ব কায়তুন মাঙখিব থোক্লবস্থু ঐখোয়নদি চহী চা কয়া নত্রগ চহী মিলিয়ন কয়া মত্থু কায়ব্রে হায়ব খঙদন লৈগনি। মসি থরানমীচাকতুন পৃথিবীদগী লাপ্প লৈবত্থুগী মথা পোনগনি। হায়রিব রাকমশিংসিস্থু মখোয়দি খঙব ঙময়দে। অত্থুন অত্থুকী মতীক পঙলব মীওইশিংতন মরী মখোঙ শেংদব এষ্ট্রোলোজি হায়ব সাইন্স মখল অসিবু য়োকখৎলি।

মঙাল খোঙজেলগী (velocity of light) য়ুক্তমদ য়েংবদ ভেনস প্লানেট অসিগী অশেংব শক্তমগ উবগ মিনিট তরুক থেয়্রে। মসিগী রুল অসি ডিগ্রি কয়ামুক্ত মুম্বিৎ, থা, প্লানেট অমদি Zodiacal constellation শিংদ লৈরিব থরানমীচাক খুদিংমক্তস্থু শীজিন্ন্যে।

অত্থুন চোইঙাং ঙাঙলিব ময়ামসিন শেম্লীব এষ্ট্রোলোজিগী চার্টশিং অসি মিনিত্তগী হোরগ চহী মিলিয়ন কয়া কাওবদ লানত্থুনত লৈরব চৎনত্রব রাকমনি।

মী অমগী লাইবক অসি মহাক্ল পোকপ মতমত্থুদ লোয়নমক হেক্ক তাংজরগদ্র ? অঙাং অম পোকপ হায়বসিদি মেকানিকেল ওইব থৌওংনি, অঙাং অম মরু হুনবদগীন কয়াৎ শুন মপুং কাহল্লকপগী থবক অসি পাং-থোকপদ মুম্বিৎ ২৮০ চংডি। সর্জিকেল ওপরেসন তৌত্থুন থম্ব ঙনখৎ-হুনবরুদি য়াই। মী অমগী ময়াইবক অসি পোকপগী পুংজাত্থুদ তাংজৈ হায়ব রাকমসিন করিগুম্ব শোয়ত্রবদি মেডিকেলগী পাম্বে শীজিন্নত্থুন মতম

খজিত্তং খৈদোক খৈজিন তৌরগ খ্বাইদগী করব পুংকময়ুদ অঙাং অম পোকহনব য়াগনি। মসিবু য়ারবদি gynocologist শিংন থরাই য়াওন হীরমসিদ প্রাক্তিস তৌখৎনরক্কনি।

বেবিলোন অমদি গ্রীসত থায়নগী এষ্ট্রোলোজরশিংন খোয়জি মীহুন ভমখিবগী পুংকমদ কুঠি য়েংনৈ। পোকপ মুমিত্তগী হৌৎন মশিং থীগত্তুন মরু হুনখিব মতময়ু পুখোকই। হিন্দু পুয়াদ রাসী অম লৈ মহুদি- নোংম ত্রিশিন এষ্ট্রোলোজর অমন মুমিত্তুদ লৈরিব থবানমীচাকশিংগী কিত্তম অহু অকব মতীক মঙাল চাওব অঙাং অম পোকপগী শোখকত্রব মতমনি হায়হুন লমলানবী নুপী অমবু মহাক্ক থেমহুন হকতীম্নবদগী পুনথানম কৌব সাধুহু পোকখি।

এষ্ট্রোলোজি অসি সাইন্স নত্তে। রাকমসিদ য়েৎননিঙাই করিস্থু লৈত্তে। মরমদি এষ্ট্রোলোজিগী য়ুক্ষম ওইরিব মচাকশিংসি অরানব ঙাক্তনি। মুমিদাংগী মতমদ প্লানেট অমত্তন অতিয়াথক্ত লাকখিব লৈত্তে। পৃথিবীন প্লানেটলোমদ ওনশিল্লুবদগী ঐখোয়ন প্লানেটশিংবু উবনি। অত্তোপ্প রাকম অমন প্লানেটশিংসি কৈদৌনুংদ থংনন নক্রগ নকশিন্নন লৈত্তে। মীৎন য়েংবদ নকশিন্নন উজ্জরবস্থু মখোয়সি অমগ অমগ মাইল মিলিয়ন কয়ামরুম লাপ্পন লৈরিবনি, মুমিৎ অমদি থাগী লৈনরিব light, gravitation অমদি megnetism গী ওইব effect শিংদি পৃথিবীদ খজিক্তং কংঙি অহুবু প্লানেটশিংগী effect তি পৃথিবীদ মচেৎ অমত্ত তাদে। Astrologer শিংন হায়জরিব vibration অহুন পৃথিবীদ লৈরিব যন্ত্র-শিংগী য়েত্তুম মতোল অমকাওব লেঙহনব ঙম্লোই। য়াম্ন শম্ন হায়রবদ এষ্ট্রোলোজিন হায়ব রাকমশিংগী মনুংদ ইচম চম্ব চাওরাকপ থরদং মতা চানবদগী চুম্ব নত্তন অয়াম্ব শরুক্তি অরানব ঙাক্তনি।

মরম অসিননি পৃথিবীদ লৈরিব astrologer পুম্নমক্কী মায়োক্ত ঐন হেক শিন্নিকাওব ঐগী চেলেঞ্জসি থমজরিব, মখোয়ন হায়রিবশিংহু চাঙ-য়াকপনি হায়বসি মখোয় মশানস্থ অহুমক খঙজব জাৎনি. অহুননি এষ্ট্রোলোজর অমত্তন ঐগী চেলেঞ্জবু মায়োক য়াগে হায়ন চোংখোক্লক্ত্রিব!

অদুবু এষ্ট্রোলোজি অসি মং মং লাওন অচুমক হীংলিবসিদি করিগীনো ? মসিগী অহানব ময়মদি, হেক য়েংবদ মতৌ মানব চার্টশিং অমদি সাইন্টিফিক মাল্লহনব calculation থর মথোয়ন উৎলি। হায়-রিবসিন কা হেয় হৈথোক্ট শিংথোইজনব পংলি পংলিব মীওইশিংবুদি মমীৎ মনা থক্কৎহল্লি। অনীগুবদ, এষ্ট্রোলোজরশিংসি মীবু তানিংহন্নব করম্ম রা ঙাংগদগে অমদি করম্ব মীৎয়েং নায়েং শীজিন্নগদে হায়বগী ময়মদ নীংথিন তমলব, হৈ-শিংলব মীওই ঙাক্তনি। নহাক পুকচেল চাওই, জৌশিং চঙথোক্লি নত্রগ থা থরগী তুংদ নহাক লাইবক করক্লগনি শেল থুম পায়রক্লগনি হায়বদবু তানীংলোইদব কনা লৈগনি ? "নহাকী তৌ-গুম্ব পাঙ্গল য়াম্ম থোক্লকনি মতমদুদ নঙোন্দ খুদোং চাব য়াম্ম লাকনি।" মসি অমদসু অমদসু ইপক্ত পকনয়গদব রাকমনি। অস্নুম্ম এষ্ট্রোলোজর অমন prediction নত্রগ রাহম্বোক অদু মথোঙ শোয়ব হোৎনৈ। ওই-নিংব অম ওইজরবসু মহাক্ল চুম্মী হায়ন মরৈ য়েৎপ ঙম্নবগী পোম্ব অচুমক কাঙদুন থম্মী। এষ্ট্রোলোজরশিংন লাইকাও নত্রগ prediction পীব মতমদ শক্লোন য়াম্ব রাহৈ রাতা শীজিন্নগল্লি মসিগী ময়মদি থোদোক থোক্লব তুংদ লৈথোক লৈশিন তৌদুন খুম্ব য়ানবনি।

মশান তৌব থবক অম শোয়রগ অতোপ্প করিগুম্ব অমক তাইশিনব হায়বসি অয়াম্বন তৌনৈ। মী অম থবক্তগী তাম্বোক্লকপ নত্রগ মরুপ-মপাংশিংগ খৎন-চৈনরকপ মতমদ- মদু মহাক্তী লমচৎ চুমদব নত্রগ পংবদগী থোকপনি হায়বগী মহুত্ত লাইগী খুজিন থোরাংনননি হায়বিরবদি থবক তৎলিব মীহু মপুক্লিং থরমথৈদি কাথব ঙমগনি। মী অমগী খুদোং থীব মতমদ "নহাকী অরাবদু কৈন্সু খল্লুরনু য়াম্ম থ্নন কোক্লগনি" অস্নুম্ম হায়বিব অসিস্নু য়াম্ম থোনা পোকনীংঙাইনি।

এষ্ট্রোলোজি অসি সাইন্সসু নত্তে, মসিন মীগী লাইবক শেম্বস্নু ঙম্ব নত্তে অদুবু মালেমসিদ হেক্ত থাজগনব অপংব ময়ামসি লৈরিমথৈদি মসি পাক হেক মুৎখিরোইদৌরি। পাঞ্জিশিংন মী অমগী কুঠিনচিংব য়েংব মতমদ হায় শোয়খিবশিংগী রাকমদি তুমীন্ন নমশীনদুন থম্মী, হৌজিক হৌজিক ওইরিব কিভমবুন থাগৎলি ১দি তুংগীন আশা চাওন উৎশিল্লি।

সাইন্টিফিকী মীৎয়েংদ চাওরাক ৬% শুদ্ধদি astrological prediction শিং অসি চুম্মী। মতা চাম্নব হায়ব লো অদুনি। মসিদি এষ্ট্রোলোজর নক্ষত্রবস্থু কনাগুম্ব অমন হায়রবস্থু অদুমক চুমগনি।

ইউনিভরসিটিদ লৈরিবৈদ ঐস্থু চহী অনী এষ্ট্রোলোজি তমখি। ১৯২৭ ত ঐগী ইচানীপাসি পোকই। মহাকী জ্যোতিসকী লগ্ন আইরিসনি অদুন মহাকী মিংসি ঐন আইরিস থোনবিখি। ইশামক মহাকী কুঠি ইবিরম্মী। কুঠিদুগী মতুং ইন্ন অঙাংসিগী মচিন মনাও অমত্ত লৈতে। চুম্বদগীর নক্ষত্র মতা চারুবদগীর ঐখোয়গী অতোপ্প অঙাংস্থু পোকখিদে। মসিগী অচুম্ব রাকমসিমতং হেক কংবদ ইচম চম্ব থাজগনব মীওই অমনদি এষ্ট্রোলোজি অসি চুম্মী হায়দুন য়ুমথক কাদুন হেক্ত কোয়লাও লাওনিংগনি। অদুবু সাইন্টিষ্ট অম ওইন ঐদি মদু হায়খিদে, astrological prediction অমথক চুম্বসিদ ঐগী সাইন্টিফিক ওইব রাখলসিন পুম্নমক পুমচুম চুমলবনি হায়বসি য়ানিংদে, মরমদি হায়রিব কুঠি অদুদ ইখিব অতৈ রাকম ময়াম অদুদি অচুম্ব ওইখিদে। মীওইবন শোয়খিবশিংবু কাওথোক্লৈ অদুগ লাইবক ফব থৌদোক খরতবু নীংশিংদুন লৈ মসি মীওইবগী শাগোমজরক্লব অশোয়বনি।

Astrology অসি হোরকপ মতমদ পৃথিবীগী ফিভম অসি পুখমগুম ইপাক পাকই অদুগ অতিয়া অসিন চোঙাবোনগী মতোগুম্ন পৃথিবী মসিবু কুপশিল্লি হায়ন লৌনরম্মী। হায়রিব অতিয়া অদু লাইশিংগী ময়ুমনি হায়নস্থু খন্নরম্মী। অদুন অতিয়াগী মথক্ত লৈরিব প্লানেটশিংসি লাইন থোকহনবনি হায়ন খনব তারম্মী। মীওইবগী পুন্সিসি লাইয়াম্ন অরাং কম ওইবিরিবনি হায়ন খল্লুরবনিন প্লানেটশিংগী ফিভম অসি নৈনরগ লাইবকী ফিভমস্থু খঙব ঙমগনি হায়ন থাজব তাখি। হৌজিক্তি ঐখোয়ন পৃথিবী অসি মতুম তায়, অকোয়বসিদ এরোপ্লেন অমদি সেতেলাইট নচিংবগী লম্বী লৈ হায়বসি খঙল্লে। প্লানেটশিংগী খোঙচৎ অসি লাইন ওইহনব নত্তে natural law নি হায়ন কেপ্লার অমদি নিউটন্ন পুখোক্লম্ব রাকমসিস্থু ঐখোয়ন খঙলে। মসিদগীস্থু হেন্দোক্লদুন মীওইবন থাগী

লৈমাইদ কয়ারক হুম্ন খোঙদাগ্রে, মী য়াঙদব স্পেসক্রাপশিংন ভেনস অমদি মার্সত থিজিন হুমজিনবগী থবক কয় চথরি। থাগী মওং মতৌ কোতোনচিংব কয়া ঐখোয়গী ইকমদ লৈরে। সাইন্টিফিক্কী ওইব থিজিন হুমজিনব অসিন মমাংঙৈগী এষ্ট্রোলোজরশিংন লায় থাজনরম্ব কয়া মথং মথং শেংদোরক্লি।

লৈবাক কয়ামরুমগী অক্ষাওবনি হায়ব এষ্ট্রোলোজর কয়ামুক্ পীব এষ্ট্রোলোজিকেল প্রিডিকসন ময়াম অম ঐঙোন্দ লৈ। হায়রিব প্রিডিকসনশিংছু চাংয়েং তৌহুন য়েংবদ ইচম চম্ব চান্স থরথক্কং চুম্ব নম্তন অতৈদি লোয়ন লাল্লি।

১৯৬৬ কী ফেব্রুৱারিদ খা ভারতকী টি চি রোডত এষ্ট্রোলোজর অমগী সাইন বোর্ড থেংনরুই। Para-normal ওইব থৌদোকশিংবু থিগৎপদ থরাই য়াওব মীশক অম ওইন এষ্ট্রোলোজরছুগী মনাক্ত ঐহাক চঙলম্মী। মফমছুদ অহল ওইরপ তৌরব মকোই চোম্ব নুপা অম খোংগ্রাই চল্লহুন লৈপাক্ত ফম্লম্মী, মহাক্কী মথক থংব হকচাংগী শরুক্তু Holy ash তৈশিল্লি। মরাইবক্ত য়েক্লিব ত্রিশুল অহুন মহাকসি বৈক্ত-বিনি হায়ব তাকই। মহাক্কী মাঙদ ওলা মনা মপৈ অম লৈ অহুগ নাকন্দন তেনৱা অম পোন মনুংদ থম্মী। লৈমাইদন মশিং ইব কোইরপ কোইরপ্ল ককপ কার্দ বোর্ড মচেৎ চামরোম হেম্ন চাইথোক্তুন থম্মী। মহাক্কী ola মনাশিংছু চিদাই চিদাইদ মচেৎ মচেৎ তৎলে। নীপাহুগ ঐগ কুইন ৱারী শাই। চহী য়াম্নব ola মনাশিংছু মহাক্কী মপা মপু হাক্তক্তগী মথং মথং শমথরক্তুন মহাক্ল কংজহৌবনি হায়ন মহাক্ল তম্মী। লাই ওইরব মুনিশিংন হায়রিব ওলা মনাশিংছুদ মমাংঙৈদগী হৌন হৌজিক মালেমসিদ পোকলিব মীপুম খুদিংমক্কী কুঠি ইহুন থম্মীরম্নবনি হায়। ঐগী কুঠিস্থ মনাশিংছুগী মনুংদ শোয়দন য়াওরে হায়। মহুদ তুংগী মাঙগী অমদি হৌজিক্কী ওইব পুন্সিগী ৱাক্ম খুদিংমক শুগাইন ইহুন লৈরবনি, ইপোক নুমিৎ খঙলগ নত্রগ তেনৱাহুদ পৈশা কৎলগ কুঠিছু খন্দোকপ য়াগনি হায়ন মহাক্ল তাকপীরে। কৎনিংব পৈশা থর কৎলগ ঐগী কুঠিছু হেক্ত পুখোকপ য়াগনি হায়ন হায়বহুদ ঐন য়াম্ন

লীক্ল লুপা অমতং কৎলুরে মতুদ মহাক থরদি পেনখিদে অদুবু য়াবদি য়াখি। মহাক্ল card board ময়কুদ তেনরা অহু থাজীল্লে। উচেক অহুন নম্বর ৩৭ ইব card board অম মচীম চাকুন পুথৎলক্লে। কার্ড বোর্দতু মহাক্ল লৌশীল্লে অহুগ তৌবিমল উৎপ ওইন উচেক্ক্‌দ চেং মরু থর পীজখি। অহুগ পোন মনুংদ মহাক্কী তেনরাহু হাপচিনখ্রে। তুংদ card তুগী নম্বর মতুং ইন্ন ঐগী কুঠী ইব ওলা মনাহু মহাক্ল ময়াম মরক্ক্‌দগী পুথোরক্লে। ঐন মনাহু খুৎন পায়হুন য়েংঙি। ইরিবহু তামিল ময়েক্কি অহুবু পাব ঙমদব লোল ওইন তৌই। এষ্ট্রোলোজরহুন মহু পাহুন শন্দোকন হায়রকদবগী হোৎনরম্মী অহুবু ঐন হায়হল্লে। মনা অহু হায়গী থমকমদ অমুক হন্ন থমজিনহনগ্রে।

ঐন লুপা চৎপী অম থাদরে, অহুগ মহাক্কী তেনরাহু থাদোকউ, অহুগ কার্ড বোর্ড অমুক্ক হন্ন খুলহল্ল্‌ হায়রম্মী। এষ্ট্রোলোজরহুন মহু অমুক হন্ন তৌ হায়ব য়াদ্রে। অহুবু কন্ন ভকশিনব অমদি থেম নৌহুন তৌবদগী উচেক্ক্‌ অমুক থাদোক্লে। অনীরকগুবহুদদি নম্বর ১০৯ ইব card অম খুনগৎক্লক্লে। Ola মনাহুগী পাঙ্খিহু মতাংহুদ স্নুম লোইখ্রে।

ওলা মনাদ নত্রগ সপ্তা ঋষি ভাকিয়ামদ থায়নগী ঋষিশিংন পৃথিবীদ লৈরিব মী পুম্নমক্কী কুঠি ইহুন থম্নম্মী হায়ন হায়জিনব এষ্ট্রোলোজর পুম্নমক হকথেংনন উন্নবদি ঙম্ন্‌দে। অহুবু এষ্ট্রোলোজর অয়াম্ব শেরান তুরান ঙাংঙি হায়বসিমদি চুম্নবনি মরমদি মথোয়ন হায়রিবশিংসি physically ওইথোক্লরোইদব রা ঙাক্তনি।

## তরুকশুব

# শিরব মতুংদ থৱাই লৈব্র

থৱাই অসি হকচাংগী করিগুম্ব অকক্কব মকম অমদ পকশিনহুন লৈ হায়ন ঐদি খন্দে। থৱাই অসি হকচাংগী অহিংব সেল পুম্নমক্ক চঙহুন লৈ অমদি oxidatory chemical action ন মখোয়বু হিংহল্লি। হায়রিব chemical গী থবক অসি নুংশাখোর হোনব অমদি blood circulation ন পাংখোকহল্লি। মোম্বতিগী হায়ড্রোকার্বোন চাকপদ মৈশা অমদি মঙাল পুখোক্লীব অসিগ থৌওং অসিগ মান্নে। অচাকপ মোম্বতি অম মুথৎপদ মৈশা অমদি মঙাল চোংখোকখিব লৈতে অদুগ অমুক চুখৎপ মতমদ চোংশিল্লকপস্তু লৈতে।

মসি কেমিকেল এক্তিভিতি অমস্তুং ইনর্জি পুখোকপগী থবক অদু লেপখিবদগীনি। মতৌ অস্তুম্ন ঈ চেনব অমস্তুং নুংশাখোর হোনব লেপল্লহুন ঐন শিব মতমদ ঐগী হকচাংদগী করিগুম্ব অমত্তু (থৱাইগুম্ব পোৎশক অম) চোংখোকখিব লৈরোই। করিগুম্ব সাইন্সকী অনৌব লৌশিং নত্রগ মেচিন অম পুখোক্লকুন ঐগী অশিব হকচাং অসি অমুক হিংগৎহনব ঙম্নবদি চৎথ্রব থৱাই নত্রগ পুন্সি অমন অতোপ্প হকচাং অমদমুক চংখি হায়ন খন্নরিবসি অৱানব ওইগনি।

ঐগী পুন্সিন অরোইব য়াত্তিপ তানব হায়বসি ইখঙ খঙহৌদন অকক্কব মতম অমদ হেক্তমক ওইখোক্কদব নত্তে। চহী ৭০ মুক্কী মমাঙদগী ঐহাক শিব হৌরক্লবনি। উত্তাংবি অমগুম্ন ঐগী পুন্সি অসি ইমাদগী য়েন্নিং হুল্লকখি। উত্তাংবিগী ওইব পুন্সি অদু নাম্থোক্কনু ঐগী খোম্বরি অমদি নাওকম ককখিব নুমিৎতুদ ঐগী হকচাংগী শরুক নিপাল থোকপগী শরুক অমদি শিথ্রবনি। নুমিৎ অদুদগী হৌন ঐহাক হিংন হিংন শিরক্লিবনি। হকচাংগী সেলশিংন নুমিৎ খুদিংগী শিবগ লোয়নন অনৌব ময়াম অমস্তু পোক্লকখি। শম ককপ, কোই কোকপ, উন্সা শিনব, খুজিন ককপ, য়া তেকপনচিংব মতমদ হকচাংদগী সেল ময়াম ময়াম শিখি। ঈশিং চৎপ অমদি খোর হোন্দোকপদস্তু হকচাং মনুংদগী সেল মিলিয়ন কয়ামস্তু পাইখোকখি।

শোয়বদগী থাং তেম্ন শোকপ, হকচাং ওমদব থবক কম্ন ওুব, মুমিংকী অলত্রা ভাইওলেত রে অমদি ইনফ্রা রেড মওালন হকচাংদ মৈব, সাইন্স লেবোরেটোরিদ ঐন চাথৎকনব কেমিকেল ময়াম অম শীজিন্নখিব, করিগুম্বদ মোরোক শাব মরু মরাং চারুব অসিনচিংব খোদোক ময়াম অসিন চহী ৭০ গুরব ঐগী হকচাংগী অয়াম্ব শরুকশিং হাৎপদ চাওরব খোদাং লৌরি।

অমুকথক ঐগী হকচাংগী শরুক অম Surgical operation তৌহুন লৌখোকখি চহী নিফুগী মমাওদম্ন ঐগী হকচাংদগী পিকপ্রব সেল অম কাপথোকখি মহু অতোপ্প সেল অমগ তিনশিন্নখি অমদি ঐগী হকচাংগী য়াংমদ অরেপ্প লৈতন চাওথৎলকখি। মহাক হৌজিক তৌজিক পেরিসত মচা মগু পোক্তুন Dr. Aries kovoor ওইন হীংলি।

নহা ওইরিঙৈদদি সেলশিং অসি শিখিবদগী পোক্লকপন হেন্ন মশিং য়াম্নম্মী। মরম অসিন চহী নিফুগী তানকম কাওবদ ঐহাক পাউন্দ ১৮৫ লুম্নম্মী। হায়রিব অরুম্ব চাং অসি হকচাংগী সেলশিংন শিব অমস্তুং পোকপগী চাং মাম্নরিঙৈ মতমদদি লেওদন লৈরম্মী। মহুগী তুংদদি পোকপদগী শিবগী চাংন হেঞ্জিল্লকখি, অস্তুম অস্তুম হেঞ্জিল্লক্তুন হৌজিক্তি ঐগী অরুম্বসি গুপ্নগী পাউণ্ড ১২৫ থক্ত ডাইরে। চহী কয়ামরুমসিদ ঐগী হকচাংদগী শিথ্রিব সেলশিংসি পাউণ্ড লাখ কয়ামরুম ওইরমগনি। অস্তুম্ন সেলশিং অসি মহুৎ শিনবিনিঙাই লৈশিল্লক্তুব নুমিৎ অহু কাওবদ ঐগী হকচাংন লেপ্তুন শিখিগনি। হকচাংগী সেল পুম্নমক শিগ্রব মতুং কাওবদ ঐগী মীৎকী cornea অসি লাইবক ফব কনাগুম্বগী মীৎত অমুক হিংহুন লৈহৌবম্ন য়ারি।

ঐগী হৌজিক লৈরিব পাউণ্ড ১২৫ লুম্ব হকচাং অসি শিবগী খোদোক অসিন ঐগী পুন্সিগী লেপ্তুন পোকপ অমস্তুং শিবগী খ্বাইদগী চাওরব খোদোক ওইগদৌরি মরমদি ঐগী রাখলগী তুংনক্ষম ওইরিব brain অসি থবক লেপ্লগনি, লোয়নন মসিন ঐগী চহী অমস্তুং হকচাংগী অয়োইবম্ন ওইরগনি।

ঐগী অয়োইব মুংশাখোর অহু হৌজিক হোল্লিব অসিগ করিগুম্বদম্মু খেন্নরোই। হৌজিক খোর হোন্দোকপ মতমদ কার্বোনডাই ওক্সাইড অমম্মুং ঈশিং মনিল কামথোকই হয়েং কোম্নমু মসি অম্মুমক তৌগনি। ঐবু শিবদগী কনবিনব অমদি লাইয়েবাক নত্রগ নোরোক্ত চিংথবিনব, নত্রগ মপোক অমদ পোকলুনবগীদমক থরাই মিয়েন অম লৈ হায়বসি ঐদি থাজব ঙমদে।

করিগুম্ব থরাই অম লৈরম্বম্মু ওইরসনু অহুবু থরাইহুগী অয়াম্ব শরুক্তি চহী কয়াগী মমাঙদ ঐঙোন্দগী চৎত্রব অশিব সেলশিংহুগ লোয়নগ্রে, অমুকম্মু পাউণ্ড ১২৫গী সেলশিংসি শিরব তুংদম্মু মীৎ নহা লৌখিব নীপাহুগী মক্মদদি মচোই মচোই তাহৌরিব ঐগী হকচাংগী থরাই মচেৎতুমুক হিংহৌগদৌরি। মসিবু ওইথোকপ য়ারিব্র ?

কয়াৎ শুরব জিব মখল অমগুম ঐগী হকচাংদ খোর হোম্নবগী অমদি ঈ চেলহম্নবগী শিংলি নাওরি অমদি মরি মরাং কয়ামরুম য়াওরি, চাব তুম্নবগী ওইব system কয়ামরুম অমম্মু লৈরি মরম অসিন ঐহাক individual অমনি। তৌইগুম্বম্মুং ইমাগী নাওক্মদ পুন্সি ময়োল চোংলকপ মতম হায়বদি হকচাং কয়াৎশিংসি মথৌ পাংথোকপ হৌত্রিবঙৈদ থাক হম্বরব শা-ঙা অমদি উপাল রাপালগ মান্নন ঐগীম্মু dividual stage অম লৈরম্মী। ঐন ইমাগী নাওক্মদ লৈরিবঙৈদ fertilized egg অহু শরুক অনী অহুম থোক্ল খাইদোক্লম্নবদি ঐগী অমত্ত ঙাইজরব থরাইহুদগী মচেৎ মচেৎ য়েন্নমিম্নহুন শক মান্নব ইচিন ইনাও অম নত্রগ অনী ঐগ ফাইবোক পোকমীন্নরম্ব তাবনি।

রাক্মসি অচুম্ব ওইহুনম্মু মপোক অম লৈ হায়হুন থরাইগী মরমদ লুপশিনগ্রব অমদি শেরাম্নন চৎত্রব মখোয়নদি য়ারোই মরমদি মসিগী রাক্মসি ধর্ম্মগী লমাইদ থেংনরোই।

ধর্ম্ম খুদিংমক্ল শিরব মতুংদ থরাই অম লৈ হায়বসি য়ানৈ অহুবু ঐদি মসিদ থাজব য়াব থোদোক নত্রগ খুদম অমত্ত থেংনদে।

জুনগী তাং তরেৎত wesley college ত ঐহাক রা ঙাংখি। লোইশিল্লকপ তাপ্পাদ ওঝা অমন হম্ন পোকপগী মরমদ ঐগী রাখল্লোন

করিনো হংলকখি। মেগী তাং ২২ দগী এন খোরাং তৌরগ চুরুপ উপু মমুংদ হাপ্পুন পুরকপ মকোক য়াওব্রব Mantis অদু মডোন্দ য়েংহল্লি। তুমিৎ ১৬ নি মতুংসিদ মকোক ককথ্রব তীনদু অমুমক হৌংলি। করিগুম্ব হম্ম পোকপ অসিন তশেংন ওইখোক্লবদি ককথ্রব মকোক অদুদি তুমিৎ ১৬ নি মমাঙদ মুংশাখোম্ন হোনব ঙমদবদগী শিথ্রবনি, অদুন মকম কদয়াইদনো মহাক শোয়দন পোক্লমগনি, অসোমদন মহাক্কী হকচাংদি খোয় হোল্লি অমদি হিংহোরি। খয়নিগী তুংদ মহাকমু চয়া হেনদুন শিয়বদি মহাক্কী থয়াইদুন কদয়াইদনো অমুক পোকলুগদোরিবনি। Organism ( হকচাং ) অমথক্ক মকম অনীদ তোঙান তোঙন শায়োন তৌগদৌরি, খম্ন্দুন য়েংবিয়ু।

মিঃ সেনা কৌব অমন হায়, "ময়াগী পুন্সি হায়বসিগ লোয়াইত্রব ( essence or eternal life ) পুন্সি হায়বসিগ অনীসি য়াম্ন খেন্নে। লোয়াইত্রব পুন্সি হায়বসিদি মকম অমদি মতমগী হোংদোক হোংজিন লৈত্রব লেঙত্রব কিভমদ লৈরব পুন্সিহবুনি।"

"অমুক হম্ম হোংদোক হোংজিন লৈত্রব" পুন্সি অদুবু eternal life কৌই। য়াকমসি ঐদি ভাব তাব ঙমদে। ওইদব য়াথী য়ারেম্মি হায়ন খল্লি ময়মদি পুন্সি হায়বসি সেল অমদ নত্রগ organism অমগী সেল পুম্নমক্ত চঙদুন লৈবসু ওইরসদু মসিদ করিসু খেন্নদে। তশেংনমক্তি উপাল য়াপাল অমদি তিন্থেক্কী পুন্সিগ মীগী পুন্সিগ করিসু খেন্নদে। খেন্নরিবদি য়াখল লৌশিংগী থাক্তনি পুন্সিদদি নত্তে। Nervous system খেন্নবগী মতুং ইম্ন পুক্রিং লৌশিংগী চাংসু খেন্নে। অহিংব আলুদ mind য়াওদে, তিন্থেক্কী অনেম্ব পুকনিং ( rudimentary mind ) লৈ অদুগ মীওইবন অয়াংব থাক্কী পুকনিং (highly developed mind) লৈ। ইউনিভর্সর্স অসিদ মীওইবন খাইদগী হৈখোয় শিংখোইরব organism অমনি হায়ন থাজনিঙাই মকমসু লৈতে।

মকোক য়াওব্রব তীনদু চুম্ন হিংবখক্ত নত্তে মহাক্কী মশাদ ganglia য়াওবন মাঙোন্দ rudimentary mind লৈ। অমত্তং খম্নগী মহুত্ত মকোক য়াওদব লাব অমগ অমোম অমগ পুন্ন থম্নবদি মখোয়নী

হকতিন্নহুন মরুম কোঙনি অমদি মরুমছু কোনহুন মকোক পানব হায়-বদি কয়াৎ শুব Mantis মচাশিং পুথোরকনি। অনেম্ব মখলগী ওইরবসু মথোয়দ পুকনিংগী পান্দল লৈ অহুন হকতিন্নবগী য়াথল মথোয়গী মশাদ লাক্লীবনি।

Mr. Weeratne ন হায় "হকতিন্নবদগী চাদা-নাওদারকপ থায়নতৌগী পুক্লি মওং অসিন অমুক হন্ন পোকপগী মমি লাকশিনব য়ারোই।" মহাক্কী য়াকমসিদ সাইন্টিফিক ইভিদেন্স করিবু য়াওরিবগে? মহাক্ক অমুকসু হায়রি "হন্ন পোকপ হায়বসি রাখলগী অরাংব ফিভমন থবক ওইন পাঙথোক্লব মতমহুদত ওইরিবনি।"

মসিগী নীপা অসিন coelenterate কুম্ব জীবসি মশক খঙলম-দবসু য়াই। হায়রিব organism অসিগী nervous system লৈ অহুন য়ামত্রবদ rudimentary mind থর য়াওই। Coelenterate হায়ব জীবসি মচেৎ মচেৎ থোকন ককথৎলবসু ককথৎলব মচেৎ মচেৎ-শিংহুন কয়াৎ-শুন অমুক হিঙ্গৎলকপ ঙম্মী। হায়রিব অমুক হিঙ্গৎলক্লব coelenterate শিংহুগী মশাদ মথং মপোক লাঙোল্ল্নব থরাইদি (re-born being দি) মচেৎ মচেৎখক্তমক ওইন য়াওরম্নগদ্র? ঐথোয় মীওইবদমুক য়েংলসি, পা-পীগী মচল শুরব অঙাং মরু (fertilized egg-cell) অহু করিগুম্ব শরুক মরী থোকন কায়থ্রবদি শকমান্নব অঙাং মরী ওইন পোকনি। হায়রিব অঙাং মরী অহুগী zigote ত মথং লা-ঙোল্লনব থরাইহুগী শরুক মরী থোকপগী অমমমতমক য়াওরমগদ্র? নাতৈ শুকচা চাদব য়ানি। Mr. Liyanage কৌব নীপা অমন পীথোরকপ হেন্দোক থোয়দোকপ অঙাংশিং অমদি পা-পীগী ঈগী থেন্নব মতুংইন্ন হন্ন পোকপ হায়বসি ওইথোকই হায়বগী খুদম পীনব হোৎনৈ। কর্ম অমদি rebirth কী কাংখুলদ cogenital variation খিবদগীদি genetics অমদি heredity গী য়ুমফমদ খিবন হেন্ন কৈ। শা-ঙাদ অথম্নব অফব মখলগী চরা (selective breeding) কাপশিনহুন অফব মচা পোকহনবগী থবক অসি মীওইবন চাংয়েংবদ মায় পাক্লে। অফব মরুম কোকপ হায় লাইন য়েম্বী অমদি শঙ্গোম য়ায় থোকপী cape

cow শুম্ব মথলগী অকব যম্বী পুথোরক্লীবসি genetic অমসুং heridity গী সাইন্সপু মীওইবন কুপ্ন নৈনহুন অকব মরু থন্দোকপ ঙমবদগীনি। হায়রিব শাসিং অসিন অতৈ শাসিংদগী হেন্ন পোথোক পুথোক্লীবসি মথোয়গী genes অমসুং DNA (Deoxyribonucleic Acid) মোলেক্যুলশিং অহু অকব মথল ওইবদগীনি। মথোয়ন তৌজরকপ কর্ম্মগী মহৈন ওইহল্লকপা নত্তে।,

ইকুই কুইদন মীওইবসু হায়রিব লৌশিংসি শীজিন্নহুন অকব মচা মশু পোকনব হোৎনব হৌনরক্লগনি। ধর্ম্মগী রাকম পুন্নমক নাথৈরম্লগ কনাগুম্বন মশা মশাগী মচা মশু পোকচব ফাওবদ সরকারন থুৎ থিংজিনবগী নিয়ম অম শেম্নক্কত্র হায়ন ঐদি খল্লি। রাকমসি থুম্নাইদ শোথন নৈচৌরবশিংন সুহোং খোংদোং তৌহুন সেকচুয়েলগী ওইব মথৌ তাবশিংহু পাংথোকহল্লোই হায়জব নত্তে। ফিভম মওং তাজ্রবদি অঙাং পোকপদ সরকারন অথীংব থম্লকপ য়াই হায়জবনি।

মীওইবন মচা মশু পোকপগী থবক অসি নৈবাক্তী য়াম্ন মরু ওইব রাকম অম ওইরকপগ লোয়নন হৈ-শিংব geneticist শিং অমদি কজন উশিনব ঙম্নব কাংবুন কনট্রোল তৌবগী মথৌ লাকপসু য়াই নত্রগ য়ুম্বা-ল্লব মীশিংন "Ministry of Procreation" দগী অঙাং পোকপ য়াবগী অয়াব চে অম পায়গদবনি হায়বগী চৎন পথাপ শেম্নকপসু য়ারি। ব্লড বেঙ্কশিং থম্বগুম নৈবাক শীন থুংন ফম্বী বেঙ্কশিংদ অকব ফম্বী য়োক্তুন থম্নগ অথম্নব নুপীশিংদ মহু শীজিন্নহুন মতৌক চাব অঙাং পুথো-কনব থৌরাং তৌরকপসু য়াই, করিগুম্ব অসিগুম্ব থৌওং অসি চথরক্লবদি মতম অহুদ মীওইবগী মতৌক মঙাল অসি হৌজিক ওইরিব ফিভম অসিদগী য়াম্ন হেন্ন ফগৎলকখিগনি। ঙসিদি অসিগুম্ব পাম্বৈশিংসি চান্নত থরথক তৌনব নন্তুন ইতৌ তৌনদ্রি।

শ্রীলঙ্কাগী অয়াম্ব মীশিংন অমুক হন্ন পোকপ হায়ব রাকমসিদ থাজরিবসিনদি ঐখোয়গী সরকারন কৌথোক চাথোক হেনগৎহন্নব অমদি য়ুমশাশিংগী ফিভম ফগৎহন্নবগীদমক co-genital factor শিংদ

অকব মরু খল্লু হায়বগী মতুত্ত মমাঙদ তৌখিব কর্শ্মদ য়েংলগ চরা লৌ-গদবনি হায়ন এগ্রিকলচর অমদি ভেতিরিনরি রিছার্স ইন্সটিটিউটশিংদ পাওতাক পীগদৌরিব্র ?

শিরব মতুংদ অমুক হন্ন পোকই হায়বগী মরমদ থিজিনব প্রোফ: আইএন ষ্টেভেনসন, প্রোফ: H.N. Bannerji অমদি Mr. V.F. Gunaratne নচিংব মীওইশিংন মমাঙগী মপোক্ত ওইখিব হকচাংগী শকওং শাদা হায়বদি মায়থোং, কুচু কুমেন অমদি হকচাংদ শোক থোৎখিবগী দাগকয়চিংব পুন্নমক মথংগী মপোক্ত পোক্লিব হকচাং অহুদ উব ফংই হায়ন ফোংদোক্লীবসি অরানবনি। মসিদগ্নু নত্তন হায়গী মপোক্ত থোকখিব থৌদোক মথংগী মপোক্ত নিংশিংব ওম্মী হায়বনচিংব ওইথোকলোইদব কয়াম্নু হাপচিল্লি। করিগুম্ব মসিন চুম্ব তাবরদি হন্দকী মপোক্ত মীৎ কথোকপ্রব কাংবুহুদি মথংগী মপোক্ত মমীৎ য়াওদন পোক্লক্লগনি। মীৎতাংব ওইন পোকপ কিবদগী কনানম্নু অতোপ্প মীদ মীৎ দান তৌনররোই।

করিগুম্বদ হৌজিক্কী পুন্সিদ লৈরিব মেথামেতিক্সকী লৌশিংহু মথংগী মপোক কাওব তুংহুন লৈ হায়ব তাবরদি শ্রীলঙ্কা ইউনিভর্সিটিদ মমাঙগী মপোক্ত মেথামেতিক্সকী চৌক্রি কোনখিব লোলা অহুন মেথামেতিক্সকী চৌক্রিদ অমুক হল্লক্কদৌব অঙকপ নুমিত্তু ঐথোয়ন য়েংব তারি।

হন্দক্কী মপোক্ত মমাঙ মপোক্কী রারী নিংশিংব ওম্মী হায়রিবসি শেমজিন শাজিনব অঙাংশিংগী মতম লেম্নবগী রারীনি। থৌদোকশিংহু থিগৎলুব মী থুদিংমক থোইদৌ শাওগৎলগত তোক্কনি, সাইন্টিফিকেল্লি য়েংবদম্নু হায়জিনবন হেল্লমগনি নত্রগ মী থর মান্নরগ মনুংদ শরৌ শান্নব ওইরমগনি।

সাইকিক ফেনমেনাগী লমদ শক্লাইরব থুৎমাব sprague de camp ন মহাক্কী লাইরিক "Spirits, Stars and Spells" দ অস্নুন্ন ফোংদোকই মতুদি হিপনোতিক রিগ্রেসনগী পাম্বে শীজিন্নহুন অমুক হন্ন

পোকপগী অশেংব খুদম ফংই হায়দুন Bridey Murphy অমদি Simandini ন হায়খিব রাকমশিংবু মীয়াম্ম হৱিন হৱিন পল্লিবসি অচৌব নমথাক অমনি।

বাইওলোজিগী নোলেজ মপুং কান য়াওদব মিঃ লিয়ানেজন অমুক-থক হায়খি "petter seller ন শিব অমদি অমুক হিংগৎলকপগী মরমদ মিঃ কোভুরন হায়রিব রাকমসি য়াম্ম অঙাং মানব মতৌনি, মরমদি কৱিগুম্ব ওক্সিজেন সপ্লাই লেপ্পদগী brain অম মথৌ লেপথ্রবদি electronics কি পাদৈম্ব ফন শীজিন্নরবস্ু মী অমবু অমুক হন্ন হিংগৎ-হনবদি ঙকঙম ঙম্মোই।"

অহিংব ব্রেন হায়বসি পুন্সিন হিংগৎলকত্রিবঁও নত্রগ ওইরকত্রিবঁও মমাঙদগী লৈরম্লব পোৎশক অমনি হায়ন মসিগী নীপা অসিন অপংব রাখল্লোন অম থাগোম্বরি। অদুবু বেক্তরিয়ম, য়েরুম, আলু অমদি নাওকমদ লৈরিব অঙাং মরুম নত্রগ য়োক্ক্লন থম্লীব টিস্যু হায়রিব পোৎ-শকশিংসিদ ব্রেনগী মথৌসি করি ওইরমগনি? হায়রিব পোৎশকশিং অসিদ ব্রেন য়াওদে অদুবু পুন্সি (life) দি লৈ। ক্রাইওজেনিক্স হায়ব অনৌব তেক্নিকসি শীজিন্নদুন মী অম শিকাত্রিবঁও নত্রগ শিবগ খুদক্ত অঙৈংব কা অমদ deep freez ত হাপতুন থমহোৱবদি চহী চা নত্রগ চা থরগী মতুংদ অমুক হিংগৎলকপ য়াই হায়ন থাজনরি। কৱিগুম্ব মসি ওইথোরক্লবদি মহাক্কী চৎথ্রব থৱাই (life) অদু অতোপ্প 'reborn organism' ( অমুক হন্ন পোকথ্রব হকচাং ) অমদগী অমুক হৱিল্লক্ক্লন মহাক্কী হাম্নগী অমনব হকচাংদুদ চঙলক্কদৌরিব্র? Frozen body শিংগী ব্রেনশিং অদু সেনচুরি কয়া অদুমক হিংদুন লৈরমগন্ত্র? শাথিন পঙবগী রানি!

অমুক হন্ন পোকই হায়ব রাকমসি থাজরিবশিংন অওইবদৌন মরৈ য়েৎলি মদুদি-শিগদৌরব মীদুন অয়োইব ভানফমদ থনখিব রাখলদু মথংগী মপোক মরী লৈনৈ। য়েৎলিবসিগী মরম পীব ওইন পোৎশক অমস্যুং ইনর্জিবু য়োকখৎতুন থম্লীব মহৌশাগী লীচৎ (Natural law) অসিবু মখোয়ন খুদম ওইন পল্লি।

শিখিব মী অমন থল্লগ্ন রাখল অহুন মহাকপু অমুক হিংগৎহনব ওম্মী হায়বসি মী অমন শিক্রিঙৈ ভাইহাক মমাঙদ চাবী থারগ্ন ঘড়িহুদ মহাক্কী পুম্পিহু হিংহুন লৈ হায়বগুম্বনি নত্রগ মহাক্ক অশি কমুংদ ভাংলগ্ন রাশিংহু রেকোর্দ তৌশিলহৌব তেপতুদ হিংলী হায়বগুম্বনি নত্রগ মী অমন চাখিব য়েব্বা অহু মীহুগী হকচাং মনুংদ হিংহুন লৈ হায়বগুম্বনি।

করিগুম্ব পুকনিংশিং অসিন হন্ন হন্ন পোকপ ওম্ব (extra-cerebral existance) গী পাঙ্গল লৈরবদি ঐখোয়গী মাঙেমসিদ পুন্সি লৈরক্রি-ঙৈদ পুকনিংশিংসি কদায়দ লৈরগ্ন জাৎনো? খন্নবব মী (thinker) য়াওদন রাখল মতোমত লৈব য়াগঞ্জ? নিংশিংনব মী লৈতন memory কদায়দগী থোক্লকনি? Concious ওইব মী লৈতন conciousness হায়বহুন করি? থাও য়াওদন মৈ চাক্তবগুম হকচাং অমদি nervous tissue শিং অসি য়াওদন পুকনিং অমসুং পুন্সি লৈব হায়বসি ওইথোক-তবনি, শিব হায়বসি পুন্সিগী অরোইবনি।

থরাই হায়বসিদি পুন্সি অমসুং পুকনিংগী অপুনবনি। হকচাং য়াওদন পুন্সি অমসুং পুকনিং হায়ব অনীসি কৈদৌনুংদ লৈব য়ারোই। মরম অসিন "লোয়াইদব পুনসি" নত্রগ শিব নাইদব থরাইগী মরমদ লাও খোংলিব পুন্নমকসি কান্নদব রাথী রারেমনি!

## তরেৎশুব

# মীগী পুক্নিং খঙব শগোল

Mr. J. B. Rhine, মহাক অসি বাইওলোজিষ্টনি, মহাকন চিংনিঙাই ওইব সবজেকশিং হায়বদি তেলিপাথি (অতোপ্পন খল্লীব ৱাখলছু খঙব ) clairvoyance ( মীন খঙব ঙমদবশিং খঙব ) pre-cognition ( তুংদ থোক্লকদব হান্ন উব ) অমদি psychokinesis ( ৱাখলগী মতেংন পোৎশক লেঙহনব ) হায়রিব হীরমশিংসিদ রিছার্স তৌবগীদমক পৃথিবীদ শক্লাইব অম ওইরকখি। মহাক্ক মহাক্কী নুপী Dr. Louise E. Rhine অমদি Dr. Helge Lundholm গ লোয়-নন পৃথিবীগী শক্লাইরব সাইকোলোজিষ্ট প্রোফেসার william Mc. Dougall গী মখাদ North Carolina দ লৈব Duke university দ থবক অসি পাঙথোকই।

Dr. J. B. Rhine গী "New Frontiers of Mind" The Reach of Mind" "Extra Sensory preception" অমদি "Journal of para-psychology" অসিনচিংব লাইরিকশিংদ Tele-pathy, Clairvoyance, Pre-Cognition নচিংবগী psychic power লৈ হায়ন ইরিবশিংছু psychic কী মরমদ থাজব কাংবুন লোথংতুন হেক হেক খুদম ওইন পম্লে।

অমরোমদন, শক্লাইরব রিছার্স সাইন্টিষ্টশিং হায়বদি Dr. Eugene Adams, Dr. George R. Price, Professor Kennedy, Pro-fessor Jhon Scarne, Dr. Jhon E. Coover অমদি অতৈ কয়া-মরুম অমন হায়খ্রিব ৱাকমসিদ শাথিন য়াদব কোংদোক্লুন Dr. Rhine গী experiment শিংবু ক্রিতিসাইজ তৌবগ লোয়নন চেলেঞ্জসু তৌখ্রবনি।

Colgate university গী Dr. Adam ন অস্থুম হায়খি "Dr. Rhine ন Duke university দ তৌবগুম ঐস্থু মীওই লিশিং কুম্ভ াগী card guessing তৌব লোইরে। ঐগী চাংরেং অহু clairvoyance

অমদি তেলিপাথি অনীমক পুল্লগ্ন তৌবনি। Dr. Rhine ন শীজিন্নব card অহুগুম্ব ঐস্ন শীজিন্নৈ অমদি মাগী তেকনিক পুম্নমক হুম্বিন হুম্বিন শীজিন্নখি অহুবু result শিংহুদি অচুম্ব ওইদে।

১৯৫৫ গী আগষ্ট তাং ২৫ গী "Science" চেকোং অমদ Minnesota university গী Dr. G. R. Price ন Dr. Rhine গী psychic experiment শিংহুদ য়ায়্ন কম্ন য়েৎলকখি।

California Stand ford university গী সাইকোলোজিগী প্রোফেসার Dr. Jhone E. Coover ন লাওথোকখি মহুদি মীওই লিশিং তরা চাংয়েং তৌবদ কংলিব result শিংসি চান্সতগী শুকহেন হেন্দে অহুন তেলিপাথি তৌব য়াই হায়বসি অয়ানব য়াকমনি।

মীন খঙব ঙম্নদবশিং খঙব (extra sensory perception) হায়ব য়াকমসিগী মতাংদ ইবদ প্রোফেসার John Scarne ন হায় "....সাইকিক ফেনোমেনা লৈ হায়ব থুদম পীনবগীদমক Rhine ন submit তৌরকপ evidence খুদিংমক নমথাক ময়াম অম য়াওই... .... মসি য়ানয়ব য়াকমনি মহুদি শক্লাইরব সাইকিক শুরুশিংসিন মকম অমদ নত্রগ অমদ ওইরবস্নু সাইকিক পরারনি হায়জিল্লগ মনুংদন খুৎলোৎপী লাল্লোং অম হেক্ত শান্নবনি। Rhine গী extra sensory perception অমদি psycho kinesis শিংসি অয়ানব ঙাক্তনি ........ মসিবু থাজয়বদি ঐথোয় ইশানা ইশাবু অপাংব অঙাং ওইহনজবনি। করিগুম্ব Rhine ন Extra Sensory Perception গী subject শিং অসিবু তশেংন ঙম্নবদি মহাকন মতম খজিক্তংদ অরু অরুব থবক ময়াম অম ঙমকম থোকই।"

## চাংয়েং পাঙথোকপ :—

Dr. Rhine ন clairvoyance অমদি তেলিপাথি তৌব য়াই হায়ন হায়রিবহু experiment অমদি test তৌহুন য়েংবদ প্রমান কংব ঙমদে হায়ন Stand Ford university গী প্রোঃ কেনেডিন কোংদোকখ্রে। মহাকন অস্নুম্ন লাওথোকখি "সাইন্টিফিকী মীৎয়েংদ চুম্রে হায়ন লৌব পোৎশক অহুদি মহু হুম্বিন হুম্বিন laboratory দ চাংয়েং

তৌরবগু হায় কংখিব result অদু মথংদগু চপ মান্নন অহুমক কংগদবনি। ঐখোয়না পাওথোকখিব চাংয়েং অদু হাত্র চামরোম চঙহুন হোৎনখিবনি মদুদ কংব result দু Dr. Rhine না হায়রিবশিংদুগ অমত্ত চুংশিন্নদে।"

চহী ৫০ সাইকিক রিছার্স তৌরক্লব প্রোফেসার Willam MC. Dougall না হেন্ন ওকখ্রে, Rhine অমদি Lundholm দ মহাকন অনৌব সাইকিক ফেনোমনাগী experiment অমত্ত কংহন্দে মদুগী মতুত্ত থায়নগী মখোয়না পাখিব অমদি তাখিব মথোং মরম খওদব চহী ১০০ গী রাশীদুত হন্সিন হন্সিব নৈনদুন লৈহল্লি।

ভাজিনিয়াগী রিকোমোন্দ হায়ব লমদুদ মিসেস সিঃ ডিঃ ফোন্দা কৌবী নুপী অমন সাইকিক পরায় লৈবী "লেডি রান্দর" কৌব শগোল অম লোইরম্মী। মদুগীদমক মহাক মমিং চৎখৎলকখি। "এব-নোর্মেল এন্দ সোসিয়েল সাইকোলোজি" কৌব চেকোংগী ভোলুম ২৩ (১৯২৯) লমাই ৪৪৯-৪৬৬ ত "মীগী পুকনিং খওব ওয় শগোল অমগী মরমদ খিজিন্নবদ" হায়না মিংথোনব রায়েং অম ফোংলকখি। মদু JB. Rhine অমদি Dr. Louise E Rhine না Duke university দগী ইরকপনি। আর্তিকলদুগী মতেক খর মখাদ লৌখৎচরি।

"মতাংসিদ experiment গীদমক লৌখৎলিব subject সি লেডি রান্দর কৌবী চহী অহুম শুরবী শগোল হাতম অমগী মরমদনি। শগোল অসিবু য়োক্লিবীন Mrs. C.D. Fonda নি। হায়রিব শগোল অসি ভুংদ থোক্লকদব থোদোকশিংগী রা হায়ব ওম্মী, অক হৈ, করিগুম্ব অম হংবদ মদুগী পাওখুম চুম্ন পী। শগোলসিগী মরমদ ঐথোয় খিজি-নরুরে। শগোলদুদ রাহং হংবগী মওংসি অস্নুম পাংথোকই, মদুদি-হংনিংলিব রাহংদু চে অমদ ইরগ Mrs. Fonda দ উৎপনি। মিসেস ফোন্দাগী রাখলকপী শগোলদুন অমুক খওখি অদুগ রাহংদুগী পাওখুম পীরকই। মসি ওয়াখলগী মরমদি ভোপ ভোপ্প হৈশিংব অমদি মীগী পুক্লিং খওব ওয়গী capacity শগোলদুদ লৈবননি।

ঐখোয়গী experiment অদু মুমিৎ ৬ নি চঙখি। চাংয়েং অদু মিসেস ফোন্দাগী য়ুমদ পাংখোকখি। মহাক্কী ফুট মাপল পাকপ, ওয়া-নিখোই শাংব ডেমোনষ্ট্রেসনগী কা (শগোল শঙ) অম লৈ।

"Experiment অদুদ প্রোফ: মেগ ডৌগল নিনি চনব মুমিত্ত য়াওরম্মী। ডিষ্ট্রিক স্কুলগী এসিসটেন্ট সুপরিতেন্দেন্ট Mrs. John F. Thomas ন অহানব মুমিত্ত য়াওরম্মী। অতোপ্প য়াওখিব মীওইশিংদি সিডিঃ ফোন্দা, ডাঃ জেঃবি Rhine ১দি Dr. Louisa E. Rhine নি।

অসুম Dr. Rhine ন মহাক্কী ছাত্রশিং অমদি মথক খোংব Duke university গী প্রোফঃ MC. Dougall গ লোয়নন লেডি রান্দরদ তেজিপাখি চাংয়েং তৌরুরে, লোয়নন তৌরুরিব হীরমদুদ চহী অম চুপ্প খয় নৈনরব তুংদ অসুম্ন ইরকখি, "খঙঙমদব প্রোসেস অমন পুক্লিংগী অনীংব রাখলবু অতোপ্প অমদ কাওহল্লিব অসি তেজিপাখিগী মতাংদত থেংনগনি। রাকমসিদ য়ানিংলোইদবগী মরম পীকমসু লৈতে অমদি মসিগী মরমদ রাখলন পংখন খঞ্জিল্লুরবসু উতাইদি ইচা চায়দে।"

মহাক্কী রাকমসি অচম্ব লোলদ হায়ব তাররবদি অসুম্ন ওইগনি মদুদি "Duke University গী সাইকোলোজি ডিপার্টমেন্টকী সাই-ন্টিষ্টশিংন Mrs. Fonda গী শগোল অদু মী অমগী রাখল খঙব (mind reading তৌব) ঙম্মী হায়ন রারেপ লৌরে।"

লেডি রান্দর পৃথিবীদ লাম্বা কৈত্রব শগোল ওইরক্লম্মী লোয়নন মহাক্কী মপু Mrs. Fonda বু অঙকপীদ শেল তানশিনহনখি। Lady Wonder গী অঙকপ রারীসি পাও চে অমদি মেগাজিন কয়াদ লেপ্তুন ইনরকখি, LIFE মেগাজিনদসু হাপ্পকখি। ১৯৫৬ জুলাই থাগী 'চেলেঞ্জ' চেফোংদ লেডি রান্দরন অশিব নীপা মচা অমগী লৈকম পুলিসত তাক-পীখি হায়ন অমুকসু ইরকখি মদুন অমুক হেন্ন মহাক্কী মীংচৎ হেনগৎ-হনখি, Dr. Rhine ন লেডি রান্দরগী মরমদ ইব মতমদুকাওবদ লেডি রান্দরগ রা তান্নব লাকপ মীওইসি লাখ অমগ লিশিং ৫০ য়োম শুপ্রে।

নিউ জর্সিদ লৈব প্রোফঃ জোন স্থার্নেন লেডি রান্দরগী পাওসি তারম্মী, মহাক মদুগী মরমদ ইনভেষ্টিগেৎ তৌগে খনখি। মহাক্কী মরুপ

ডোনাল্ড গ্রে-গ লোয়নন Mrs. Fonda গী কার্মহুদ নুংথিল অম মহাক চৎলম্মী। মী য়াম্ম লৈরম্বদগী কন কুইন ঙাইরব তুংদ মহাক শগোল লৈকমহুদ চংলে, মকমহুদ Mrs. Fonda অমদি চহী ৩ গী শগোল মচা Lady Wonder লৈরম্মী।

লেডি রন্দরন টেবল অমগী মমাংদ লেপ্লী টেবলহুগী মথক্ত ময়েক অমমমত্তং ইব উগী য়োক ময়াম অম চাইথোক্তুন লৈ। Mrs. Fonda ন তিল্লিব মীয়ামহুদ জ্ঞান তানব অস্থম্ম হায়রকথি মহুদি—Lady Wonder হায়রিবী শগোলসি মী অমগী পুকনিং খঙব ঙম্মী, অহুন মীহুন হংলিব য়াকংহুগী পাওখুমহু মহাক্ত ময়েকশিংদ খিন থিন্দুন পীরক্লনি, মহাক্ত অমুকন্থু হায়থি মহুদি শগোলগী মনাতোম্ম অমুক্ত ময়েক অমতমক শোক্লনি, মহাক্ত শোকপ্রিয ময়েকশিংহু শমজিম্মরগ পাওখুমহু ওইরক্লনি।

স্কানে´ য়া মচেৎ অমত্ত ঙাংদে। ইউনিকোর্ম্ম শেৎপ পুলিস ওফিসার অমন শগোলদ য়া হংলিবহু য়াম্ম থরাই য়াওন য়েংলি। Bank কি শেল হুয়ানথিব মী অম ফানবগীদমক ওফিসার অহু Lady Wonder গী নাক্ত Chicago দগী লাকপনি। মহাকন শগোলদ হংঙি "Lady, ঐহাক করিগী লাক্লিবনো হায়বসি অদোম খঙবিত্র ?"

Lady Wonder ন য়োকশিংহুদ মনাতোম্ম মথং মথং নম্মী, শাজিল্লগ বনান তৌহুন য়েংবদ খোক্লক্লে "YES"। মখোঞ্জেল নীক্লপ তৌন মহাক্ত অমুক হংলকই, "Lady Wonder, ঐন মহুগীদমক করম্ম হোৎনগনি ?' Lady Wonder ন য়োক্ত নম নমহুন অমুক হায়রকই "WORK" মথংদ পুলিস ওফিসারহু য়াম্ম নোল্লুকপগী মওংদ হায়রকই "Lady, য়াহং ময়াম অম হংবগীদমক ঐবু ঙাকপীয়ু, হুয়ানবশিংহু হৌজিক কদায়দ লৈরিবগে চানবীহুন অমুক্ত তাকপীয়ু।" Lady Wonder ন ময়েক্ত মনাতোম্ম শোক শোক্তুন হায়রকই CHI, মহাক্নসি Chicago হায়রিবনি। য়াকৈসি মপুং ফাহনব ঙমত্রে মরমদি মপুং ফান হায়রব তায়বদি C ময়েকসি অনীরক হন্ন শীজিন্নব তাই। মহু তৌব তায়বদি Mrs. Fonda ন C ময়েক্তু হান্নগী লৈকমহুদ অমুক থম্ব তাব।

Performance তৌরিবগী শগোল মমাঙদ মী অমদ চঙব মাদে হায়বগী নীরম অমত্তু মহাকন পেম্মী।

পুলিস ওফিসারশিং শগোলশিংদ ওনশিল্লগ হায়রম্মী "Thank you lady, নহাকন ঐবু কজন তেংবাংবিরে।" অমুগ মহাক চৎখ্রে।

পুলিস ওফিসার চৎখ্রব তুংদ Mrs. Fonda ন Scarne দ ওনশিল্লগ মহাকন হংবিনিংলিবশু শগোলশিংদ হংবিয়ু হায়রম্মী। "করম্ব মওংদ হংগদৌরিবনো ?" Scarne ন Fonda দ হংই। Mrs. Fonda ন হায়রকই 'Lady, চানবিশুন হায়বিয়ু ঐহাক করম্ব লাকই ?' অম্মুম্ব তেক্ত হংবিয়ু। Scarne ন হায়রিব রাহংশুমক হংলে। Lady Wonder ন মকোক খজিক্কং নোম্মী, মতুংদ table মথক্ত লৈরিব block শিংশুদ মকোক্ত নোম্মখ্রে। সেকেণ্ড খর মিংজিং মাংজিং তৌরম্লগ lady গী মনাতোন্দুন C মমৈক্ত নম্মী। অমুগ মতক অমুক খাঙৎলি অমুক লুকখরগ A মমৈক্তমুক নম্মী। মথংদ R মমৈক্তমুক নম্মী। হৌজিক রাহংশু CAR ওইরে।

Lady Wonder গী mind reading demonstration শু উরব তুংদ Scarne ন Mrs. Fonda দ হায়, "মসিদি অঙকপনি, অদুবু ঐহাকন তৌজিক রাহং অম পুকনিংদ খল্লি মশু lady ন পাওখুম পীহন্নীংঙি। ঐন রাহংশু চীন্ন হায়দন মঙোন্দ করম্ব খঙহনগনি।"

Mrs. Fonda ঙাইহাক জ্ঞান মাঙবগুম তৌরুই অমুগ স্কার্নেদ চে অমগ পেন্সিল অমগ পীরগ হায়রকই "চে অসিদ অদোমগী রাহংশু ইবীয়ু, মশু লেডিদ উহল্লগনু।" স্কার্নেন চেদ রাহংশু ইরে অমুগ ইরিবশু Mrs. Fonda স্তু উহন্ত্রে।

Mrs. Fonda শু হায়কেৎ নিংব কায়ন উই অদুবু lady দ ওনশিল্লগ হায়শিন্নৈ, "প্রোফেসার স্কার্নেগী পাওখুমসি পীয়ুদন lady" শগোলশু মকোক হায় শুমদে। মশুগী মরমদি স্কার্নেন ওইরম্লে। মিনিট খর ঙাইরব তুংদ স্কার্নেন খঙলক্লে মশুদি- করিগুম্ব Mrs. Fonda ন রাহংশু উত্নবদি শগোলশুন ব্লোক্ত মকোক নোম্মদে। হৌজিক স্কার্নেন মহাক

খঙশিল্লদব শাহুন Mrs. Fonda দ রাহংছু উৎলগে (উহল্লগে) হায়ন খল্লে। স্কার্নেন মহাক্কী মরুপ গ্রেদ রা ঙাংব শাজিল্লহুন চেহুদ "ঐহাক কদায়দ লৈবগে ?" হায়ন ইরিবছু Mrs. Fonda ন উনব খঙশিল্লদব শাহুন পুখোল্লে। Mrs Fonda ন মহাক্কী রাহংছু উল্লে হায়ব খঙলব তুংদ স্কার্নেন মখোয়দ চেকশিল্ল শেল্লহুন লৈরে। হৌজিক Lady Wonder ন খ্ৎনমক নোম্বহুন মনাতোম্ন ব্লোকশিংদ শোকপ হৌরল্লে। অহুগ পাওখুম পুখোরল্লে 'NEW YORK'।

স্কার্নেন ঙকশিল্লহুন হায়রকই "That is wonderfull ! ঐবু New York ত লৈ হায়বসি করম্ন খঙলিবনো ?" (স্কার্নেগী লৈকমদি New Jersey দনি।) স্কানে'ন Mrs. Fonda গী fee ডোল্লার মঙাহু পীরল্লগ মহাক্কী মরুপ গ্রে-গ লোয়নন মকমহুদগী খোল্লল্লে।

স্কানে'ন হল্লকপদ গাড়ী খোন খোন খল্লি, Duke University গী প্রোফেসারশিংবু তেংবাংববুদি ঙমখিদে অহুবু ইলাই লাইন Mrs. Fonda গী horse play ( শগোলগী ত্রিক ) অহুন মখোয়বু অপংব শীবিল্লে। রাকমসি স্নুম খঞ্জিল্লুরবদি ঙক্লিংঙাইনি লোয়নন ইকাই-নিঙাইস্বনি। স্কানে'গী মতুং ইন্ন Mrs. Fonda অমদি মহাক্কী শগোল অহুন শিংজিবহু প্রোফেসারশিংহু নমথাক তোব ঙম্বগী থাক অহুখক্তনি।

Lady Wonder ন মতম খজিক খজিক কায়ন ব্লোক্ত মনাতোম্ন হেক হেক নম্নীবহু করম্ন ওইহল্লিবনো হায়বগী অরাইব মরমদ স্কানে'ন মথাগী অম্ন্নম ফোংদোকই :—

"Mrs. Fonda গী মখুৎ য়েত্ত অপীকপ শাজৈ অম পায়, মহু নোমহুন মহাকন শগোলহুদ ইজিৎ তৌই। Mrs. Fonda ন ইজিৎ তৌব খুদিংগী শগোলহুন ব্লোকশিংহুদ নোম্বে। করিগুম্ব শগোলগী মমিৎ অনীমক্ত তুংলোমদম্ন য়ায় ফজন উব ঙম্মী হায়বসি খঙজম্মন্তবদি মুপীহুগী চলাক্তুদ ঐস্নু ঙাওরমগনি অহুবু ঐদি মহু খঙরনিন মহাক্কী চলাক্তু কাবদ রান খোকখিল্লে।

Mrs. Fonda ন শগোলদ ঈদিং তৌব মতমদ শগোলগী তুং-লোমদ ফুত $2\frac{1}{2}$ হন্দোকন লেপ্পী অহুগ মহাকন লেপলীবহু শগোলগী মকোক্তগী ডিগ্রি ৬০° গী এঙ্গল ওইহল্লি। মহাক্ন অহানব ওইন শাক্তেহু নোম্বদ ব্লোক য়োৗগদব ইঞ্চি ২ মুক্তং বাৎন নোম্বনব signal তৌই। অনীশুব শাক্তে নোম্বদন ব্লোকশিংহুগী মথক্ত নোম্ব নোম্বন শগোলগী মনাতোনহু হন্দৎ হন্দা হাইনব খঙহল্লি। Lady ন মকোক সুম হায়-বদ অপাম্ব য়েক মপা হেক য়োৗবদ Fonda ন ওশুব signal তৌই। অহুমশুব ওইন শাক্তে নোম্বকপদ শগোলহুন block ত মনাতোম হেক্ত শোকই। থোওং পুন্নমকসি মতম চঙন তম্বীহুন কঙ্গন হৈরব শগোলনি। মখোয়গী চলাক হায়ববু মসিনি।"

হৌজিক্কি য়াকমসি হায়বদ করিস্ত চিংনম্নে মতুদি প্রোফেসার উইলিয়াম MC-Daugall বু চলাক হৈবী নুপী অমদি ট্রেইন তৌরবী শগোল অমন নমথাক তৌবিম্রে। ঐন হেন্ন ওক্লীবদি বাইওলোজিষ্ট অম ওইরিব Dr. J.B. Rhine বুনি মকোক্তী নাক য়েত্ত পাল্লিব শগোল মমীৎ অহু তুংলোমদ লৈব পোৎ পুন্নমক কঙ্গন উব ঙম্মী হায়বসি মহাক্ন নীংশিংলুপ্রিবহু করিগীনো?

প্রোফেসার স্কানের্ন ইনভেসটিগেসন তৌরুবগী রারীহু পাও-চেশিংদ ফোংলকপদগীদি lady wonder গী mind reading গী থবক্তু সুম থুপচিনম্রে।

নিপানগুব

## ওলুমাচুগী মৈ হৌব উমং

খাংজ নুমিৎ ( ১৯৩০ ) নুংথিল পুং ৩ তাবদ মানকুলাম রেষ্ট হাউসতা ঐখোয় থংলুই। খোঙচৎ অচুদ ঐগ লোয়নরিবশিংদি সামুয়েল জেকোব অমদি এস: এ: মেননি। ঐখোয় অহুমমক জকনা সেণ্ট্রেল কলেজদ ওঝা ওইমিন্নবনি।

নুমিদাংচু শা কাপ্প চৎনবগীদমক উমংচুগী কাচিন কোয়া পুম্নমক খঙব চিন্নাইচ কৌব লমদমচুগী শাদানব নীপা অম ঐখোয়ন নেক্লম্মী। মহাক শা খ্বাইদগী হেন্ন কাগদব মকমশিংচু মেপ অমদ থিন্দুন ঐখোয়দ উৎলি। খ্বাইদগী মরু ওইব শা কাগদব মকমশিংদি ওলুমাচু কোরেষ্টতগী মাইল অমমুক লাপ্প লৈব ঈফুৎ মচা অমগ, মানকুলামদগী মাইল অহুম লোম লাপ্প মুইটাতিভুগী লম্বীদ লৈব মকম অমগ, অনীসিনি হায়ন চিন্নাইচন তাকই।

কাদেরি— ঐখোয়গী খুদোং চাব মতুং ইন্ন ওলুমাচু মনাক্কী ঈফুৎ অচুদ ওইন চৎলসি হায়নরে, মচু তাবদ চিন্নাইচন খোঞ্জেল মতা অম ওইন হায়রকই "নত্তে! নত্তে! মকমচুদ চৎপ য়ারোই! মকমচুদ শা য়াম্ন মমাং কায়ন লৈ অচুবু কনামত্তন শা অমফাওব কাপ্প ঙমদে। কাদেরি হায়ব ভুত অমন মকমচু ঙাক শেন্দ্রুন লৈ, মহাক্কী লমথৈ হেক লানশিল্লবদ মকমচু পুম্নম মমখিগনি।" মহাকন অমুক মখা তারকই "চহী ৬ মুক্কী মমাঙদ পোইন্ট পিদ্রোদগী মীওই মরিথক হায়রিব ঈফুৎ অসিদ শা কাপ্প চৎল্লগ নোঙাল্লকপদ মখোয় পুম্নমক শিচুন লৈরম্মী। মখোয়ন পায়খিব নোংমৈশিংচু লৈবাক্ত তা তাচুন লৈরম্মী। অথঙব মী অম য়াওরম্লবদি মখোয় শিজরম্লোইদবনি। অথঙব মীশিংদি মকম অচুদ চঙনদে।"

"পালু কৌব অচৌব উপাল অনীথক্ত কাদেরি মতৈ মনাও লৈ, অচুগ থংনব উপালশিংদন মখোয়গী মচা মঙশিং লৈ। উশিংচু মৈ হৌই। লাইওক তিনওক্লদনব যন্ত্র শিয়গ কনাগুম্ব থৌনা কবশিংন মৈ

হৌব উশিংছু য়েংবদি চৎনৈ। অয়ুক নুংথিলগী মতমদ spirit ময়ামসি শা ওন্দুন উমংসিদ কোয়চৎ চৎলি। কনাগুম্বন খঙদহুনক কাপলুরবদি শাদি শিরোই কাপ্পীব নীপাহু ওইন শিগনি। লমথৈ লানশিল্লুব শাদানব কয়াস্থু শিগ্রবনি।” মহাকন অমুকস্থু মথা তারকখি “হায়রিব মক্ম অসিদি অয়ুক নত্রগ নুমিদাং হায়ব লৈতে, কাদেরিগী শারোই ঙারোই ময়ামছুন উথক্ত তোংছুন লৈবনিন অহৌংস্থু অয়ুক নুংথিলগুম্ম পুমঙান ঙাল্লি।”

**মতেক অম—** অকি তুজুংলব রারৌসি তাবদগীদি জেকোব অমদি মেন-ন ভূত লৈব মক্মহুদ চৎসি য়াদ্রে, মহুগী মহুক্ত ওদিচুদান্দ ওইন চৎলসি কন্ন হায়রে। মথল মথেল ফিভম কয়াদ ঐন কন্ন হায়জরব তুংদ কাদেরি তোংব মৈ হৌব উশিংছু অরাপ্পদগী চুম্নত স্থম য়েংলুবগীত ওইন চৎলুসি হায়ন উচিন নাচিম্ন য়ারকখি মহুস্থ নোংমৈ য়াওদন চঙবদনি।

চিম্নাইহন কাদেরৌগী ফক্তব শহুম ফংদনব হায়হুন য়াইঙং মনাও অমমম ঐখোয়গী খ্বাংদ পুনশিনবি। নুমিদাংগী পুং ৯ তাবদ নোংমৈ, টোর্চ থৌরি, হুরবিন, থাং অসিনচিংব খুৎলাই খরগ লোয়নন রেষ্ট হাউসতগী ঐখোয় খোঙশাল্লে। পুংখাইমুক থৌরবগী তুংদ উকু অমগী মনাক্ত কার খামলে। নোংমৈদি কার মনুংদ অহুমক থনম্লে। উমং চঙজ্রিবৈঙদ চিম্নাইহন ঐখোয়গী খ্বাংদগী য়াইঙংহু মথুৎন মাহুন অমুক চেক তৌই। হৌজিক মহাকন তোর্চহু মকোক্ত বেণ্ট লাকশিন্দূন ঐখোয়বু লমজিংব হৌরে। তিনকা কাকফৈন য়োম্লব, শাহিঙ ঙাহিং চাব শা অম্নদি সিকাদান লাক্ল লাক্ল খোংব নত্তন অতৈ খোঞ্জেল অমক্ত তাখিজ্রব শুক্লব উমংহুদ মাইল অময়োম চঙশীল্লব তুংদ অপীকপ লমহাং মচা অম থেংনরে। মক্মহুদগী ফুত ৩০০ লোমদমক লাপ্প ঐখোয়ন উরে মৈ হৌরব উপাল ময়াম অম!

মৈ হৌরব উপালশিং—তশেংনমকস্থুনি! চিম্নাইহন হায়খিবশিংহু লোয়ন চুম্লে। উপাল কুন্থ্রামুক ওইরমগনি, চাওরব উপালশিংহুগী শন্দোক্লিব মশাশিংহু অচাকপ মৈতালগুম্ন পুমঙাল ঙাল্লি। ঐন হুর্বিন

থাহুন য়েংবদ পুক্সিদ কাওরম্বোইজব শক্লোন কয়া উখি। পুয়মক্কুগী মহুৎদ পাম্বী অনীথক্তি য়ায় ওাল্লি পাম্বী অনীহু অতৈ উপালশিংহুগম্সু মায়দে।

"উপাল অনীসিদ কাদেরি মতৈ মনাওন ইহান হায় তোংখিবনি। ঙুম কুইশিল্লকুন হৌজিক্তি মচা মশু ময়ায় থংনব উপালশিংসিম্সু য়োম-শিনগ্রে। অয়ুক সুংখিলগী মতমদ কাওব কনামত্ত মখোয়গী মনাক নক চঙব য়াদে।" চিন্নাইহন হায়রকখি।

চপ চাবী করিনো খঙদোকনব মনাক য়ৌন চঙশিনসি ঐন হায়কই অহুবু মকমহুদগী খোঙকম অম কাওব হেক্তিল্লনব মখোয়ন ঐবু য়ায় কয় খিংখি। অতোপ্প মকম থয়দ নোঙাল্লামদাই পুং ৩ কাওব শা কাপ্পদ লমওক অমগ থেব অমগ কারকই। মানকুলাম রেষ্ট হাউসত ঐখোয় নোংঙানঙ্গিবৈদ য়ৌরক্লে। জেকোব অমদি মেন-ন শাহু তগৎ তগৎ তেক্লিবৈদ জকনাদ থংলুনব খুদক্ত অহুমক হল্লসি হায়রম্মী। অহুবু ঐন ব্রেক কাষ্ট লৌরগ চৎসি হায়বহুদ মখোয়স্সু য়ারে।

হন্ন য়েংলুব— মৈ হৌব উশিংহু অয়ুক্ত অমুক য়েংলুনব ওলুমাহুদ ঐখোয় মরি অমুক খোঙশাল্লক্লে। পুং ৭ ত মকমহু য়ৌরে অহুবু ঙরাং সুমিদাং উখিব মে হৌব উশিংহু ঐখোয়ন খল্লোকপ ঙমক্লে। চিন্নাইহন কয় খিংলবস্সু হন্দক্তি পালু উশিংহুগী মনাক য়ৌন ঐখোয় চঙলম্মী।

মকমহুদ উ অনী হৌরম্মী অমদি পুমকং কংলে, অমন তথ্যায় অম কংলে। খা-য়োম থংবদ হৌরিব উ অয়াম্ব নাপু মচু চংডি, অকংব উ অনীহুনমুক খর হেক্তিল্লি। ঐন অকংব উহুদগী উচেৎ অম থাঙন কক্লে, অহুগ য়েষ্ট হাউসত ঐখোয় হল্লকখি। জকনা য়ৌরগ মখোয়ন শা শেম্বরোমদ অহুগ ঐন উকু য়েংবয়োমদ থবক চিন্নরে।

চেঙ্‌গ্‌ম— সুমিৎ অহুগী সুমিদাংদ ঐগী study table দ উকু মচেৎ অহু থগ্নগ কাগী মৈ মুথৎপদ উকুহুদগী মৈঙাল থোরকই মহুন ঐখোয় ইমুংগী কুম্মৈ ওইগ্রে। মথংগী সুমিত্ত জকনা সেণ্ট্রল কলেজগী বোটানি লেবোরেটরিদ ঐন চাংয়েং তৌই। পালুগী উকুদ নাপু মচু চঙলিবহু বাইওলুমিনিয়স ভেরাইতিগী চেঙ্গ্‌ম্নি হায়বহু মাইক্রোসকোপ্প য়েংবদ উরে। Saprophytic fungus অসিগী mycelial ওইব

ময়াশিংন অকংব পালু উগী মকু অমদি উপালদ লুন থিংজিল্লি। অসিগুম্ব fungus ন য়োমশিনব উদগী মঙাল থোকপসি মিরাকুলাস নত্তে। চহী য়াম্নব উপালগী মপাল থংব কুয়োমদি অয়াম্বন কংশিল্লি অহুন হায়রিব fungi শিংসিন শাইদাংবদ য়াম্ন খুদোং চাই। অহুন অকংব উপালন মঙাল থোকপ হেল্লি। Fungi মখল খুদিংমক মঙাল থোক্তে। মঙাল থোকপ মখলশিংছুদি লেবোরেটরিদ শেম্ব ওইরবস্সু, জঙ্গলগী উদ নম্ম ওইরবস্সু, মুমিদাং য়ৌরবদি হেক্ত ঙাল্লকনি। মসি কাদেম্মি নত্রগ ভুত অমন ঙালহনব নত্তে।

মশান ঙাঞ্জব পাম্বীশিং— হায়ল্লিব fungi শিংসিগ মাম্নব, মুমিদাংদ মঙাল থোকপ পাম্বী অমদি শা মখল কয়ামরুম লৈ। মখোয় শিংসি বাইওলুমিনিয়স ওরগানিজম কৌই। মখোয়শিংসি অয়াম্বন সমুদ্রদ লৈ অহুন মীওই অয়াম্বন খঙনদে। লৈকংদ লৈবশিংগী মনুংদ মী পুম্নমকন খেংনরিব জীবসি তন্দননি। অতৈন অরুব গুরুং অমদি অশোংব উমং য়ামংদ লৈ। তন্দন হাম্নবসি অপাইব তীম্নি, তীস্ত্রোক নত্তে। লাবশিংতন পাইব ওম্মী। অমোমশিংন লৈমাইদ নত্রগ পাম্বী শিংদ নপ্তুন লৈ। মঙালগী মতেংন লাবগ অমোমগ অমগ অমগ নক-শিন্নে। মঙাল য়াওব অতৈ বেক্তরিয়া মখল কয়ামুক অমস্ু লৈরি। পুমথরক্রব শা-ঙাশিংদ হায়রিব বেক্তরিয়া অসি চঙবন মুমিদাংদ মঙাল থোকই। অসিগুম্ব তীলশিং অসি য়াম্ন লৈবন নিউজিলেন্দগী অমম্ব গুরুং থরদি মঙাল থোকই। তীল থরদি মকোক্ত ঙাল্লি মখোয়ন মুমি-দাংদ চৎপছু কারন মৈ থাল্লগ তপ্ন চৎপ মাল্লি। Nocticula কৌব organism শিংন ট্রোপিকেল সমুদ্রগী ঈশিংদ লৈবন ঈশিংছু লেঙব মতমদ মঙাল থোকই। করিগুম্ব সমুদ্রগী মকম থরদদি হায়রিব Noc-ticula অসিন ঈশিং ঈমায়দ পুল্লপ তাশিন্দুন লৈ মহুন মুমিদাংদ মৈবুল অমগুম উহল্লি। উমংদ লৈবশিংন উঙানশিংবু ভুত তোংলিবনি খনবগুম সমুদ্রদ চৎপ মীশিংন ঈশিংগী করিগুম্ব শরুক থর ঙানবছু ঈশিংগী ভুত তোংলে হায়ন খন্নে।

**মঙাল য়াওব পোৎ** — কোংরেং, থরোই, Centipede, Millipede, ভিস্থ্যাক, ঙা, চীং-থরোই অসিনচিংব organism শিংসি মখোয়দ শোক খোংপ তৌয়বদি মঙাল থোকই। হৌরম অসিদ কজন খঙহেৎলবা Raphael Duboi (1887) ন হায় মচুদি- জীবশিংগী মপাদ "Luciferin" কৌব মহৌ অম য়াওবদগী হায়রিব মঙাল অসি থোক-লিবনি। মখোয় মখোয়গী নরভস সিষ্টেম খেন্নব মতুং ইন্ন অথম্বব বেক্তেরিয়া অমদি fungi থরদি লেপ্তুন মঙাল পী অদুগ তন্দনগুম্ব সমুদ্রগী শা মখল থরদি অস্নুমক ঙান্দ্রুন লৈতে। হায়রিব মঙালশিংসি মৈশা য়াওদে অমদি মঙালগী চাং অসিস্থু মখোয়গী ফিভম অমদি মচুগী মখা পোয় খেন্নৈ। অম্বাম্ব মচুদি অশংব, চীগোক, নাপু অমদি অঙাংবনি। সমুদ্রগী য়াম লুব মফমদ লৈব ঙা থরদি মখোয়গী মঙালগী চাং খেন্নন ঙালহনব ঙম্মী।

**লাইগী থৌইনশিন নত্তে—** অসিগুম্ব ওর্গানিজমশিংন ঙাঙ্গরিবসি ভূত চঙবদগী নত্তে। ওলুমাত্তুগী পালু হায়রিব উপালত্তু মৈ চাকপ নত্তে। মঙাল অদু উকুদ নপত্তুন লৈব panus fungus ন ওইহনবনি। অহানবদ fungus সিন অশিব উদ নপ্প হোই, মফমত্তুদগী থংনব উশিংদ মথং মথং শন্দোরকপত্তুদ খুঙ্গংত্তুগী মীওইশিংন kaderi গী ইমুং মনুং চহী চহীগী অস্নুম য়ামথংলকই হায়ন লায় থাজনখিবনি। মমুৎ তান থঙদব থৌদোক অমদ লাইননি নত্রগ ভূতননি হেক্ত হায়জিনবসি মীওইবগী অশোয়বনি। অস্নুম থাজব মীওইশিংন হেনজিন হেনজিন্ন তমশিন্নত্তুন থৌদোকশিংসিগী রারৌসি পংশক্ত শন্দোকখি। উমংসিদ মী কয়া শিগ্রে হায়বত্তু অরানব রাকমনি। কাদেরিগী মরমদ থিজিল্লুবসিন উমংসিদ লৈজব শা-ঙাদদি লাইবক থীব তায়বত্তু ওইরগনি, মরমদি মখোয়গী লোৎকম ওইজরম্বত্তু মতুংসিদদি অমুক লৈররোই। "রাইল্ড লাইফ প্রোত্তেকসন সোসাইটি" ন ঐবু মখোয়গী য়েকনব অমগুম লোয়ম্নগত্র খঙদে.... ....।

# মাঙখিব নুপীমচা অম পুখোকখিব লাইট রিদর

নীংশিংব থোক্রুব মতমদগী হৌন শ্রীলঙ্কাদ মলায়ালিখক্তন মিত্রংগী থবক অসি মনীং মখা তম্ন শাম্নহুন লাক্লী। মরৌ চাওব মলায়ালিশিংন হায়রিব করবার মথলসিদ ইকোম কোম্ন শেল থুম ম্নাম্ন তানশিল্লম্মী। মীরৈবাক মচা চংথোক চংশিন্দ্র সরকারন অথীংবে থম্নকপদগীদি সিনহুন্নি মচা খরস্মু ভারত্ত হুনখিগদৌরব মলায়ালি মচাশিংদ ওঝা খম্ন হৌরকখি। শ্রীলঙ্কাগী অকাওব ব্লেক মেজিকসিয়ান পুন্নমক মলায়ালিন অয়াম্বনি নত্রগ মলায়ালি প্রোফ: অমগী ছাত্র ওইরমগনি মরমদি কেরেলাদগী লাকপ ব্লেক আর্টকী ওঝাশিংসি অয়াম্বন মমিং চৎকল্লি। শ্রীলঙ্কাদ লাকপ মখোয় অয়াম্বদি থোক-মোকসি তৌহুন মিংচৎ কংনব হেক্ত হোৎনৈ।

১৯৬৩ গী এপ্রিলগী তাং ২০ দ "নমহুন কাপ্পবী নুপীমচা অমগী লম্বী light reader অমন তাকখি।" অস্নুম্ন রাহোদোক ইব পাও অম সিলোন ডেলিদ ফোঙলকখি। অহানব পেরাহু অস্নুম্ন ইরকখি, "লাইট রিদর অমন কাপ্পবী নুপীমচা অমগী থোঙ্গ্‌ল লৌখি। নুপীমচাহু হাপতুন পুখিব গাড়ী নম্বরগ লোয়নন গাড়ীতুন চৎখিব মায়কৈস্নু মহাক্ত চপ চান তাকখি। গাড়ী নম্বর হায়খিবহু কোলোম্বোগী এক্তিং চিফ মেজিষ্ট্রেট মিঃ জে সেনা থিরাজাগী মমাঙদ পাঙথোকখিবনি। Hotel গী মেনেজর ঈঃ পিঃ এসঃ রমনগী চহী ১৫ শুরবী মচানুপীবু কুমারাতুঙ্গা অমদি অমারাতুঙ্গা কৌব মীওই অনীসিন কাপ্রে হায়বগী কেশ অহুদ রাকমসি থোরকখিবনি।"

পাও চেদ অস্নুম্ন হেক ফোংলকপদগী, লাইট রিদরগী মিরাকুলাস পরার অসিবু অদোম করিনি খনবিবগে হায়ন হংলকপ চিঠি মম্নাম অম ঐঙোন্দ থোমজিল্লক্লে।

**খিজিনব হৌব—** ১৯৬৩ গী এপ্রিল তাং ২৬ ত ঐহাক মাদাম-পিতিয়া হাম্বব লমহুদ চৎলে। মকমহুদ ঐহাক মীনৌ ওইবন অপীকপ

হোতেল অমগী মনাক্ত কার খাম্লগ মরী মখোঙ হংব হৌই। মতা য়াম্ন চাক্লয়ে মপুন্থ মলায়ালি ওইরম্রে মমিং রঘুবন কৌই। মকমন্থগী মচু তাব সিনহলি নুপী অম লৌরগ সিলোনগী সিতিজন ওইন লৈরবনি। রঘুবন্ন ঐগুম্ব মলায়ালি অম উবন্থদ য়াম্ন হরাওরম্মী। ঐন লাকপগী ময়ম তাবদ মহাক অমুক্ক হেন্ন হরাওরে ময়মদি রাকমন্থ মহাক শিং শিংনা খঙলম্রে। গাড়ী নম্বর চুম্ন হায়খিব পাপু কৌব মলায়ালি ব্লেক আর্টিষ্ট অন্থগী মনাক্ত রঘুবন্ন খুদক্কুদ ঐবু পুবিরে। রঘুবনগী হোতেলন্থ মী চীক্ল চাইনব ঙমদবমখৈ চঙই। Toddy tavarn অনীথকম্নু লৈ, অমন কাঞ্জিব নুপীমচা অন্থগী মপা রমন-ন মেনেজর ওই।

পাপু হায়রিব মিত্রং হৈব নীপাসি তশেংবদি সিনহলিনি অন্থবু হৌজিক মহাক্কী শিনকমন্থন মলায়ালিদ ওম্লোক্লে। মহাক মলায়ালম পাব অমদি ইব ঙমদে অন্থবু ঙাংবদি ঈশিং লিত্তে।

রমন মতৈ মনাওমক মলায়ালিনি, মচানুপী ঙাক্ত অন্থম পোকই, রঘুবনগী হোতেলদগী কিলোমিটর ২ মুক চৎলগ মখোয়গী য়ুম লৈ। চহী ১৫ শুরবী মচানুপী অহল অসি য়ুমলোম্নবদ লৈব কুমারাতুঙ্গা কৌব পাথং অমগ মরি লৈ[illegible] হায়বসি মমা মপা অনীমকম্নু খঙিঁ। নোংম মমা মপা অনীন লৈ[illegible]ইগী লুহোংব অম চৎথোক্লিঙৈদ ১৯৬৩ গী জনু-রারি তাং ২১ গী নু[illegible]ং পুং ৯ মুক তাবদ মচানুপীসি চেনখিবনি।

লাইট খিদর— মিনিট ১৫ মুক কার থোরব তুংদ সিলভর ষ্ট্রিট লেন, কোলোম্বো-, পাপুগী য়ুমদ থ্রংলে। কার অন্থমখকম্নু থামন্থন লৈরম্মী। প্রোফেসার পাপুগী সাইন বোর্ডতু ইংলিস, সিনহলি, তামিল অমদি মলায়ালমদ য়াম্ন ফজন ইন্থন থেৎলি। ঐখোয় রিসেপসন কাদ চঙই। মকমন্থদ চৌক্রি থরগ বেঞ্চ থরগ লৈ মন্থ মীন পুমথন থল্লি, কৌরকপ ঙাইনরিবনি। পাপুগী সিনহলি নুপী অন্থ মলায়ালিগী চৎনবী ফিজেৎ শেৎলি, মহাক্ল অরাকপ মীশিংদ করম্ন শেল কৎকদগে হায়বন-চিংব তাকপগ লোয়নন লাক্লিব মীশিংন্থগ হায়ফেৎ রারী শাদোকতুন মখোয়গী প্রোব্লেমশিংন্থ চাওরাক্ল খঙদোক্লব হোৎনৈ। মহাকন পাপুগী

মনাক্ত থাল্লিব থাওমৈ অহু শেম্ব ওইন য়াম্ন তোম্নন পাপুগী মনাক্ত চংঙি অমদি লোম্ন রাহৈ অম-নীম্ন হেক হেক হায়রম্বগুম তৌই।

রঘুবনগদি খওনবনিন ইবানি খোংউপ লৌখোক্লগ মনুংগী কা য়োন চুমড্রিং চঙলে। শুংশিং নুংশা শেংদব, য়ুবী মকু অমদি কপুঁর মৈ থাবগী মৈথুন পুন্সম মম্ব ক্ষুত তরামুক্কী মরাক মম্নুং ওইব কা অম লৈরম্মী। লৈমাইহুগী ময়াইদ চিথেক অহুম নাইব কপুঁর মৈ থাকম কোম অম লৈ। কোমহুগী অকোয়বদ মখল মখেলগী হৈ-লৈ অমদি ফৌ-চেং, থোয়দিং, কবোক্লচিংব চাইথোক্তুন লৈ মহুগী মথক্ত মকু থোক্লব য়ুবী অম চপ য়ুংন খিল্লি। কাহুগী লৈতেং ওইন থম্লীব থুনুপোন মানব উপু অহুগী মনীং ওইরপ্ল পাপুন খোংগ্রাই চনহুন চীঙ লেম্ন ফম্লী। শাংলব মশয়ে, মকোই মরাংনে, পাপুহু সন্যাসিদ সন্যাসি মাল্লে। মশা পুম্নমক শীন থুংন উৎ তৈশিল্লি। মশা লোঙব অমদি মথুৎ মরোং মরোং তৌব লাই কয়ামা ফক্লাংহুদ থেৎলি মহুদ কুন্দো পরেংস্ব শিজনবি। ফক্লাংগী মাইকৈ মরিদ লৈপাক অমদি পিথ্রাইন শাব লাই অমদি ভূতকী মুর্তি মরিথকস্ব লৈ। পুম্নমকতু য়েংলুরগ কাহু লাইগী মকোল মাল্লে।

ঐখোয়ন চঙখিব মতমদ পাপুহু নীপা অমগী য়েংলম্মী। নীপাহুন হংবশিংহু পাপুন উপুহুগী অপীকপ মখুল (থোঙ) হুদ য়েংলগ পাওখুম পী। রঘুবন ইবানি লৈমাইদ উপুহুগ নকনন ফম্মী। ঐন থরাই য়াওশিনবহু উবদ মীওই ১০ মুকস্ব ঐগী তুংদ চংশিল্লক্তুন লেপলৈ। নীপাহু হেক হৌগৎখিবগ রঘুবম্ন ঐবু অইবনি হায়ন পাপুদ শক তাকই। মহুদ পাপুন মহাক্কী মতৌক মগুনহু মীয়ামদ পাও শন্দোক্তুন খঙহম্বীনব অপাম্ব উৎলকই।

মতম অমুক মাঙহনব তৌদন পাপুন মহাকন তৌখিব থবকশিং অমদি লাইপোক্তুম্ব মলায়ালি গুরুশিংদগী মহাকন মহৈশিং অহু করম্ন তমজহৌব হায়বনচিংবগী রারী মথং মথং লিথরকই। মহাক্কী অশেংব মিংদি হাক্ল ময়িস বেয়েরা কৌই। পাপু হাম্বব মিংথোলসি মহাককী মলায়ালি গুরু মরীথকন পীবিবনি, মখোয়শিংহুদি- কৃষ্ণনা পানিকার,

কুমারা পানিকার, দামোদারা পানিকার অমদি গোবিন্দ পানিকারনি, মখোয় পুম্নমক কেরেলাদগীনি। জাপানিজশিংন কোলোম্বোদ বোম থাদবগী মতাংদুদ মখোয় চৎল্লে। পাপুন অমুক মখা শমথরকই, মহাক্কী মম্লন ক্রাইম কয়া সোলব তৌখ্রে। মহাক "অঞ্জানামালিয়া" দ য়েং-লগ করিগুম্ব'ম ওইরবস্থ হেক্ত খঙব ঙম্মী। জানুয়ারীদ রমন মতৈ মনাও লাক্ল্ন মচানুপী মাঙখিবগী খোঞ্জেল্ লিরব মতমদ মচানুপীন তোংখিব তেক্সি নম্বরদু চপ চান হায়বিখিবনি।

চাংয়েং— কাদুদ তিল্লিব মী খরদুগী মমাঙদ ঐন ফুরিৎ খাওদগী লুপা মঙা চৎপী অম পুখোক্লে অদুগ ওইগী খুৎন থ্ পচিল্লগ পায়। মহাক্কী "অনজানামালিয়া" দ য়েংবিরো অদুগ লুপাদুগী সেরিয়েল নম্বর অমুক্ত চুম্ন হায়বীয়ু হায়রন পাপুদ হন্জলে। মিনিট অনীমুক উপু মনুংদ সুম য়েংদুন লৈরুরব তুংদ পাপুন য়াম্ন তপ্প, কাম্ন কান্নন নম্বরশিংদু হায়রকখি। রঘুবম্ন ইশিল্লি। চেনব য়াদনব ঐনস্থু ই। পাপুন হায়খিব নম্বরশিংদু S/45—90283 নি। ঐন খুত্তগী মঙা চৎপীদু তিংখোক্লগ পাপু, রঘুবন অমদি কাদুদ লৈরিব মীয়ামদুদ য়েংহল্লি। লুপাদুগী নম্বরন G/5I—398415 নি। ময়াম পুম্নমক তুমিন তুমিন লৈনৈ।

পাপুন নম্বর চুম্ন হায়ব ঙমজ্রবস্থ লুপাদ য়াওরিব নম্বর খুৎথাদুগ হায়ফেৎ মান্নন হায়রকপ ঙম্বগীদমক ঐন মাবু থাগৎনিংলম্বনি অদুবু মখুল পীশক পীক্ল হুৎপ পাপুগী খুনুপোন মানব উপু মনুংদুদ মুন্ন য়েংশিল্লবদ মঙা চৎপী অমন মথক ইথং থংন মখল মখাগী নোট খর নপতুন লৈরম্লে। ঐগী পৈশাদু অমুক হাপচিঞ্জরে অদুগ পাপু অমদি লৈরিব ময়ামবু থাগৎলম্লগ রঘুবন ইবানি থোক্লক্লে। ঐন কারদ হেক কাখৎ-পগীদুদ রঘুবম্ন শোম্বাংনন হায়রকই "অঞ্জানামালিয়াদ য়েংবসি নুংথিল দদি খর পকনব ল্লাৎকল্লি।"

মথংগী নুমিত্ত গ্রান্টপাস, পুলিস ষ্টেসনদ নুপীমচা অদু কাখিবগী কেস পুরিব ওফিসারদু উন্নরুরে। মাঙোন্দগী ফংলকপ রাকমদি মখাগী অসিনি "১৯৬৩ গী জনুয়ারি তাং ২১ নুমিদাংগী পুং ১০.৩০ তাবদ নুপী

মচা কাখিবগী রিপোর্ট তৌরকখি। চিংনব মীওইশিং হায়রকখি। য়াম্না থুন ইথংসিগী পুলিস ষ্টেসন খুদিংমক্ত রেডিও মেসেজ পীখি। চিংনব লৈবদগী অম্বালাঙোদাদ মুপা মচা অনীগ মুপীমচা অমগ তোংব গম্নে তম্ন খোঁরকপ তেক্সি অমা কারে। মখোয় গ্রান্টপাস পুলিস ষ্টেসনদ লোংতাম্নগ পুরকখি। কনাগুম যাহুগর নত্রগ মীওই অমত্তন পুলিসত গাড়ী নম্বর হায়রকখিব লৈতে।”

মুংখিলহুমক্তদ ঐন ময়ুমদ চংতুন মমনগ অমুক উম্নকই। করিগী-দমক্ত উকিল মমাঙদ লাইট রিদবন গাড়ী নম্বর চুম্ন পীরকখি হায়রক্ল-রিবনো হায়ন ঐন তখংলুই। মমম্ন লকক লকক য়াম্না তেম্ন থুম্নকখি, “মুমদোবনি সার! ....মলাম্নালিদ লক্নরবদি খুদোং থিব নঙগনি হায়ন লৈকাইগী মীশিংদ কিহনগে তৌক্লবনি........।”

তরাশুব

## পোৎশেম লৌথোক্লবগীদমক্ত পোৎশেম

কুতানায়াকাদ লৈব ঐগী মরূপ মিঃ এমসি পাউলগী কাটরদ চয়োলগী ছুতি অমদ ঐগী মুপীগ ইবানি কোয়ব চৎলুই মতমহুদ মরূপতু Coir factory গী মেনেজর ওইরম্মী। চাক চারিভেদ অরাপ্নদগী ম্বর ফুনবমখৈ ত্রম থীনবগী মথোল তায়কলম্মী। "এ! শ্রীসেনাগী য়ুমদ ভূত তাম্থোকপ হোৎরে।" মিঃ পাউলন হায়রকই- শ্রীসেনা Coir ফেক্তরিগী শিম্মী অমনি। থা তরেৎমুক্কী মমাঙদগী রাখল চোইব হৌখি। ইখঙ খঙহৌদন মহাক্কী ফিভমদু ওইখিবনি। ফেক্তরিদ লাকপ মতমদ মশাহু ইতুক তুকথৈ কনাগম্মু রারী রাতাই শায়দে। রাখল চোইরবম্মু শ্রী-সেনা মুংতিগী ফেক্তরিদ লাকই অমদি মহাক্কী থুৎশুমল লৌই। নোংমদি শ্রীসেনা ফেক্তরিদ লাক্রে। মহৌশাগুম্ন ময়ুমদগীদি পুং ৭ ত থোকখি। মুমিদাং অথেংব কাওব হল্লক্ত্রবদ মহাক্কী মুপী মেরিদি লৈকম খঙত্রে। নোংঙানবগ মহাক্কী মরী মতা পুম্নমক চঙহুন কুতুনায়াকা শীন থংনে শ্রী সেনাবু খিরম্মী। হুম্নি শুবগী নোংঙাল্লিভেদ মেরীন মহাক্কী মৌপ্রা মুপা প্রেমারত্নাবু পুরহুন পাঞ্জি অমগী য়ুমদ থংলুরে। 'অঞ্জানামালিয়া' দ য়েংলগ পাঞ্জি (soot sayer) হুন হায়রকখি, "নহাক্কী নীপাহু অমুক হল্লক্লরোই মহাক সমুদ্রদ চোংথহুন মপুন্সি লোমগ্রে।" মেরী মথরাই পুঙমদন ময়ুমদ হল্লকখি। শ্রীসেনাগী অশিব হকচাংহু লৌখৎনবগীদমক ভুমিৎ কয়ানিমুক মরী মতা পুম্নমক্ক সমুদ্র থোঙবান্ধ মীৎশেন খাংখি। অশিব হকচাং অহু কংত্রবম্মু শ্রীসেনাগী থরাইন ওনব ভূতন মেরী অমদি মহাক্কী পীক্লিব মচা অনীদ অরাব পীরগনি কিবদগী চৎনবী লান্ন থোরম নচিংব পুম্নমক পাঙথোক্কুন লোয়শিনগ্রে!

মীচেন অদুন হল্লকপ— থা তরুক্কী তুংদ নীংথিরব অয়ুক অমদ শ্রীসেনাহু য়ুমগী মাঙোলদ হীপতুন লৈরম্লে। শিত্রে থল্লব্রব মপুরোইবন হল্লকপহুদ মেরীন কয়াদ হয়াওজক্লব অহুবু হায়দগী হেম্ন মহাক্কী মপু-রোইবগী ফিভম শোকচিল্লে খঙজকপদ মেরীহু অমুক লাইমন কাওলে।

হৌখিব থা তরুক্ত্, শ্রীসেনা কদায়দ লৈক্লবগে হায়বত্নু কনানস্থু থঙব ঙমদ্রে। মহাকন তুমিন্ন লৈখিবত্নুদ হংলুব পুম্ব অয়েম্ব তারে। ময়াম চঙত্নুন শ্রীসেনাবু লায়েংনব হোৎনরে। পানা-তাজাদ পৈশা কত্তুন মাইবী মুপী অমদ খেন য়েংলুরে। মেরীগ মাইবীত্নুগ হংব য়াব য়াহং পাওখুম কয়া তোনত্নুন য়ায়ী শায়রে। য়াদি মেরীন অয়াম্ব ঙাংঙি। "অঞ্জানামালিয়া" দ য়েংলগ মাইবীত্নুন হায়রকই, "নহাক্কী নপুং-য়োইবসি মলায়ালম মাইব অমগী অকনব পোৎশেম লৈরে। পোৎ-শেমসি মহাক্ক থবক শুমিন্নব মী অমন থাজীল্লকপনি।"

"য়ায় মতীক লৈব মলায়ালম মাইব ওইরবদি পোৎশেমসি কক-থৎপ ঙমগনি। লুপা ৩০০ দি চংগনি করিগুম্ব পায়বদি হায়রিব মাইব অত্নু পীগে।" মাইবীত্নুন মখা তারকই। মেরীন মোপাম্নুপা প্রেমারত্নাগ তায়রগ লুপা ৩০ এডভান্স পীরম্রে। থাংজগী নুমিদাংদ পোৎশেম ককথৎপগী পুজাত্নু পাঙখোক্লসি হায়নরগ মখোয় হল্লক্লে।

পোৎশেম ককথৎপ— চাক তোক্লগ মিঃ পাউল ঐখোয়নি নুমিদাং থেংলকাওব য়ায়ী শায়ত্নুন লৈ। শ্রীসেনাগী য়ুমদ পোৎশেম লোথোক্লবগীদমক য়ৈরি খোংলিব পুম্নমক্ত্ কজন তায়। কাদ য়ায়ী শাত্নুন লৈরবস্থু ঐগী য়াখলদি মকমত্নুদ চৎলম্মী। ঐন য়েংনিংমনব্রত্নুন মরুপ্ত চৎশি হৌরম্মী। মতমত্নু নুমিদাংগী পুং ১১ তারে মিঃ পাউল ইবানি শ্রীসেনাগী য়ুমদ থংলুরে। পুজা তৌরিব মকমত্নুদ মী ময়াম ঙমশিন্দুন লৈরম্মী। মকমত্নুদ মিঃ পাউলবু শকথঙব মী থর লৈরমত্নুন ঐখোয়নিবু মাঙদ পুশিনবিরম্মী।

থাঙমৈ অমগী মনীঙ ঙইরপ্প চার্মার (থো তৌরিব মী) অত্নু খোঙ্াই চনত্নুন কয়া। মৈ কয়ামুকস্থু থাল্লি। মাঙোলদ ফুত ৬ মুক পাকপ অকোয়ব মকম অম অঙোব লৈম্নিন কোয়শিনত্নুন থম্মী। লৈম্নি অত্নুগী মাইকৈ মরীমক্ত য়ুবী মহী য়াঙব চফু অহনব অমমম থম্মী। য়ুবাকুশুম অমদি মালিকা লৈশিংন লৈমাইদ শীন থংন চাইথোকই। ময়াইদ য়েনবা অম মখোংদ চেৎন পুনশিল্লগ লেঙহন্দন থম্মী। য়ুবী, কবোক,

কৌ, লকোই, লৈ, মোইবুং অচৌব অমদি অতৈ পোৎলমশিং হাপ্প পুখম থম্মু লৈ।

ডিজজী ত্রম্মৌং—মোইবুং অমদি ত্রম থীনহুন লাংজিতে মরুদ চার্মার অহুন মী অনীগ লোয়নন লাইরিক অমনব অম মম্যাং থম্মগ কম্ম মন্ত্র শোল্লি। ত্রম অহু কম্ম থীনবন মম্মম ওইহুন মখোম্মন শোল্লিবহু করিনো হাম্বব কনামত্তন তাব কংদে। খঙনিংহুন ঐন চঙশিল্লগ চার্মার অহুগী মনাক লেপলুই। মহাক্র শোল্লিব রাহৈ থমদি ঐস্মু খঙলে। মহু ঐখোম্মগী লোমী। পুং ৮ তাব অহুরাইদগী মন্ত্র অমতংদ হঙ্গিন হঙ্গিন পুং মম্মীয়োম শোন্দ্রন লৈমকপহুদদি মকমত্তুদ লৈরিব নুপী অঙাং অম্মাম্ব লোম্মন চোকথনরে। চার্মারন খাজিল্লিব লৈম্মি রামংদ কমহল্লীব শ্রী-সেনা মশামকস্তু লৈবাক্ত হাম্মথহুন কম্ম তুমশ্রে, অম্মাম্ব নুপী অঙাংস্মু তুম্মশ্রে। অহৌংগী পুং ১ তারকপগী অহুরাইদ মন্ত্র শোনব লোয়শিনশ্রে। চাম্'রহু হৌগৎলক্লে অহুগ মহাকী তেংবাংব অনীহুগ লোয়নন মোই-বুংনচিংব খোংহুন কোক ঙাওবমথৈ জগোই শাব হোরক্লে। ঙাইহাকী হুংদ য়েব খোংব অমদি জগোই শারম্ব পুম্নমক খঙলেপ লেপখি। মথুং ওইদ পানা-তাজা অমদি য়েৎত মেয়া অম রাংন থাজৎলগ চাম্'রহুন লাওরকই, "পোৎশেমহু মমগী নোংচুপলোমদ খোংকাপ মঙা লাপ্প অহুগ লফু পাম্বী মখোঙগী অরাংলোমদ খোঙকাপ ৩ লাপ্প মকমদ লৈরে!"

পোৎশেম পুথোকপ— চার্মারহুন মাঙ থংঙি ত্রম য়েবহুন হুংদ ইয়ে, মীম্নামগ লোয়নন মিঃ পাউল ইবানিস্থ মমগী মনীংথংব ইংখোল অদোমদ চৎলি। চার্মারহুন ম্রমদগী খোঙকাপ মঙা ওন্নুন মপা লাকই অহুগ মহুগী মপাহুদ হৌব লফু পাম্বী অম থিহুন পুথোক্লগ লফু অহুগী অরাংলোমদ খোঙকাপ অহুম অমুক চৎলগ লৈম্মি চিংহুন থমশ্রে।

মকমত্তুদ পুজা অমুক হোয়ে, মখোম্মগী মী অমন কবোক থম্ম চাইখোকই। মকমহুদগী ফুত তরাগী অকোয়বদ অতোপু মী অমত্ত চঙহল্লে। শ্রী সেনাবুদ্ধি চিংলিব লৈম্মিহুগী মহুংদ কান মচা অম থারগ কমহল্লি। লৈম্মিন কোয়শিল্লীব মকমহু তৌখোক্লব মখোম্মগী মী অমদ চার্মারহুন হাম্মশ্রে। ত্রম থীন্দুন অমদি মন্ত্র শোনহুন লৈবাক তৌব হোয়ে।

তৌরিব নিপাছু মীকুপ নাহুম শিংন শেরশি হায়ন ঐন মিঃ পাউলদ লোম হায়। ঙাইহাক তৌরব তুংদ নোংচুপ পাংন ফুট ২ তৌ হায়ন অমুক হায়রে। মহুদ কংজ্রে। চীংখৈ পাংনমুক তৌহল্লে মহুদসু কংজ্রে। মৈরম পাংনমুক তৌহল্লে। মহুদসু কংজ্রবদ অহানব তৌব হেক হৌরকখিব মকমহুদ ঈশিং চফু অম হৈথহল্লে। মথুক্ত মৈরা অমদি কা তাঙ্গা পায়রগ চার্মারহুন মকমহু অহুমলক হয় কোয়রম্মী অমদি অহানবগী মকমহুদ লুথন তৌথৌ হায়রম্মী।

**অমম্বদ ঈরাৎ পূজা তৌব—** অহাম্বদ তৌব নীপাহু চোক-থরহুন অমনমুক মহুৎ শিনহুন তৌব হোরে। মহাক্ত লুথন তৌথরক্লিব মখৈ ত্রমহু কয় কয় থীনব হৌরকই অমদি তাঙ্গা অসিমক্তদ খুৎলৈ থ্ন চার্মারহুন লাইয়োন তীল্লোনগুম্ব রাহৈ থরগ লোয়নন মোইবুং কাংশিন-চিংব য়ৈ খোংহুন শ্রী সেনাগী অকোয়বদ জগোই শাব হৌজ্রে।

ময়ামহুন চার্মারহুদ মীৎ কুপতবমখৈ য়েংনরিডৈহুদ মিঃ পাউল ইবানিদি তৌরিব নিপাহুদ চেকশিন্ন য়েংলম্মী। সারোং ফিজেৎ শেৎপ লৈতৌব নীপাহুন করিগুম্ব অম ফিনুংদগী পুথোরক্লগ খুৎলৈ থ্ন য়োৎলৈ কাংলগ শৎ ফুমজিনখি। মহু ইবানিমক উহৌই অহুবু করি পোৎশকনো হায়বহুদি চপ চান খঙহৌজ্রে।

মিনিট অমমুক্তী তুংদ চার্মারহু জগোই শাব লেপজ্রে অহুগ তৌব লেপ্লো হায়ন য়াথং তাঙথরকই। য়েনবাহু পুরকহল্লম্মী। নীপা অমন মথুৎ নামন মকোক্ত অহুগ মথুৎ নামন মখোঙদ চেৎন পায়রে। য়েনহু খোংহনব য়াদে। তৌরিব কোমহুগী ময়াই চপ চান মরান লৈজব্রব য়েনহু মঙক থদৎলে অহুগ ঈখেং অহুন কোম মনুংদ চেম্বহল্লি। চম্প্রা অমসু খায়দোক্লগ কোমহুদ থাদৈ। চার্মারহুন হায়রকই, "মথংদি খুৎ শেংন হামদোক্লগ তৌথগদবনি।"

মিত্রং — চার্মারহুন পিথ্রাইগী খুজাই অমদ পুথোরকপ লাইকমগী ঈশিংন প্রেমারত্নাবু মথুৎ শেংন হামহল্লি। অহুগ কোমহুদগী অহোম্ব লৈখোম পুম্নমক মথুৎন কোৎখোকউ হায়রম্মী। প্রেমারত্নান লৈখোমহু

কোৎপদ লকোই মানব ইঙ্কি মঙা শাংব ইঙ্কি অনী থাব য়োৎকী উতোং মানব পোৎশক অম থেংনরে। চার্ম'ায়চুন চোংশিল্লগ প্রেমারত্নাগী মখুত্তগী পোৎচু লৌগ্রে। পোৎ অছু মথক মথা ওনচুন মুয় য়েংলগ মহাকন লাওরকই, "য়ুমসিদ য়ৈথাই খিনগাই থোকহল্লীবসি মসিগী পোৎশেম-সিমনি। মসি থা নিপানমুক্কী মমাঙদ ফুমজিল্লম্বনি!" মহাক্ন মহু মী পুন্নমক্ত কোয়ন চত্তুন উৎলম্মী।

পোৎশেম অচু ফংলবদ— শ্রীসেনাচু হৌজিক ইথক থক্কংলে, চার্ম'ায়চুন মফাক্কী মাঙদ খোংগ্রাই চন্দ্রন কমথগ্রে অচুগ উতোংগুম্ব পোৎশক্তু মখুৎন হাংদোকপ য়াক্রচুন থাংগ নুংথংগগী মত্তেংন হাংদোক্লব হোৎনরি। কন্ন হোৎনরব তুংদ হাংদোক্লে। উতোং অচুগী মন্থুংদ য়াওরম্নীবশিংচুদি শক্ল মচেৎ খর, মীগী য়াপং অম, খওদব ময়েক্ত ইব কোয়িগী প্লেট মচেৎ অম, শম মপুন মচা অম অমদি খুনুগী মচীন অমগনি। পোৎশক পুন্নমক্ত মেরী, শ্রীসেনা অমদি প্রেমারত্না মখোয় অচুমদ য়াম্ন চেকশিন্ন য়েংহল্লি। মহাক্ন পোৎচাক পুন্নমক্ত উতোংচুদ অমুক হান্জিল্লে অচুগ হায়রকই, "কত্রব পোৎশকসি ঐহাক মাঙহল্লুরগে। ওসিদগীন ঙুমিৎ হুম্নি গুত্রিকাওব চপ চান পুং তরুক হেক তাবদ কোম অসিদ কর্পূর মৈ থাও, মতমসিম্নক্তদ ঐন য়ুমদম্বু পুজা তৌগনি।"

মাইবচুন পোৎশেম লৌথোকপ্রে হায়বসি থাজবগ লোয়নন মাগী মতীক মগুন শোল্ল শোল্লচুন মীয়াম পুন্নমক ময়ুম ময়ুমদ হন্নগ্রে। মাইবগী কাংবুচুন প্রেমারত্নাদগী লুপা ২৭০ লৌরগ নোংঙানবফাওবদি পোথানবগী মকম্ম থিরক্লে। ঐন মিঃ পাউলদ ইনশিন্দ্রন মখোয়বু ইন্দষ্ট্রিদ য়ারেক-হন্নব পুরসি হায়নরে। অকব তুক্কম কংবচুদদি মখোয় হয়াওরচুন মিঃ পাউল ইবানিগী তুং ইল্লক্লে।

মখোয় অতৈদি হীপথবগ অচুমক তুমগ্রে মাইবচুদি পুং ৩ তাব শাওব ঐখোয়গ য়ারী শান্নে। মলায়াজম লোন্দ য়ারী শান্নে। ঐম্নু পোৎশেম যাচুগী লমদ য়ায় কজন খঙব মীনি হায়ত্রুন মাঙোন্দ হায়-জিল্লম্মী। য়ারী শাবদ মহাক্ন মথাগী য়াকম ময়ামমসি হায়দোকচরকই।

মহাক্কী তেংবাংব অনীহুগ মহাক্কদি মলায়ালম্নি। অতৈ ময়ামহুন সিনহলিসনি। নুমিদাং অহুগী ওইন লুপা মঙা মঙাদ নেক্লকপনি। মখোয়ন থবক্কী পোরম অয়াম্ব থঙমিল্লববস্ু মন্নুংগী অরোনবহুমদি খঙহনদে। য়ুমবুদগী চিংখোল্লকপ শেনকমগী চাদ তরাদি পাও পীরকপ মখোয়গী স্মড সেয়ার অহুদ অমুক খাইরমগনি। মখোয়গী লৈফম পানিপিতিয়াদনি মক্ক ওইব শিনকমদি সনগী শজিক থাবনি। অসিগুম্ব থবকসি য়ায় তোয়দে মরক মরক্কদ চান্স কংণ্ডি, অসিনচিংব।

চাওরাকন কোরিগী উতোং ২৫ রোম মখোয়ন খৌরাং তৌহুন লৈমুংদ ফুমহুন থম্মীম্ু হায়। পাও হেক লাকপগ অম ফুক্তোক্লগ পুহুন চৎলি। করিগুম্ব মখোয়ন কৌরকপগী নুমিৎ থরনিগী মতুংদ পুজা তৌগদব ওইরব অমদি মকমহু মখোয়ন খঙব ওইরবদি নোংম ব্লাৎলি-ভৈদ নুমিদাং অম তুমিন্ন হীঙোলহুদ উতোং মরীগুম্ব ফুমজিল্লবস্ু য়াওই হায়।

নুমিদাং চুপ্প থীখিব মন্ত্র অহু মহাকন স্থুল তন্নীভৈদ চীনকা পুথিব কেরলাগী মহা কবি ভাল্লোথোলগী শৈরেং মতেক অমনি।



100

মণিপুর সাহিত্য পরিষদ

মণ্ডক লাইব অফব

লাইরিক পুথোক্লবগী পান্দম

মথাদ Education (S) ন পীবিব

publication grant কী শেন্থংন ফোংজব

## নমথাক্কী মায়খুম হাংদোক্লকপদ !

লাইগী মিংদ নত্রগ ধর্ম্মগী মিংদ ওইদব রাখল্লোন অমদি চৎনবী কয়া শেমজিন্দুন মহৌ হৈব অশিংবশিংন অপংব মীওইশিংগী মরল মথুম চাথোকপী। অসিগুম্ব থোক তোব মীওইশিংগী মায়োক্ক অকনব শীংনব অমগ লোয়নন লাম্ন থাজনরিব ময়ামসি মুথৎনব হোৎনবদ ডাঃ কোভুর, মপুন্সি কথোকখি। মহাক মায় পাকখি। লাই-ভীন অমদি ভূত প্রেৎকী মরমদ মীয়াম্ন থাজনরিবসি করম্ন অরানব রাখল্লোন অম ওইরিবনো হায়বদু লাইরিকসিদ ময়েক শেংন উৎলি। লাইরিক অসি পাক্লব কনাগুম্বনম্ভু মরী মথোঙ শেংদব চৎনবীগী অরানব মায়থুমশিংসি শোয়দন হাংদোক্লীংলকনি !

লুপা : ৩৫/-